# মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তণ পালা ঈশৈ




ৱাইখোম দামোদর সিংহ
আইঃ পিঃ এসঃ (রিতাইয়াদ)

মোইরাংখোম, লোক্রাওবুং
ইম্ফাল।

ফোঙজরিবী ঃ

শ্রীমতি ব্রাইখোম নিঙোল অতোম্বী বীজয়া দেবী, এমঃ এ

শঙ্গোম্বোং ক্বার্টর, ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা ঃ

আগষ্ট ২৭, ২০০০ (নোংমাইজিং)




কপি ঃ ৫০০

মমল ঃ লুপা ২০০/-

ফংফম ঃ

১। অইবগী লৈফম, লোক্রাওবুং নিউ থুম্বুথোং, ইম্ফাল

২। ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোক্রাওবুং, ইম্ফাল

নম্ফম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স. মোইরাংখোম লোকাওবং [illegible]

# গুরু বন্দনা

"ওঁ অজ্ঞান তিমি বান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জনা শলাকয়া ।
চক্ষুরুন্মীলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥

মপান নাইদনা শুরুবা অমম্বগী মনুঙ্দা
পোকপা ঐহাকপু ঐগী গুরুদেবনা জ্ঞানগী
মৈবা থানবিদুনা ইমিৎ অনিসি পাঙহনবিবে ।
অদুগুম্না গুরুদেববু হন্না হন্না খুরুমজবি ।

## তথা

"ওঁ পিতা ধর্ম্মো পিতা স্বগঃ পিতাহি পরমন্তপঃ
পিতরি প্রীতিমাপন্নে প্রিযন্তে সর্ব্বদেবতা ঃ ॥"

ইপানা ধর্ম্মনি, ইপানা স্বগনি,
তপঃ তৌগদবা পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী অথোইবা
তপঃতি ইপাবুতনি । ইপানা পেনবিববদি
লাই পুন্নমক পেনবি ॥



ভক্তশিরোমনি শ্রীরাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহরাজ

( মৈদিঙ্ঙু শ্রীচীংথমখোম্বা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র জয় সিংহ )



স্বর্গীয় ব্রাইখোম চাওবা সিংহ, ভুৎপুর্ব্ব মণিপুর ষ্টেট দরবার মেম্বর (মিনিষ্টর) (২৬, এপ্রিল ১৯০০ - ৪ সেপ্টেম্বর ১৯৭২)



বৈকুন্ঠদা গোলক নাথ শ্রীশ্রীনরায়ন অমসুং লক্ষ্মীগী মাংদা মহাদেব
অমসুং নারদনা বাদি বিবাদি ওইদুনা ঈশৈ তানবা



মণিপুরগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি স্না হাক্তক্তগী থনম্লবা সংকীর্ত্তনগী "রাগ-রাগিনী - নির্নয়" দা য়াওবা রাগ পুরুষ ৬ অমসুং রাগিনী ৩৬ কী অয়েকপা ফোটো।



লৈখিদ্রবা কৈশামপাৎকী থাংজম মধুমঙ্গল মেন্বরগী মচাইবেম্মা তম্পাকলৈমনা উদুখলগী কৃষ্ণ শাদুনা কৎখিবা শোক ১৯৩৮/৩৯ গী অদুৱাইদা স্বৰ্গীয় ৱাইখোম চাওবনা নারদ শাখিবা অমসুং মোংজম শুবদনী অমসুং মনাও ইবেম্বা মৈপাকপী দেবীনা মমা শাখিবগী ফোটো।



ইংশোক ১৯৩৫ কী অদুৱাইদা ইহান হান্না স্বৰ্গীয় ব্ৰাইখোম চাওবনা লিংখৎফিবা শিংজমৈ মখা, ব্ৰাইখোম লৈকাইগী কাংগী নুপাগী খুবাক ঈশৈ পালা বোধচন্দ্ৰ মহারাজনা য়ুবরাজ ওইরিঙৈদা নমিন্নখিবা ফোটো।



ইংশোক ১৯৩৬/৩৮ গী অদুৱাইদা ওইখিবা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী শক্তম অমা — কেপটেন হার্ভে, প্রসিদেন্ট মণিপুর ষ্টেট দরবার (চিফ মিণিষ্টরগী রেঙ্ক) লোয়ননা অতৈ দরবার মেম্বরশিং — মহরাজকুমার প্রিয়ব্রত সিং, চিংঙাখম শ্যামাচরন সিং, সৌগায়জম সোমোরেন্দ্র সিং, সনজেনবম নদিয়াচান্দ সিং, লাইরেল্লাকপম ইবুংঙোহল সিং অমসুং ৱাইখোম চাওবা মতমদুদা সুপারিনটেন্দেন্ট, চিপ সেক্রেটরিগী রেঙ্ক), অয়েকপম অঙ্গো সিং, সোরোখাইবম থম্বৌ সিং নচিংবা অতৈ দরবারগী স্তাফশিং ।

# কথোকৃচবা

লাইরিক অসি পুথোকচবিবা অমসুং ফোংজরিবা ঐখোয় পুন্নমক্লা ঐখোয়বু সংসার অসিদা পোকপিরমদুনা জ্ঞানগী থাংমৈ থানরিন্না অমসুং কোনবীবন্না ঐখোযগী নুংশিজববা পিতা-মাতা অনি, লৈখিদ্রবা রাইখোম চাওবা সিংহ অমসুং চান্দম নিঙোল অহল তম্ফা দেবীগী মফমদা হন্না হন্না খুকমজবগা লোযননা কথোকর্চবি লাইবিক অসি মখোয়গী খুয়াখাদা ঐখোয় পুন্নমক্কী শ্রদ্ধাঞ্জলী অমসুং পুযপাঞ্জলী ওইনা।

**শ্রীরাইখোম দামোদর সিংহ**
**অমসুং মচন মনাওশিং।**

# খংজবা খরদং ফোংদোকচবা

স্বর্গীয় শ্রীরাইখোম চাওবা সিংহগী মচাইবুংঙো অহল, শ্রীরাইখোম দামোদর সিংহ, আই:পি:এস: অমসুং আই:জি:পি: (রিতাইয়ার্দ) না "মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তন পালা ঈশৈ" হায়বা য়ামনা কানরগদবা লাইরিক অমা ইদুনা হন্দক ফোংদোকলকইবা অসিগী মতাংদা লৈখিদ্রবা ঐগীসু শিক্ষা-গুরু অমা ওইবিখিবা, শ্রীরাইখোম চাওবনা শিংজমৈ মখা রাইখোম লৈকাইদা লৈবিঙৈদগী হৌদুনা মতুং ইঙ্গদুনা নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ তমজবা অমসুং শকপদা য়াওজবা হৌখিবদুনা মমৈথংদদি ওঝা অসিনা য়াম্না তোইনা মফম খুদিংদা শানশেনবগী নাবদ অমসুং গৌবলীলাগী ভারতী শারগা, শ্রীমতি মোংজম শুবদনী দেবী অমসুং মনাও ইবেম্মা মৈপাকপী অনিনা মমা শাবা অমসুং ঐহাক ইশামক্লা বালবাসু অমসুং তুথবাশী শাদুনা মতম যাম্না শাংনা লোয়নজরকখিবদগী খংজহৌবা-তাজহৌবা খবদং ফোংদোকচরি।

**মদুদি লাইরিক অসিগী মরিশুবা মতাংদা পল্লিবা মৈতৈনরোনগী "বাসক" ইহান হান্না শিংজমৈগী মুক্তায়রগী মাগুবতা, ইংশোক ১৯৩১ গী মার্চ্চকী অদুরাইদগী শ্রীরাইখোম চাওবা মশামক্লা ঈশৈ হন্দুনা পালা ৩১ গা লোয়ননা শকপা হৌখি হায়বসি অমুক য়েৎননিংঙাই লৈত্রবা রাফমনি।**

মতম অদুদা ঐহাক ইশাগী চহি ৬/৭ শুবকপা অঙাং অমা ওইনা অদুগুম্বা পালা ঈশৈ অমা লিংখত্তুনা ঐখোইগী রাইখোম লৈকাইগী শামুলাইলাৎপম মাগুব্ অচৌবদা অহল্লমন ময়াম্না ঈশৈ তম্বা অদু উজহৌ-তাজহৌদুনা মৈতৈরোনগী ইহান হানবা বাসক্কী ঈশৈশিং, মপুংওইনা "ইবং ইরংলংবা সানতনা হৎপা, লংলবা মুক্তানা থাম্বা" হায়বনচিংবা আসি য়াম্না মুন্না ফাজহৌদুনা ইততত্তনা অহিং-নুংথিল ঙংদুনা শক্কুনা লাকখ্রবনি

মতম অদু ফাওবদি নিংথৌগী অমসুং ব্রর্ম্ম সভাগী অকনবা-অথিংবা লৈখিবনা মণিপুরদা হরি সংকীর্ত্তনবু মৈতৈরোন্না শক-শোনবা হায়বসি য়ারমদে অদুম ওইনমক, শ্রীযুৎ মহারাজ সার চুড়াচান্দনা মাগী স্না হাক্তকগী অসিগুম্বা হরিনাম শোনবা অসিবু ইমারোল (মৈতৈরোন্দা) শকপা হৌনিংবগী অনিংবা

অমসুং অয়াবা অমা লৈরকপদু মপুং ফাহল্লবা শ্রীৰাইখোম চাওবনা, শ্রীযুৎ মহারাজগী স্না নাক্তা যাম্না নকশিন্না অমসুং তোযনা, মতম অদুগী মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী ওঝা লাই গুরু ময়ামগা লোয়ননা, মপুংওইনা মিং পনজরবদা, ওঝা ৰাইখোম চাওবগীদি ইহান হানবা ঈশৈগী গুরুশিং-শিংজমৈগী স্বর্গীয় রাজকুমাব যুমশংবীমচা সনাচাওবা, থোঙাম লৈকাইগী শ্রীথৌনাওজম চাওযাইমা, লাইময়ুম ইবোমচা শর্ম্মা অদুদগী স্না কোনুংগী ঈশৈ লোইশংগী মকোক (শেলুংবা), যুম্নাম ওঝা নাতুমনচিংবগা থৌগল তৌজদুনা লৈবা অমা ওইবিবদগী মতম চংনা কন্না হোৎনজদুনা মশামক্লা, মথক্তা পনখ্রিবা ওঝা-গুরুশিংগী কৃপাদগী লেংজদুনা মতম অদুদগী হৌদুনা মণিপুবদা ৰা লাওনা ফাওখ্রবা অভিসাব, উৎকন্ঠানচিংবগী মৈতৈবোনগী ফজখ্রবা ঈশৈশিং- "ইবং ইরং লংবা সনাতনা হৎপা ..., ঝল, ঝম, ঝল, ঝননা হাযদনা ..., অরেম্নবু ওইবে ইতা ..., তালচপ কী চান্নথোইবী ললিতা, অহিং অসি হৌখিদৌরে ... হাযবিবা ঈশৈ কযা অসি অঙকপা অমা ওইনা শ্রীৰাইখোম চাওবনা মাগী নুংশিখ্রবা অমসুং পিক্লা ৰাংখ্রবা নুপী খোঞ্জেল মানবা অদুনা অদুগুম্না অহিংগী বাসক্কী ঈশৈ অসি মতম অদুগী অহল্লমন ময়াম অমসুং শ্রীযুৎকী স্না মাংদা থৌগল তৌজখিদুনা শ্রীযুৎকী অনিংবা অদুবু থুংহনবা হৌবকখিবনি হায়বা যাই।

মতাং অসিদা শ্রীযুৎনা খ্বাইদগী ঙকখিবা অমসুং পেনাবিখিবদি শ্রীৰাইখোম চাওবনা মহাক্কী গুরুবন্দনগী মথংদা শ্রীযুৎপু শ্রীযুৎকী তাংলবা উপাধি, কে,সি,এস,আই,সি,বি,ই, না ঈনা ওইনা শকলক্কনা পালা পুন্নমক্লা শ্রীচুড়াচান্দ গীত বন্দনা হায়না তৌবকপদুনি হাযনা তম্নিবম্মি।

অমনা, শ্রীযুৎ মহারাজ চুড়াচান্দ স্না মাংদা নোংমা নুমিদাংৰাইরম স্না কোনুং মনুংগী দরবার-গোল কমরা হোলদা ময়াম নিতিগী নুমিদাং ৰাইরম তিন্নবা ওইনা চৎথখিবা সভাদা লৈখিদ্রবা ঐজ্ঞা হিদংময়ুম দ্বিজমনী শর্ম্মানা মণিপুবগী নট সংকীর্ত্তন ঈশৈশিং অসিদি ভাবতকী শাস্ত্র সঙ্গীতকী যন্ত্রশিংগা সুর-তাল-মেল অমত্তা চানদবা Standard যাম্না হায়থনা লৈবা ঈশৈনি হায়দুনা যাম্না থিনা সিদ্ধরকপা অমসুং শিংনরকপা অদু অরানবনি হায়বদু প্রমান উৎপা ওইনা শ্রীৰাইখোম চাওবনা মতম অদুগী খ্বাইদগী ফাওরবা শাস্ত্র সঙ্গীত-যন্ত্রশিংগী অমসুং কলাৰাতীগী কলাকারশিং, মিং পঞ্জরবদা তবলাদা ওঝা অভৌ, সিতারদা

লাইশ্রম গৌহরহরী, বাঁশীদা নান্দেবম ইবোয়াইমা, বেহলাদা তিনশুবম অঙৌ অমসুং চিঙাখম রাধাচরন (হারমনীয়ম পায়বা) নচিংবা ময়ামগা লোয়ননা, ঝল, ঝম, ঝন্ ঝননা হায়দুনা ..., অরেম্ববু ওইরে ইতা, লাক্কনি থাজদ্রে থাজদ্রে ...., নচিংবা হায়রিবা ঈশৈশিং অসি ফমশক্তা মৈতৈরোনগী বাসক ওইনা যন্ত্র ময়াম অদুনা যোম্লগা শক্কুনা মহারাজ অমসুং মহারানী ঙাংবী (ধনমঞ্জুরী), মণিপুরগী অঙম অথৌ ময়াম অমসুং অহল্লমন কয়ানা তিল্লবা সভাগী মাংদা অনিরক শোক ১৯৩৬ কী অদুৱাইদা থৌগল তৌখিবদু মতম অদুগী অঙকপা অমসুং ৱা লাওখ্রবা ঈশৈ শৈশক অমা ওইখ্রবনি । **মসিগী মতাংদসু শ্রাস্ত্র সঙ্গীতকী যন্ত্রশিংগা লোয়ননা মৈতৈরোনগী "বাসক শকপা" ইহান হান্না হৌদোকপা- "লময়ানবা" অমা হায়বদু স্বর্গীয়, ৱাইখোম চাওবা সিংহনি হায়বসি অমুক হন্না য়েৎননিংঙাই লৈত্রবা ৱাফমনি ।**

২ । মদুগী মথংদা শ্রীৱাইখোম চাওবনা, বোধচন্দ্র যুববাজগী ওঝা (প্রাইভেট টিউতর) ওইনা লৈবকপগা লোয়ননা **ৱাইখোম লৈকাইদগী ইহান হান্না হৌদোকখিবনি হায়বমক য়ারবা কাংগী নুপাগী খুবাক ঈশৈ পালা** পুথোক্কুনা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী থৌগল ইম্ফালগী মনি মণ্ডির কয়াদা তৌখ্রবনি- **য়াওবিখিবা পালা ওঝা গুরু খরগী নামশিং, শ্রীৱাইখোম চাওবা- ঈশৈ হনবা, শ্রীথৌনাওজম চাওয়াইমা, শ্রীলাইশ্রম চাওবা, শ্রীপুয়াম গুলাপ, শ্রীয়েংখোম নীলামনি, শ্রীমাইবম ইবোহল, শ্রীথোঙাম কহ্নাই, শ্রীশাগোলশেম শীতল সিংহ, শ্রীঅঙাতন- পুংয়ৈবনচিংবা ময়াম,** লাইবিক অসিদা ফোংবিরিবা লিরবা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা যুববাজ ওইবিঁঙৈদা মাগা লোয়ননা ঈশৈ হৌদ্রিঙৈদা কোনুংগী থাঙ্গপাৎ মপানগী খোংনাং যাত্রাগী **মনিংদা** লৈবা মহারাজ চুড়াচান্দগী মচাইবেম্মা অহল তম্ফাসনাগী বাঙ্গলা (সঙ্গাইমচা হায়না খংনবা) মমাংদা নমখিবা ফোটো অসিদা য়াওরিবশিং অসি নিংশিংজরি। মতম অদুদা **য়াম্না ফাওখিবা কাংগী- মাথুরগী ঈশৈ, "দোলায়না চৎলকপা উবদা রাধানা চেনশিল্লে ... চাকা পাইরে .., থম্বিরম্মো ঐখোয় বাঁশী, মধুপুরগী বাঁশী নত্তেনচিংবা খুবাক ঈশৈশিং" অসিসু লৈখিদ্রবা ওঝা শ্রীৱাইখোম চাওবনা লেংজদুনা ইহান হান্না শকপিখিবনি অদুদগী লৈখিদ্রবী লৌরম্বম তোম্বীনা ওঝাদগী লৌজরগা তমজরগা শকখিবনি হায়বসি মুম্না খংজহৌবা ঐহাক্না ফোংদোকচরিবা অসিনি ।**

শ্রীৱাইখোম চাওবনা সরকারগী থবক্কী অরুম্বা অমসুং লুরবা ভারী পুনা পুনা "নট সংকীর্ত্তন ঈশৈ" শক শোনবা- শ্রাদ্ধগী, লুহোংবগী, ঝুলনগী কাংগী খুবাক ঈশৈ, রাসকী নুপা পালা অমসুং বাশক তোয়না শকপা য়াওবিখিবনি মদুগা লোয়ন লোয়ননা যাম্না তোয়না শনশেনবা লীলাগী (মপুং ওইনা কোনুংগী চহি চহি খুদিংগী গোবিন্দগী মাগুবতা কৎপা) অমসুং উদুখলগী নারদ অদুদগী গৌবলীলাগী ভাবতী শাবিদুনা **মতম অদুগী অহল্লমন বৈষ্ণব কয়াগী থম্মোইনুংদা শ্রীহরিগী "প্রেমরসপু" থিংবা য়াদবমখৈ হৌহনবিখিদুনা প্রেম তৌনখিবা অদুদা ইশামকসু বালবাসু অমসুং তৃর্থবাশী শাদুনা অদুগুম্বা পিরাংদনা থল্লবা "প্রম সাগর" অদুদা তাওবা অমসুং লুপ্পা য়াওজখ্রবনি।**

৩। **থাঙ্গেশেংনা হায়জরবদা মণিপুরগী মৈতৈরোনগী ঈশৈনা "হরি সংকীর্ত্তন" শকপা হৌদোকপগী অহানবা লময়ানবা গুরুশিংগী মরক্তগী শ্রীৱাইখোম চাওবসু অমনি হায়বসি** হান্না মাংজৌননা ফোংদোকচখিবগী তাঞ্জা ফংজখিদবা অদু হন্দক্কী শ্রীৱাইখোম দামোদব সিংহনা মপা ইবুংঙো লৈখিদ্রবা গুরুনা তৌজবম্না অমসুং মমল তাংনা থম্বিরম্বদগী খবদং খংজহৌবা, উজহৌবা, তাজহৌবা অদুদগী লৈপাক্কী কানবা খবদং ওইগদ্রা হাযনা ফোংদোকপিবক্লিবা লাইবিক অসিগী উপলক্ষদা ঐগীসু অচুম্বা, অখংবা খবদং ফোংদোকচনবগী তাঞ্জা ফংজবা অসি ঐহাক্কী লাইবক যাম্না ফর্বনি হাযনা লৌজৈ।

**ৱাফম অসিগী মতাংদা স্বর্গীয় মহারাজ সার চূড়াচান্দ সিংহগী ভূৎপুর্ব্ব এ:ডি:সি:, শ্রীমোইরাংথেম তোমচা সিংহনা ইবা 'সংকীর্ত্তন বিচার সংগ্রহ'** দা য়াওবা ৱাহৌদোক্কী লামাই (vii) তা ফোঙলিবা "মৈতৈবোন ঈশৈ" হায়বগী মতেক অমা মখাদা উৎচবিবসিনা লেংদবা যুম্ফম অমা ওইরবনি হায়বসিসু মযেক শেংনা তাক্লে। মদুদি–

"মৈতৈবোন ঈশৈ- শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ সিংহগী মহারাজ স্না হাকতক্তা মৈতৈরোন্দা ঈশৈ ইবা শকপা হৌখি। অদুবু শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী অগ্রদা মাগুপতা মীতৈরোন্না কীর্ত্তন শক শোন্নদে। (দোল যাত্রা) য়াওশং মতমদা জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্রশিংগী হোলি দল ইহান হান্না মৈতৈরোন্না হোলি থৌগল তৌখি। মথংদা নম্বুল মপাল খ্বাই হোলিদসু মৈতৈরোন্না হোলি থৌগল তৌখি। **মৈতৈরোন্না বাশোক শকপা ইহান হান্না হৌখিবগী মতাংদা শ্রীযুক্ত ৱাইখোম চাওবা সিংহ, ভূৎপুর্ব্ব মণিপুর ষ্টেট, দরবার মেম্বরগী নাম পনবা য়াই।"**

৪। অমনা "রূপক" (শনশোনবা, উদুখল, গৌড়লীলা) অমসুং "রাসক" (বাশকনচিংবা পালাগী ঈশৈ) হায়রিবা মীওই অমনা অমখক্তংদা হোৎনবদা ৱারবা নাট্য সংকীর্ত্তনগী শিনফম অনিমকসিদা তোয়না লমজিংবা অমা ওইনা য়াওবিখিবা হায়বসি মণিপূরদদি, মপুং ওইনা লাইরিক হৈবা অমসুং সরকারগী ফমনাইবাশিংগী মরক্তা, মমাংদসু অদুগা হৌজিকসু স্বর্গীয় ৱাইখোম চাওবা গুরু অসি নত্তনা অতৈদি লৈখিদ্রি অমসুং হৌজিকসু থোক্লক্ত্রি হায়বদা অরানবা ওইরোই হায়না হায়জনিংঙি।

থাগৎশেংবদি, লৈখিদ্রবা ওজা গুলাপী, চানবী, ঐহাক ইশামক, শ্রীমতি লৌবেম্নম তোম্বী, শ্রীমতি ক্ষেত্রীতোম্বী, শ্রীমতি মুক্তারৈ দেবী, শ্রীমতি মোংজম শুবদনি অমসুং মৈপাকপী, শ্রীমতি থোকচোম ওংবী মনিমচা দেবী, শ্রীমতি য়ুমলেম্নম গম্ভিনী দেবী ঐখোয় পুন্নমক্না হাকথেংনজদুনা খরদং ওইরবসু তমজহৌরবা লৌজহৌববা লৈখিদ্রবা ওঝা গুরু মযামশিংগী মরক্তা অদুগুম্বা গুরু অমা ওইববা স্বর্গীয় শ্রীৱাইখোম চাওবা সিংহগী মফমদসু তত্তনা ঐখোয়গী শ্রদ্ধাঞ্জলী কৎফম থোকপনি।

৫। অবোইবদা ফোংদোকচবিবা ৱাফমদি- ইশানা নট সংকীর্ত্তন পামজবা মীশক অমা ওইনা, অহানবদা স্বর্গীয় য়ুম্নাম ওঝা নাতুমনচিংবদগী ওঝা গুলাপীগা লোয়নননা তমজহৌদুনা হৌজিকসু মযামগী সেবা তৌজবা য়াওজরিবা অমা ওইনা হায়জনিংঙি মদুদি অসিগুম্বা তাংলবা ঈশৈগী লাইরিক মদুসু লাইগুরুশিংনা থম্বিবন্নবা অরি অরিবা ঈশৈশিং- ধোপ সঙ্গিত, হরিদাস নির্যান, ভারতী শাবগী মমল নাইদ্রবা, অরেম্বদা মাংখ্রগদবা পাক অমুক থিবা ফংলরোইদৌবা অমসুং পুথোকপা ঙম্নরোইদৌবা ঈশৈশিংবু ফোংদোকপিবক্লিবা অসিমক শ্রীৱাইখোম দামোদর সিংহবু হন্না হন্না থাগৎচদবা ঙমজদে।

লাইরিক অসিদগী খরদং ওইরবসু কানবা ফংগদ্রা হায়না লৌজরিবসি– মণিপূরগী নট সংকীর্ত্তন পালা ঈশৈগী মরমদা খরদং ওইরবসু সাধারন ওইনা খংবগী জ্ঞানশিং লোয়নননা হৌজিক হৌজিকমক ঈশৈ তৌবিরিবা, তমখৎলক্লিবা, মপুংওইনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিং, ওঝাশিং-গায়কশিংগী খুৎপাই লাইরিক অমা ওইবা য়াবগী মওং অসিনি।

অসিগুম্বা কানরবা অমসুং চাওববা থৌদাং অমা শ্রীৱাইখোম দামোদর সিংহনা লৌবিরকপগী অৱামনদি শ্রীশ্রীগোবিন্দজি ইবুংঙোনা শোয়দনা পিবিরকপা ওইসনু হাযনা ননাই তোল্লবা মূর্খনা ইবুঙো মাগী শ্রীচরন খুয়াখাদা হন্না হন্না খুরুমজরি।

"জয় শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী জয়।"



শগোলশেম মধুচন্দ্র সিংহ
শিংজমৈ মখা ৱাইখোম লৈকাই, ইম্ফাল।

# নুঙাইবা ফোংদোকচবা

লাইরিক অসি ফোংবদা মপুং ওইনা শরুক য়াবিরিবী ঐগী ইচন অতোম্বী, শাপম ওংবী শ্রীমতি বিজয়া দেবী (Mrs. Dr. Sapam Rabei Singh) অমসুং অতৈ মখাদা ইরিবা ইচন-ইনাওশিং অমসুং ইমৌশিংনা পিরকপা মমল য়াম্লবা মতেংশিংগীদমক মখোয়বু ঐহাক্না হন্না হন্না আশির্ব্বাদ পিবগা লোয়ননা, লৈখিদ্রবা পিতা-গুরুগীদমক্তা নহান্না তৌফম থোক্লবা ঐগী ঈথৌ অমা হন্দক পাংথোকচবা ঙমজবা অসিগীদমক্তা ঐনা মখোয় পুম্নমক্কী মফমদা ঐহাক্কী ঙমখৈ লৈতনা নুঙাইজবা অদু ফোংদোকচরি। লোয়ননা মখোয় পুম্নমকপু লৈখিদ্রবা পিতাগী অত্মানা অমসুং শ্রীশ্রীগোবিন্দনা মতম পুম্নমক্কী ওইনা কৃপা পিবিবা ওইসনু হায়না প্রার্থনা তৌজরি।

১। রাইখোম নিঙোল অহল মুতুম ওংবী সোরোজিনী দেবী, শগোলমন থাংজম লৈবক।

২। অঙোম ওংবী শ্রীমতি মোনোরোমা দেবী, মোইবাংখোম মখা।

৩। লৈখিদ্রবী ক্ষেত্রিময়ুম ওংবী অমুস্না দেবী, চিংঙামখা ক্ষেত্রি লৈকাই।

৪। সৌগাইজম ওংবী প্রমোদিনী দেবী, মোইরাংখোম।
অমসুং

৫। শ্রীরাইখোম উমাকান্ত সিংহ।

৬। শ্রীমতি রেনুকা দেবী (Mrs Bobby)

৭। শ্রীমতি ইন্দিরা দেবী (Mrs Ronny)

**রাইখোম দামোদর সিংহ।**

# সূচী পত্র

## (য়াওফম তাকপা)

# মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তণ পালা ঈশৈ

## অহানবা মতাঙ্

"নট" হায়বসি সংস্কৃতকী শব্দ, নট্ ধাতুদা অনক প্রত্যয় তপ্লগা থোকপা শব্দনি — অর্থনা — নটাতি যঃ সঃ নটঃ — জগোই ঈশৈ অনিমক বাদ্য যন্ত্রগা লোইননা উৎপা ওম্বগী মীশক অদুবু হায়বনি। মসিগুম্না জগোই ঈশৈ অসিদা অথোইবা ওইনা খংনরক্লিবসি দেবতাশিংগী মনুংদা শিব (মহাদেব) — মহাকপু "নটরাজ" হায়না খঙনরি। অদুদগী শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোবুনা "নটবর" হায়না খঙনরি। অদুদগী হন্দক্কী কলিগী পূর্ণআবতার শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভু — মহাপ্রভুবুনা "রসিক নট সেখর" হায়না কৌনরি। গৌড়ীয় বৈষ্ণব ভক্তশিংনা থম্মোই শেংনা রস অস্বাদন তৌজরিবদি "রসিক সেখর" শ্রীমহাপ্রভুগী জগোই ঈশৈগী সংকীর্ত্তণ অসিনি।

অমনা তোঙান তোঙানবা রসকী শৈরেংনা মথং মথং লৈ পবেং লেংবগুম লৈখন চানা লেংশিন্দুনা শকপবু "পালা" ঈশৈ কৌই।

অদুনা মণিপুরগী মচিন অহুম লোংলবা "ত্রৌর্য্যাত্রিক কলা" — গীতং বাদ্যং নৃতং হায়বদি পুং ঈশৈ জগোইনা পুল্লগা শ্রীহরিগী নামবু শক্ শোল্লিবা কীর্ত্তণবু "নট সংকীর্ত্তণ পালা ঈশৈ" হায়না খংনবি।

তৌবগীদি মণিপুরদা "নাট্যকলা" কীর্ত্তণগী মখল অনি লৈ। "রুপক্কী" জাৎ অমা অতোপ্পা অমনা "রাসক্কী" জাৎ অমা। নাটক-অভিনয়গী মওংনা প্রধান ওইবা অদুনা "রুপক" — মদুগী জাৎতি — গৌরলীলা, উদুখল লীলানচিংবা। অদুগা পুংও-ঈশৈ জগোইগী রস ফোংদোকপনা প্রধান ওইবা অদুনা "রাসক" — মদুগী জাৎতি — জগোই রাস, গোপরাস শনশেনবা অমসুং নট-পালা ঈশৈ শকপনচিংবা "নট সংকীর্ত্তণ"শিং অসিনি।

২। গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মনা য়ুম্ফম ওইদুনা মণিপুরগী লাইগী শক্তিকৃপা ফংবা ওজাগুরুশিংনা প্রেমভক্তিগী অথোইবা সাধন পদ্ধতিগী মওংদা শিদ-উপাল অমা ওইনা ঐখোয়গীদমক থম্বীরম্লবা "নট সংকীর্ত্তণ" নি।

মৈতৈগী গৌড়ীয় সাধু বৈষ্ণব অহল্লমনশিংগী থম্মোইদা চেৎনা লৈরম্বা হৌজিকসু থাদোকপা ঙম্লরোইদবা নট সংকীর্ত্তণ ঈশৈ শকপা অমসুং তাবগী ভজনদি –

(১) "কৃষ্ণবর্নং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গোঅস্ত্র পার্ষদম ঃ
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তণপ্রায়ৈঃ যজন্তি হিসুমেধস ঃ" ॥

(২) "আপনে ঠাকুর নিজ সংকীর্ত্তণরুপে।
অনায়াসে সর্ব্বসিদ্ধি সাধি কলিযুগে ॥"

৩। হৌজিক ওইরিবা কলিযুগ অসিগী অহানবা মতাংদা অবতার শিবমনি ওইনা ভক্তগী শকওং লৌদুনা শচীগী গর্ভদগী চোংথোক্লক্লিবা শ্রীগৌরাঙ্গ অসে অঙৌবা গোবিন্দনি মনুংদনা কৃষ্ণবর্ন – ব্রজগী অমুবা কৃষ্ণ – হন্দক্কী কলিযুগ অসিদনা শ্রীরাধাগী অঙৌবা কুচুনা কুপশিন্দুনা – "অন্তরে কালা বাহিরে গৌর" গী মওংদা ফোংদোকপিদুনা মহাক্কী মশক নাইবা অথুপ্পা ভক্তশিংগা লোইননা "সংকীর্ত্তণ" কৌবা ধর্ম্ম অসি হৌদোক্লরবনে। রাধাকৃষ্ণ অনিনা দেহআত্মা অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা "প্রেমভক্তি" ফোংদোক্কে সংকীর্ত্তণনা খুলাই ওইনদুনা কলিজীবশিংগী থম্মোইদা "প্রেম-রস" গী থিংবা য়াদ্রবা ঈথক হৌহনগে – শিব-শুক-নারদ-ব্রহ্মানা কল্পকোটি "জপতপধ্যান" তৌবদা মশকমুন্না খংজখিদ্রবা **রাধাগোবিন্দ মথোই অনিতগী ওইবা "উন্নত-উজ্জ্বল-মধুর প্রেমগী" সমুদ্রদা** পাপী পষণ্ডী ফাওবা থাক্তনা – কলিগী জীব পুম্নমকপু চিংথদুনা ঘরকলিগী মৈদগী কনবিগে থোরক্লে। অসিনি।

শ্রীমনমহাপ্রভুগী শ্রীমুখবানীমক্তসু "সংকীর্ত্তণবু" অসুম্না হায়বিরম্লবনি –

"সর্ব্ব ধর্ম্ম – সার এই সংকীর্ত্তনে ধর্ম্ম।
বিশেষ জানিবে কলিযুগে এই কর্ম্ম ॥
পঞ্চমসে বেদ হৈতে প্রকাশ ইহার"।

জগৎ অসিদা লৈখিবা লৈরিবা ধর্ম্ম লাইনিং পুম্নমক্কী "সার" – মরু ওইবদি সংকীর্ত্তন ধর্ম্ম অসিনি। কলিজীবগী অথোইবা ওইনা তৌগদবা থাদোকপা য়াদ্রবা কর্ম্মদি সংকীর্ত্তণ অসিনি, মুন্না খংবিয়ু। মরমদি বেদ মরি খার্ব্বোন নৈরগা শ্রীকৃষ্ণভগবাননা ব্যাসদেবগী লৈএংদা চণ্ডদুনা ফোংথ্রবা মঙাশুবা বেদগী মশক ওইরিবা শ্রীমদ্ভাগবদ পুরানদগী স্বয়ং ওইনা চোংথোক্লকপা "সংকীর্ত্তণ" নি।

৪। অমুকসু বেদদা সংকীর্ত্তণবু অসুম্না হায়রি।

মদুদি –

"সত্যে যদ্ ধ্যায়তে বিষ্ণু ত্রেতায়াং যজতেমঁখৈ ঃ।
দ্বাপবে পরিচাযায়াং কলৌতদ্ধরিকীর্ত্তনাৎ ॥"

সত্য যুগতনা ধ্যান্না, ত্রেতাদনা যজ্ঞনা, দ্বাপুর যুগতনা সেবাদনা অদুগা কলিদনা হরিসংকীর্ত্তাদনা হরি-বিষ্ণুবু নিংলগা ফংজগদবনি উজগদবনি – মরমদি শ্রীহরিনা কলিদদি সংকীর্ত্তণগী রুপতা সংসংনা ফোংলরগদবনি।

অদুগুম্বা কলি অসিদা সংকীর্ত্তণ ওইনা অবতার তৌবিররবা হরি-শ্রীগৌরাঙ্গবু মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তণ ঈশৈ শকপা ওজাশিংনা রাগ হেক তাবগা সংকীর্ত্তণ হৌরকপদা ইবুঙো মাবু খুরুমজরগা বন্দনা তৌজরগা – "সংকীর্ত্তনে মাঝে – ময়াইদা" লেংশিনবিরকউ হায়না থম্মোই শেংনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা কৌজরিবা –

"অজানু লম্বিতভুজৌ কনকাবদাতৌ
সংকীর্ত্তনৈক পিতরৌ কমলায়াতাক্ষৌ।
বিশম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগধর্ম্মপালৌ
বন্দে জগৎ প্রিয়করৌ করুনাবতারৌ।"

পাম্বোম্না খুকউ য়ৌনা চোনবা, কুচুনা স্না অহিংবাববু ঙমজবা,

মিৎস্না থম্বাল লৈকা মানবা, সংকীর্ত্তণগী মশকপু যুগধর্ম্ম ওইনা তাকপিবা অমসুং ঙাকপিবা; প্রেম ভক্তিতনা তাইবঙ-পানববু য়োকপিদুনা মঙ্গলগী মশক ওইরবা ব্রার্ম্মন্ ওইবিদুনা মতম পুম্নমক্তা নুমিৎকুম্না ঙান্দুনা জগৎ অসিদা থৌজাল্ পিবিনবগীদমক অবতার তৌবিরকপা শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুবু হন্না হন্না খুরুমজে। অসুম্না মাধুর্য্য ভক্তিগা লোয়ননা অমসুং সুর-রাগ চুম্না শক্লকপা সংকীর্ত্তণগী ঈশৈ অদুদি পাপী পাষণ্ডী ফাওবগী নাকোং অনি অদুদা রস (ঘি) গী মশক ওইনা চংখ্রগা থম্মোই-থনুং হেক য়ৌবদা রস অদুনা ভাবকী মৈ অদু ফুং লাওনা হৌহল্লুই – মৈ অদুদগী প্রেমগী মৈরিনা কাপথেক্লক্কুনা জীব অদুগী মশাদা খংহৌদনা তুচুংবা-নীকপগী বিকার ফাওরকপা – খুদক অদুমক্তদা মিৎ অনিদগী পি শিন্থবকপা লোয়ননা ইকাই-ইকি খংলক্তবা। মদু য়ৌখ্রবদি মী অদুগী মশাদা লৈবা পাপ পুম্নমক কোক্লবনি হায়বসিনি মৈতৈগী "নট সংকীর্ত্তণ ঈশৈগী" অযৌবী মুল-তত্ত-ভাবনা-অহল্লমন লাইগুরু বৈষ্ণবশিংনা লৌনবল্লিবা অদুবু লাইবক থিবদি অসিগুম্বা প্রেমগী ভাবনা অসি মনুং য়ৌশিন্না বস চুপ্পগী মহত্তা মপান থোংগীদা ওইবা কুম্মৈ অমা যেংবগী মওংদদা ঙসিদি চৎথখরে।

৫। থাঙ্গৈশেংবদি ঐখোয়গী অহল্লমন লাইগুরুশিংনা চেৎনা থাজজবন্মি মদুদি হরি সংকীর্ত্তণ শকপা-শোনবা অমসুং তাব-য়েংবা অসি মওং চুম্না সাধু-সঙ্গ (সত-সঙ্গ) তৌবগী মওংদা চৎথরবা কান্দদা বৈষ্ণব গুরু গোস্বামীশিংনা তাকপীবম্বা শ্রীকৃষ্ণ-প্রীতি-আনন্দ ফংনবগী মরুওইবা ভক্তি মার্গগী মচাক অনি – সাধক অমসুং সিদ্ধককী গুন অনি অদু মুন্না খংলক্কনি। অসিনি। অদুবু হায়রিবা ভক্তি মার্গ বোমদা পুক্লিং লুপশিনবা হায়বসি মীওই অদুগী মশাদা মতম পুম্নমক্তা "ভক্ত" অমা ওইবগী অশেংবা গুনশিং অদু লৈতবা য়াদে। ভক্ত অমা ওইবগী গুনদি শ্রীমনমহাপ্রভুনা তাকপিখ্রবনি, মদুদি –

"তৃনাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিঞ্চুনা।
অমানিনা মানদেন, কীর্ত্তনীয় সদা হরি ॥"

(অমিয় নিমাই চরিত)

**ভক্ত অমা ওইবগী গুনশিংদি — মতম পুম্নমক্তা নাপীদগী হেন্না নেম্না তোম্বনা লৈবা, ঐ মঙায়বে হায়বা মশাগী নাপল "অভিমান" অমত্তা লৈজদবা অদুবু খাংবা কনবদদি নুংদগী হেন্না কনবা লোযননা মতম পুম্নমক্তা হরিবু নিংশিংজবা শোঞ্জবা।**

মণিপুরগী "নট সংকীৰ্ত্তণ" পালা ঈশৈ শকপগী মওং অসি অতৈ কীৰ্ত্তণ পালানচিংবা ঈশৈ শকপগী মওংদগী যাম্না খেন্নৈ অমসুং লুবা হেল্লি হায়না লৌনৈ মবমদি মসিদা মৈতৈতগী ওইবা ঈদা যাওবক্লবা লুববা "গন্ধৰ্ব্ব-কলা-বিদ্যা" হাযবদি "পুঙ-ঈশৈ-জগোয" — "ত্ৰৌযাত্ৰিক-কলা" — গীতং-বাদ্যং-নৃতং হাযবা মচিন অহুম লোংবা কলা অহুমগী গুনবু মযেক শেংনা উৎপগা লোযননা বাচিক আঙ্গিক আহাৰ্য্য অমসুং স্বাত্তিক অভিনযশিংসু মযেক শেংনা অমসুং মপুং ফানা উত্তুনা ভাবকতা প্ৰেম বসগী প্ৰেম বিকাব থুং লাওনা ফাওহন্দুনা অহল্লমন ভক্ত বৈষ্ণবশিংবু প্ৰেমবসকী ঈচেন্দা থিংবা যাদবম্মখৈ চিংথবা ঙম্বগী তোপ তোপ্পা কলা বিদ্যাগী গুন অমা চংই অসিনি।

৬। **"নট সংকীৰ্ত্তন" হায়বসি থাঙ্গেশেংবমক্তি বৃন্দাবনগী কৃষ্ণলীলা হায়বদি রাস-লীলা শানখিবদু শ্ৰীগৌরাঙ্গ-মহাপ্ৰভুনা অমুক হন্না মাগী অথোইবা ভক্তশিং — শ্ৰীবাস, অদ্বৈত, গধাধর, মুরারীনচিংবশিংগা শানদুনা শ্ৰীরাধাকৃষ্ণ অনিগী প্ৰেম-রসকী গুনা-গুন শোনবগী "কীৰ্ত্তণ" অদু চৎথরকপদনি হায়** - কীৰ্ত্তণগী অৰ্থসু অসুম্না ফোংদোক্লি —

"নামলীলা গুনাদীনাং উচ্চৈৰ্ভাষতু কীৰ্ত্তণনম্"।

ভগবানগী নাম গুনশিং লাওনা শক শোনববু কীৰ্ত্তন কৌই। **অদুগা বাদ্য যন্ত্ৰশিং অমসুং নৃত (অভিনয়) য়াওনা শোনবা কীৰ্ত্তণবুনা "সংকীৰ্ত্তণ" হায়না খংনৈ।**

**ঐখোয়গী "ঈশৈ" হায়বা ৱাহৈ অসিসু "ঈশ + হে = ঈশ + এ = হে ঈশ্বর হায়না ভগবানবু ভক্তশিংনা থম্মোই শোক্লা কৌজরকপা শোনজরকপা ৱাহৈশিং অদুদগী ঈশৈ হায়বা ৱাহৈ অসি তারকপনি**

হায়না লৌনৈ। অদুগুম্বা ব্রজগীলীলা অদু শানসি হায়না লেপখ্রবদা কনানা কনা শাগদবনো হায়না ভক্তশিংনা হংজরকপদা প্রভুনা অসুম্না হায়বিরকখি মাদুদি – "আমি হবো রাধায়, গদাধর হইবেন ললিতা; শ্রীপাদ নিত্যাইনন্দ হইবেন আমাব বড়াই, শ্রীবাস নারদ, আর অদ্বৈত! *তুমি হইবে শ্রীকৃষ্ণ ইত্যাদি*।" অদুনা ঐখোয়গী সংকীর্ত্তণদা পুংয়ৈরিবা মকোক অসি অদ্বৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তমদা পুং য়ৈরিবনি হায়বগী ভাবনা অদুদা খুবঃমবা চংবদা পুংয়ৈবদা হান্না ভক্তি কৎলিবসিগী মবম অসিননি হায়, অদুদগীদি নারদগী শক্তম লৌবিবা শ্রীবাস – ঈশৈ হনবরোমদা ভক্তি মথং মথং তৌরকপা। তৌবগীদি থাঙ্গেশংনা অহল্লমনগী চৎনবীদদি মাগুব মপু অদুসু অতৈ নত্তে শ্রীকৃষ্ণনি অদুনা হান্না খুকমগনি অদুদগী চংদ্রিঁউদা অমসুং থোরকপদা সংকীর্ত্তণ লোমদা ভক্তি কৎলি অদুগী মবমসু – ময়াইদা লৈবিবা মাগুবকী যাত্রা-উখোং অদুসু শ্রীকৃষ্ণনি (কল্প বৃক্ষনি) বিনা দেবীনা শ্রীমতি বাধিকাগী শক্তম লৌবগা ইবুঙোগী ওইবোমদা থৌগন্দুনা লৈবগী মওংদা।

সংকীর্ত্তণ তৌবিবা মফম অসিনা শ্রীব্রজবৃন্দাবননি, মাগুবনা "নিভৃতনিকুঞ্জবন" অদুগী মনুংদা মখোং নিপানগী বত্ন মন্দিব অমা লৈ-মখোং নিপান অসিনা ওইরিবনা অষ্ট সখি (অঙ্গ) ৮ গী শক্তম – অৱাংথংবা য়ুম্বীনা ললিতা সখী, চীংখৈদনা বিশাখা, নোংপোক্কীনা চিত্রা, মৈরমদনা চম্পকলতা, মখা থংবদনা তুঙ্গবিদ্যা, মোইবাংলাইজিদনা ইন্দুবেখা, নোংচুপ থংবদনা রঙ্গদেবী অমসুং কৌব্রু থংবদনা সুদেবীনে।

অদুগা সংকীর্ত্তণগী – মণ্ডলিগী অকোইবদা ফল্লিবা ভাবকশিংনা ওইরিবনা – নোংচুপ থংবা মাইকৈদা সংকর্ষন্না (বলদেব) লুচিংবা ভাবক ৮। মখা মাইকৈদনা বাসুদেবনা লুচিংবা চৌষ্টি মহন্ত ৬৪। অৱাং মাইকৈদা প্রদ্যুম্না (কামদেব) না লুচিংবা পঞ্চতত্ব ভাবক ৫ অমসুং নোংপোক মাইকৈদা অনিরুদ্ধনা লুচিংবা ভাবক ১২। অসুম্না ঐখোয়গী "নট সংকীর্ত্তণ" পালা ঈশৈ শকপা অমসুং তাবগী মরমদা অরু অরুবা ভাবনা-ভজন কয়া লৈখ্রে অদুননি ঐখোয়গী নট সংকীর্ত্তণ

পালা ঈশৈনা অতৈ কীর্ত্তণ শক শোনবগী মওংদগী য়াম্না হেন্না লুনা লৈ হায়রিবসি। লোয়ননা মসিদা শিজিন্নরিবা Technique শিং অসিসু ঐখোয়গী অহল্লমন ওজা-লাইগুরুশিং অদুনা য়াম্না লুনা পুথোকচরম্বা অমসুং চেকশিন্না থম্বীবম্বা শিদ্ধ ফংলবা মওংশিংনি হায়না হায়বিরম্মি।

শ্রীশ্রীগোবিন্দগী ইচ্ছাদগী – বৈষ্ণব-গুরু – গোস্বামীশিংগী কৃপাদগী যুগোল মূর্ত্তি লিংখৎচদুনা প্রেম ভক্তিগী কল্পতরুগী মশক ওইরিবা "নট সংকীর্ত্তণ" কলাবু মণিপুর সনা লৈপাক্তা মরা চেৎনা থাবিরম্বা শ্রীরাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু অমসুং রাজর্ষিগী পার্ষদ-অন্তরঙ্গ ওইনা হিবম অসিদা শুদ্ধভক্তিগা লোইননা তেংবাংবিরম্বা ভক্তবৈষ্ণব-আচায্য খিবিক্কী চরন্দা কোটি দণ্ডবৎ কৎফম থোকই। নুমিৎ থানা পাল্লিবমখৈ মণিপুরগী ভক্তবৈষ্ণবশিংনা সংকীর্ত্তণগী "প্রেমমৃত" সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাওদুনা কলিগী মৈচাক অসি খাংঙজবা ঙম্নবা মতিক চাবা শ্রদ্ধা-ভক্তি প্রেমনুরাগগী শক্তি অদু শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙোনা শোযদনা পিবিবক্কনি হায়বসিদা চিংনফম থোক্তে। কবিনা ভগবানগী ওইবা মপোৎ-মবলবু থরাই হকচাং কৎথোক্তুনা ঙাকচবিবা জীবশিং অদুবু ভগবাননা শোয়দনা ঙাকপিফম থোকই। ভগবাননা ঙাকপীবিবা মী অদুগী মতু-নামা কনানা শোক্লগনি !

"বাখে কৃষ্ণ মারে কে"

# অনিশুবা মতাঙ্

রাজার্ষী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শিদ উপাল অমা ওইনা থাবিরম্লবা মনিপুর ঐখোয়গী মমল নাইদ্রবা "নট-সংকীর্ত্তণ" নি অমসুং মসি অতৈ সংকীর্ত্তণ শকপা শোনবদগী য়াম্না খেন্নৈ অমসুং লুবা হেল্লি হায়না হান্নবা পনজখ্রে।

মণিপুবগী নট পালা সংকীর্ত্তণ ঈশৈ শকপগী মওং অসি মশা-অংশ মরি থোক্লা খায়দোকই হাযবা য়াই। মদুদি (১) অহানবদা রাগ হৌবা, (২) অনিশুবদা বাগ তারগা বৈথা-ফমথবগা গৌড়চন্দ্র শকপা অদুদগী রাধা গোবিন্দগী "নিতিলীলা" শকপা হৌবা, (৩) অদুদগী অমুক হৌগৎলগা মেল শকপা, (৪) অবোইবদা মেনকুপ শকপা লোয়রগা ফমথরগা নিত্যাইবদ শক্লগা লোইশিনবা।

২। **রাগ হৌবা** – মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তণ ঈশৈ শকপদা রাগ হৌদবা য়াদে। রাগ হৌবা হাযবসি "বাগ আবাহন" (Invocation of the Raga Deity) হায়নসু খণ্ডনৈ। অমবোমদা হাযবগা যন্ত্রশিং খোংবা হৌদ্রিঙৈদা সুব (Sound গী frequency) চানবা "Tuning" তৌবগী মওংগুম্বনি হায়বা য়াই।

অদুবু ঈশৈগী বাগ হৌবনা লুবা হেল্লক্লিবদি "অধ্যাত্মিক – Spiritualistic" ওইবগী মওং – factor অমা য়াওবগী মরমননি হায়বা য়াই।

ঈশৈ হায়বসিমক্তবু "নাদব্রহ্ম" গী মশকনি। হৃদিদগী থোক্লকপা নাদ-ধবনি অদুদা "ভাব-রস" না মচু শংলগা মাদুদগী থোক্লকপা সুর অদুদা ময়েক (ৱাহৈ) পানশিল্লগা সুর অদুনা তাক্লিবা লয়-মাত্রা অদুদা শাদোং ওইদুনা থোরক্লগা ঈশৈ ওইনা তারিবনি। অমনা থনুংদগী চিংথোক্লকপা সুরগী অচুম্বা মওংগী ঈথক-ঈপোম (Frequency-wave) অদু নত্তনা "রস" থোকহনবা ঙমদে। "রস" থোকহনবা ঙমদবা ঈশৈ অদুবু নটপালাগী ওজাগুরুশিংনা "সঙ্গীত" হায়না লৌনদ্রে – frequency অমসুং Pitch চাদবা খোঞ্জেল-sound অদুদি Music ওইনা তাবগী মহুত্তা Noise ওইনা তারগনি অসিনি।

পুঙ যৈবা — ঈশৈ শকপা — পালা পুম্নমক হৌনবী ফিবেপ চানা লেপ্তুনা শঙ্খ ধ্বনিগা লোইননা হৌবিবা বাগনি। অদুসু মাগুব মপু অদুনা

**"শ্রীমদ রাধাগোবিন্দ প্রীতি আনন্দে, বল প্রেমসে কহ শ্রীরাধা কৃষ্ণ, কহ প্রভুনিত্যাই চৈতন্য আদ্বৈত, শ্রীরাধারানী কহত সন্ত সাধো মধুরসবানী — হরে হরে" হায়না "হরি ধ্বনি" লাওবগা লোয়ননা হৌরিবা রাগনি।**

আবাহন তৌবিবা বাগমূর্ত্তি ধ্যান তৌগদবনি। "বাগ" হৌবগী মখোল অসি হেক তাবতদা ভাবক পুম্নমক্কী থম্মোইদা থুক লাওনা পানবা তুজুংবা পোকপা অমা লৈগদবনি হাযবিবমই। মদুগী মবমদি —

"শিব শক্তিমযো বাগঃ পব প্রেম বর্সান্নবঃ।
যস্য শ্রবন মাত্রেন বিষ্ণু ভক্তিবতো ভবেৎ।"

মফম চানা — মতম চানা — মওং চুন্না হৌবিবা "বাগ" অদু হেক তাবদা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী থম্মোইনুংদা "কৃষ্ণপ্রীতি আনন্দগী" ঈথক অমা হৌবিবনি।

৩। নট সংকীর্ত্তণগী "বাগ" — আলাপ অসি — "আ-তা-না-বি" হাযবা মন্ত্রগী মশক ওইবা শব্দ মবি অসিতনা হুকাব তৌদুনা থোকহনবনি।

"হুকবাৎ প্রসবশ্চৈব যথা বেদস্য ওমিতি।
"তা" শব্দেনোচ্যতে গৌবী "না" শব্দেনোচ্যতে হবঃ॥
"আকাবেন হবিঃ প্রোক্তা" বিকাবেন পিতামহঃ।
"আ-তা-না-বীতি শব্দেন সর্বেষামেব সম্ভবঃ।"

ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বব-পার্ব্বতী-লাই মবি অসিগী হুকাবনি হাযবিবা নট সংকীর্ত্তণগী বাগ অসিদা "নাদ-শ্রুতি"গী অচেৎপা যুম্ফম (Basic Principle) ওইবনি হাযবসিনি মৈতৈগী ওজা-লাইগুবিশিংনা চেকশিন্না লুনা লৌনবম্লিবসি।

বাগ হুকাঁব অসি লাওথোক্লপদা শোইবা যাদবা "নাদ-শ্রুতি" গী অচেৎপা পবমপাবগী নিযম অমনা — "ঘব, পঞ্চম, দীর্ঘ" হায়বা খোম্থাং (গ্রাম) অহুম অসিনি। হৃদিপদ্মদগী থোবকপা অহানবা খোম্থোক অদুনা

“ঘর” – অদুগী মথঙদা কন্ঠদগী থোক্লকপা অদুনা “পঞ্চম’ – অদুদগী “ব্রহ্মরন্দ্র” তম্না লাওখৎলকপা থাগৎলকপা অৱাংবা খোম্থাং অদুবুনা ‘দীর্ঘ” ।

হায়রিবা খোম্থোকশিং অসিনা শোয়গ্নবদি – মাদুদগী তাথরকপা ঈশৈশিং অদু মশক-মচু থোকপা – চুম্বা য়াদ্রে – হায়বদি শক্লিবা মী অদুগী মশামক্তদসু তাবিবা শ্রেতাশিং অদুগী নাকোংদসু পেন্দ্রে – অদুনা মাখোইগী থম্মোইদা হৌফম থোকপা “রস” অদু হৌহনবা ঙমদে। অদুদা নত্তনা শক্লিবা মী অদুগী মশাদা তেংবাল্লী (লাইথুং তিনথুং পোক্লকই) হায়বসিনি মৈতৈগী থাইনগী ওজা লাইগুরুশিংনা “রাগ” হৌবদা য়াম্না চেকশিল্লমবগী মবম । মসিনা “রাগ’ গী মপানগী মরোলনি । মনুঙগী ওইর্নদি লুনা-কিনা “ধ্যান” তৌবগী ভাবনা অমা লৈরি হায়বিবম্মি – মদুদি অহানবদা – শ্রীগৌরাঙ্গগী শ্রীঅঙ্গনিরুপন – অদুদগী পঞ্চপ্রান সঞ্চাব (জীবনাস) (বেশভূষন) (অবাহন) অসিনচিংবা – (Invocation of the Deity of the Nata Sankritana, Lord Gouranga – presiding over and underlying the whole devotional music) ।

৪ । পুঙগা ঈশৈগা হাযবদি পালা পুন্নমক পুক্লীং-লীচিং অমত্তা ওইনা তৌমিন্নগদবা – হেলা য়াদবা ঐখোয়গী নট-সংকীর্ত্তণগী – কীর্ত্তণ বিচারগী নিয়মনি ।

রাগ হৌরিঙৈ মনুংসি অসুক মতিক চেকশিনখ্রে মদুদি য়ুম্বু অমসুং ভাবক ফাওবা লেংবা খোৎপা তৌদনা লৈগদবনি – অদুননি মৈতৈগী নট-পালা সংকীর্ত্তণগী রাগ হৌরকপদগীনা “বাগ” তাদ্রিবা – হায়বদি পালাশিংনা লেপ্লম্বদগী ফমথরক্ত্রিবা ফাওবা খুরুম্বা চংবা অমসুং অনৌবা ভাবক চংনদ্রিবা – নত্রবদি মখোয়গী movement-লেংখোৎপশিং অদুনা disturbance অমা পিরক্তুনা ঈশৈ হৌবগী তৌরিবা “ধ্যান”-concentration অদু কায়বা-ভঙ্গ ওইবগী মচাক (দোষ) অমা ওইগনি অসিনি ।

মণিপুরগী নট-সংকীর্ত্তণগী রাগ হৌবা অসি অতৈ ঈশৈ শকপগী “সুর-আলাপ” তৌবদগী চাওনা খেন্নবদি রাগ হৌবদা পুঙ-করতাল অমসুং শঙ্খ অহুমগী ধ্বনি – মখোলসু য়াওগদবা অসিনি ।

পুঙগী হুকাঁব নাদনা করতালগা লোইননা হান্না হৌবগা অদুদগী ঈশৈগী রাগ-আলাপ তারা অসিনি। অদুদগী পুঙগী সঞ্চারনচিংবা তাবগা অরোইবদা ঈশৈগী রাগগী "ঘর" দা পুঙসু করতালসু রাগ-আলাপসু লোইশিনমিন্নগদবনি। নাইতোম তানবা যাদে। মাসিগী মতাং অসিদা লুবিবনা – সংকীর্ত্তণগী ওজাশিংনা প্রেম-ভক্তি-কল্পনা শক্তিনা শ্রীগৌরাঙ্গ-মহাপ্রভুগী শ্রীমূর্ত্তি নিরুপন তৌবা অসিনি। অদুদগী শ্রীমনমহাপ্রভুগী পঞ্চতরসগী মশক ওইবা পঞ্চপ্রানবু শ্রীমূর্ত্তি অদুদা "সঞ্চার" ওইহনবা – মতাং অসিমক্তদনি পুংনা সঞ্চার যৈবক্লিবসি। রাগ অসি হেক লোইবদা মাদুনা পুরা – ঈশৈ "গৌরচন্দ্রিকা" তিন্দালদা শক্তুনা বৈথা-তাগদবনি-ফমথগদবনি। অদুদগী সপিণ্ড-শ্রাদ্ধনচিংবা কর্ম্ম অচৌবদা বাধা-গোবিন্দগী "নিতিলীলা" শকপা অসিনা মণিপুরগী নটপালাগী লেঙবা যাদ্রবা নিযম অমনি। শক্লবিবা বসনা – প্রাতঃগী গোষ্টদগী সাযংগী ফিবা গোষ্ট ফাওবা। অদুনা বৈথা-গৌরচন্দ্রদা "মেলদা" শক্লদৌবিবা লীলা কীর্ত্তন অদুগী ভাব-রস (শ্রী গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভাব) অভাস ওইনা শক্লে – অদুদগী পালা পুম্নমক হৌগৎতুনা যেৎ-ওইননা (Clockwise direction দা) "রেরী" কোযবগা – মাগী মাগী মফম যৌবদা পুঙ যৈবা, ঈশৈহনবা অমসুং দুহার – অহুম বাদ্য যন্ত্র শোক্লদুনা খুরুম্নবগা – "মেল" হাযবা নট সংকীর্ত্তণগী মপুঙ-থৱাই ওইবিবা শৈশক অসি শরুই। অহুম্না খুরুম্নবা-শোক্লবা অসি – "গীতং-বাদ্যং নৃতং" হাযবা থৱাই অহুম অসি চপ মান্নগদবনি হাযবা উৎপগী ভাবনানি।

৫। মেল হাযবসিগী অর্থদি সঙ্গিত শাস্ত্রদা অসুম্না হাযবি মদুদি –

"মিলন্তি (বর্গীভবন্তি) রাগা যেষু তে মেলঃ।"

"তদাশ্রয ভূতাঃ স্বর সংস্থান বিশেষাঃ"

– রাগ-সুর-মযাম্না মওং চুম্না কাঙলুপ অমতা ওইনা তিল্লবা অদুবু "মেল" কৌই। অদুবু মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তণগী পরমপরাদগী চৎনবকপা মনুং যৌশিনবা মেলগী অর্থদি – গর্ন্ধব বিদ্যাগী "ত্রৌযাত্রিক-কলা" হাযবদি "গীত-বাদ্য-নৃত্য" (পুঙ-ঈশৈ-জগোই) অহুম অসিনা মওং চুম্না তিন্নদুনা অপুনবা "শক্তম" অমতং থোক্লকপা অদুবু "মেল" হায়না খংনৈ।

ঐখোযগী মেলগী মওংনা ফজবিবা অসি – মেল থাবমদাইদা – পুঙ, ঈশৈ, জগোই হাযবা "ত্রৌয্যাত্রিক" কলা অহুম অসিনা – অকনবা নোং-নুংশিৎ-নোংথাং অহুম্না লমজেল তান্নবকপগী মওংদা – "অতিদ্রুত" লয়দা তাংথক নাইদনা অমগা অমগা ক্রক্ ক্রক্ ঈন্ননা চেন্নবক্লগা, পম্থুংফম (climax) হেক থুংবদা নোং-নুংশিৎ নোংথাং অহুমদগী অখাক অবাও (ব্রজ) তাবকপগী মওংগুম্না ভাবোক্কী থনুংদা খংপ্রেক খংনা তুজুংবা – প্রেমবিকাব অমা পোকহনবা ঙম্বা অসিনি – অহল্লমনশিংনা হার্যবিবম্মি মদুদি অচুম্বা অমসুং খম থেংনা অযৌবি মওংদা মেল থাব ঙম্লবদি কবি অমুক হাযকুগনি মাগুবকী অকোইবদা অমসুং অনকপদা লৈবা লৈপাক্কী ফক্লাং ফাওবা নিংখাযবিবনি হাযনা – মসি Scientifically নৈনকুববদি চুমগদবা বাফম ওইগনি মবর্মদি মেলদগী থোবক্লিবা খোঞ্জেলশিং – Sound গী vibration-wave শিং অদু অদুক্কী মতিক কনবগী মবম্না ফক্লাংশিং অদু কিম্থবা ওইগনি।

অদুদগী অমুক্কা হেন্না ফর্জবিবনা মেল হেক থাবদা "তানচপ্" হাযবসি তাবকপসিনি। মসিদা পুঙ যৈবসু ঈশৈ হনবসু নিপা থোকপা মওংদা চোংশিন্নদুনা পুঙলোনগা ঈশৈগা মিল ওইনা লৌমিন্নগদবনি। শবক শিবা যাদে। মদুতদা ভাবোকশিংগী থম্মোইদা থুক লাওনা পানবা Thrilling excitement অমা পোকহল্লি। তানচপক্কী মশাগী মহৌশানা কোন্নজবা মৈতৈগী পুঙ-ঈশৈ-জগোইগী নিপা থোকপা গন্ধর্ব বিদ্যাগী শক্তম পুথোবকপা অদুদা অমুক্কা হেন্না যজবা অপেনবা অমা ওইহল্লি। মতাং অসিদদি কোর্ত্তান মখোল থোকপা যাদ্রে। পুঙ-ঈশৈগী মখোল নীংথিনা শেংনা তাহনগদবনি। কোর্ত্তান অনিমক খুৎ ওইদা পায়বগা পালা পুন্নমক খোঙগা খুৎকতনা তাল পীদুনা ঈশৈগা লোইননা হৌনবী হস্তক-নর্ত্তক উৎকদবনি। পুঙগা ঈশৈগা-পালাগা তাঞ্জা মেঞ্জাদা যাম্না কুপশিন্না হাকথেংননা চাং যেংনফমগী তাংককনি। তালদি মধ্যলযগী একতালনি। মধ্যলয অসিমক্কী মনুংদসু অমুক – (১) দ্রুত (অথুবা-অখুবা) তান্চপ; (২) মধ্য (যাইমবা) তান্চপ (৩) বিলম্বিত (অতপ্পী-অবাওবী) তান্চপ হাযনা মশক ৩ থোক্লা চৎনবক্লি অসিনি।

৬। অমনা মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তণ পালা ঈশৈগী "মেল" গী কাযবা যাদবা মথং মনাও নাযনা লৈগদবা-শক্কদবা "অঙ্গ" শিংগী মওংদি –

(১) অহানবদা মেল হৌবা – মেনবুং (২) অনিশুবদা, মেল ওনবা; (৩) অহুমশুবদা, মেল থাবা; (৪) মরিশুবদা, তান্‌চপ; অদুদগী (৫) মঙাশুবদা, মেনকুপ অসিনি। অসুম্না লৈ পরেং – মুক্তা পরেং লেংবগুম লেংলিবা লংলাশিংগী মশক ওইরিবা শৈশক অমসুং তালশিংগী মওংশিং লোয়ননা চলন-গুন্ঠনগী মনুংদা থুপ্তুনা লৈরিবা-ভক্তিযোগ-প্রনায়মগী "আসন-মুদ্রা"গী নিয়মশিং চাওনা লুনা লৈখ্রে হায়বিরম্মি।

শম্না হায়রবদা – "মেল" হায়বসিদা তসেংনা উৎলিবদি – (১) মপান্দনা বৈষ্ণব-সঙ্গীত-কলাগী শক্তম অমসুং মগুণ (Exhibition of Fine Arts), (২) মনুংদনা – শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী "মহাজজ্ঞগী সংকীর্ত্তণ" (Devotional Music অমসুং Dance) না কলিজীবগী থম্মোইদা "ভগবৎ-ভক্তি" অমসুং "প্রেম-রস" পোকহনবা ঙম্বগী শক্তি (Divine Inspiration অমসুং Salvation) – হায়বদি সংকীর্ত্তণ কলাগা গৌড়ীয় বৈষ্ণব-ধর্ম্মগা থাদোক্নবা য়াদনা অমত্তা ওইনা লৈরি হায়না উৎপা অসিনি।

৭। মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তণ পালা ঈশৈ শকপগী অরোইবা মতাং-অংশ নত্রগা অঙ্গদি "নিত্যাইপদনা" লোইশিনবা অসিনি। শৈফমগী মমৈদা নিত্যাইনন্দ প্রভুগী মগুণ শক্তুনা লোইশিল্লি হায়দুনা অরোইবা শরুকপু "নিত্যাইপদ" হায়না কৌনখি – মতাং অসিদা মপুং ওইরিবা কর্ম্ম-কার্ত্তাশিং মাগুব মনুংদা সংকীর্ত্তণলোমদা ওনশিন্দুনা লৈপাক্তা উপ্রাক্লা হিপ্তুনা খুৎ অনি শাংনা তিংথোক্তুনা তুংদা ইমুং অদুগী ফত্তা হৌদি অমুক থোক্তনবগী মঙ্গল নিজহৌবনা অরোইবা মতাংনি।

মদুগী মমাংদা ঈশৈ হনবনা মাগুব মপুরোমদা ওনশিন্দুনা খুরুম্নগা সংকীর্ত্তণ লোইশিনবগী অয়াবা পিনবগী ভক্তি কৎলি – মসিগী ভাবনা অমনা – ঈশৈ হৌদ্রিঙৈদা মাগুব মপুনা ঈশৈ হনবদা শিন্নখিবা জীবগী প্রেতঃআত্মা অদু অমুক কীর্ত্তণ লোইরমদাইদা মাগুব মপু (শ্রী বাসুদেব কৃষ্ণ) দা খুরুমদুনা শিন্নবনি মদুদগী জয় ধ্বনি তৌদুনা মৃতঃ জীবগী মমিং মথা হায়দুনা শ্রীধামদা শ্রীহরিনা থিনগৎপা অসিনি মতাং অসিদনি মাগুবকী মোইরাংলাইজিরোম থংবা মাগুব মপুগী কোকথক ওইনা তৌবা মপাদা "পৈয়া" কক্তুনা মথকলোমদা লম্বী ফাতোকপগী মওং উৎপা ওইনা তৌরিবসি।

৮। অঙকপনি ! মৈতৈগী নট সংকীর্ত্তণ পালা ঈশৈ শকপগী মওংশিং অমসুং অরুবা ভাবনাশিং অহল্লমন-লাইগুরুশিংনা তৌরম্লিবা অমসুং লৌনরম্লিবা – খ্বাইদগী খেন্নবা অমসুং অঙকপা অমনা – মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তণ পালা ঈশৈদা – vigorous ওইবা "তাণ্ডব" কী মওংবু অমেংবা "ভক্তি-প্রেমগী" অথোংপা "Laishya" গী মওংনা পুন্সিন্দুনা – জগৎ অসি ওইবদা "পুরুষ" হায়বদি Positive তনা "প্রকৃতি" – Negative য়াওদ্রবদি য়াদে ওইথোক্তে হায়বগী মওং উৎপগুম্বা অমা য়াওরিবসিনি।

Truely, we may say Glory! to Lord Gouranga – who propounded this Holy cult of Hari-Sankritana which gives aesthetic Emission of External Bliss and Peace to all the down-fallen Souls of this dark and most quarrelsome age, the Kalijuga and also Glory to ourVeishnava King – Rajarshi Bhagyachandra who had been blessed with mystic vision of Shri Shri Govindajee and through whom had been handed down the Holy Cult of Sankritana which serves as the only weapon for the Defence against the terrible attacks of this horrible Kalijuga.

৯। মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তণ ঈশৈ শকপা-শোনবা অমসুং ভাবদনা জীবশিংগী থম্মোইদা "প্রেম-ভক্তি" পোকহন্দুনা মখোয়গী আত্মাশিংদু শ্রীহরি-পরমাত্মাগী খুয়াদা চংজবা-যৌজবা ঙম্মি হায়বসিনি অহল্লমন লাইগুরুশিংনা চেৎনা-লুনা থাজজরম্লিবা অসি। গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী অয়ৌবী ভাবনাসু "রাধা-ভাব" হায়বসিনি – হায়বদি ইবুংঙো মঙোন্দা তিনবা – মুক্তি ফংবা হায়বসি ঐখোয়গী আত্মা অসিনা অথোংপা-অমেংবা প্রকৃতিগী মওংদা চংশিনলগদদা ওইথোক্কনি – মসি Scientifically য়াম্না চুম্নবা ৱাফম ওই হায়না লৌজনিংঙি মরমদি জগৎ অসিদা "অহম" হায়বা পুরুষ-Positive অসি ইবুঙো মাদনি অতৈ জীব পুম্নমক্তি প্রকৃতি-Negative ঙাক্তনি হায়না বেদনসু ময়েক শেংনা হায়রি অদুগা "Electronic Theory" নসু ময়েক শেংনা তাক্লি মদুদি "atom" হায়বা পোৎকুপ অমা শারিবসি মাগী ময়াইদা লৈরিবা Positive Charge গী Positron অমাখক্তংগা Negative

Charge গী Electrons শিংগনা শাবিবনি। অদুনা ইবুংঙো মঙোন্দা তিনগে নত্রগা তিনশিনগে হায়ববদি Negative ওইনা চংবা তাবনি – Physical Magnetic Law নসু হায়বি মদুদি "Like Poles repel, Unlike Poles attract" – হাযবদি যোৎচাবীদা Positive কা Positive কা কাওথোক্লে অদুবু Positive কা Negative কদি খাম্বা য়াদবমখৈ চিংশিন্নে।

কয়াদা ৱাংথ্রবনো ঐখোয়গী থাইনগী অহল্লমন-লাইগুরুশিংদুগী ৱাখল ? অঙকপনি!

অদুবু ঙসিগী ঐখোযগী সমাজ অসিদা চৎথনবক্লিবা "নট সংকীর্ত্তণ ঈশৈ" শকপা-শোনবা তাবগী মওং অসি অদুগুম্বা "প্রেমভক্তি" পোকহনবগী মওংদগী যাম্না লাপথোকবকপা – "ঐশ্বর্যিক" ওইবা হাযবদি পৈশা থাববোমদদা কন্না চৎথবকপা অসি যাম্না লাইবক থিবনি হাযজনিংঙি –

থাঙ্গৈশেংবদি, হরি সংকীর্ত্তণদা "ম্না-লুপা" শেল থাবা যাদে; ম্নালুপাদি রুদ্রগী শিন্থবকপা পিনা ওনবনি "মাংই" হাযনা লৌনবিবনি – অমনা শ্রীমদভাগবদ-গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা আর্জুনদা তাকপিবি মদুদি –

> "ভোগৈশ্বয্য প্রসক্তানাং তযাপহৃত চেতসাম।
> ব্যবসাযাত্মিকা বুদ্ধিঃ সমাধৌ ন বিদ্ধীযতে ॥"
>
> – ২ । ৪৪ ।

হে আর্জুন! মীওইবনা লনথুম পৈশিনবগী ৱাখলদদা চংশিল্লক্লবদি ঐহাক অসি মখোযদগী অসুম অসুম লাপথোকখ্রগনি হাযবদি ঐবু খংজবা উজনবগী "বুদ্ধি" অদু মখোযদা লৈবক্লবোই – ঐনা পিনিংদুনা পিববসু – ভগবান্‌না গীতাদা মযেক শেংনা অসুন্নসু তাকপিবি মদুদি পুকচেল শেংনা ঐবু নুংশিনা – প্রেম লৈনা নিংজবিবা মখোয অদুদদা ঐনা ঐঙোন্দা চংজবকপা – যৌজবকপা ঙম্নবগী বুদ্ধি-লম্বী অদু পি –

> "তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্ব্বকম্।
> দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপযান্তিতে ॥"
>
> – ১০ । ১০ ।

১০। শম্না হাযববদা "ধন" হাযবসি মীওইবগী পুক্লিংবু ঙাওহনবা – চঞ্চল্‌তা হেনগৎহনবগী মচাক্তমক ওই অদুগা অদুগুম্বা অঙাওবা-লৈতদবা পুক্লিংবু মতম পুম্নমক্কী ওইনা ফাদবা ঙম্বদি "ভগবদ-প্রেম" দনা ওই অসিনি।

হৌজিক হৌজিক কন্না চৎথবা হেনগৎলক্লিবা তোয়না মফম মরাং খংদনা — মতাং য়াম্না চাদনা পৈশা থাবা চংবা অসিনা সংকীর্ত্তণগী কায়বা য়াদবা পরিং চৎথরকপা "tempo-mood" অদুসু হন্না হন্না ভঙ্গ ওইহল্লে অদুগা শক্লিবা কীর্ত্তনীয়াশিং অমসুং ভাবকশিংগী প্রেম-ভক্তি তৌনবগী Concentration অদুসু হন্না হন্না কায়হল্লে — প্রেম শুংবগী মহুত্তা ভাবক অহল্লমনশিংসু পৈশা থাবা অমসুং পালাদগী পৈশা অচোইবা কায়থোক কাইশিন তৌবগী হঙ্গৎ-হন্দা চংলকপা কুম্মৈ অদুদা য়েংদুনা লৈবগা লোয়ননা ফৈরেংনবা ৱারী ৱাতাই শাদুনা লৈরে। ওজা পালাশিংনসু কপ্পুনা ঈশৈ অদু শক্রবনিনা বৈষ্ণব অহল্লমন ভাবকশিংসু কপ্পগী থুক লাওবা ঈথিল অদু ফাওবা ঙমদ্রে — ভাবক অহল্লমনশিংনসু কপ্পুনা প্রেম তৌদ্রবনিনা পালা ওজাশিংসু কপ্লগা প্রেম ভক্তিগী অয়ৌবী "স্বাত্তিক" বিকার পুথোক্কুনা সংকীর্ত্তণ শকপা হায়বা থাইনগী অহল্লমন লাইগুরুশিংনা তৌনরম্বগুম্না তৌবা ঙমদ্রে। অসুক য়ামথ্রবা পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীওই কাংলুপশিং অসিগী মনুংদা মৈতৈগী অহল্লমনশিংদনি ঈশ্বরগী গুনা-গুন শোনবা কীর্ত্তণবু শকচরগা-তাজরগা কপ্পা ঙম্লিবসি — অসিগুম্বা তাংলবা গুন অসি ঙসিদি মালেম-খুনাই অসিদগী নোংমা নোংমগী মাংথরকপা-হম্থরকপা অসি য়াম্না লাইবক থিবা অমসুং অচৌবা অমাংবা অমনি হায়বদা হাযমনবা থোক্লোই।

অদুনদি, "প্রেম-ভক্তি" পোকহনবা ঙমদ্রবা "হরি সংকীর্ত্তণ" অদু তৌরুবগী "প্রয়োজন" — কান্নবা — Purposeful — অদু লৈত্রে হায়না লৌবা তারবনি। মরমদি 'হরিসংকীর্ত্তন" শোনবা অমসুং তাবগী "সাধন" অসিদনা ভগবানবু ময়েক শেংনা খংজবা অমসুং মাগী খুয়া-খা য়ৌজবা হায়বদু "প্রেম-ভক্তি' তনা মাং থাদুনা চংশিল্লবা কান্দদা ওইথোক্কদবনি হায়বসিনি মৈতৈগী অহল্লমন লাইগুরুশিংনা চেৎনা থাজজবগা লোয়ননা চৎথজরম্লিবসি।




# অহুমশুবা মতাঙ্

সংস্কৃত্তা "বাগ" গী অর্থদি মচু হাযবনি। অদুনা সংগীত (ঈশৈ) অমা শকপা হাযবসি মাগী মচুগুম্লবা অবেপ্পা যুম্ফম ওইবা খোঞ্জেলশিংগী শাদোংদা তোংলগা থোকহল্লকপা নত্রবদি ওইথোক্তে। অসুম্না শক্কদৌবিবা ঈশৈগী ৱাহৌদোক-যুম্ফম ওইনা হৌগদৌবিবা ঘব, পঞ্চম অমসুং দীর্ঘ খোম্থোক অহুমগী গ্রাম (মওং) চানবা শাগৎপা হৌবকপবু "বাগ" হৌবা হাযনা খংনৈ। অদুনা সংকীর্ত্তণগী ঈশৈ শকপা তাববদি বাগ হৌদবা যাদে, বাগ হৌদবা ঈশৈ অদুবু সংকীর্ত্তণ কৌনদে অসিনি মমিপুবগী নট সংকীর্ত্তণ পালা ঈশৈ শকপগী পবমপবাদগী চৎনবক্লিবাঅসি।

১। "বাগ" হৌবা হাযবসি "সুব আলাপ" তৌবা (যন্ত্রগীদা হাযবগনা frequency চানবা Tuning তৌবা) হাযবসু যাই। মবমদি বাগ অসিনা শক্কদৌবিবা ঈশৈ অদুগী মথৱাই ওইবিবা – "নাদ ধ্বনি" অদু ঈশৈ অদুদা যাওবিবা "ভাব-বস" অদুগী মচু মঙাল অদুনা অমুক যোমদুনা যুম্ফম ওইনা পুথোক্কদৌবিবনি। অদুবু মণিপুবগী নট সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈ শকপগী "বাগ" হৌবনা খেন্নবক্লিবা অমসুং লুবা হেল্লক্লিবদি "অধ্যাত্মিক – Spiritualistic" ওইবগী মওং factor অমা চাওনা যাওবগী মবমননি হাযনা হান্নবা পনখ্রে।

৩। ঐখোযগী নট-সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈগী "বাগ" আলাপ অসি নাবদ সংহিতাদা পির্বিবা নিযমগী মতুংইন্না "আ-তা-না-বি" হাযবা, বহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বব অমসুং পাববতী লাই ৪ গী মন্ত্রগী মশক ওইবা শব্দ (খোঞ্জেল-খোম্থোক) মবি অসিতনা হুকাব তৌদুনা থোকহল্লগা হৌবনি। হাযবিবা শব্দ-মবি অসিতননি "বাগ-বাগিনী" পুম্নমক্কী শক্তম (ধ্বনী রূপ) মখাদা উৎলিবসিগী মওংদা শাগৎলিবসি মদুদি –আ. . . তা, বি, তা না, বি তা, না, না বি, বি, বিৎ হায়বা খোম্থোকশিং অসিনা মথং মনাও নাইনা ঘব, পঞ্চম অমসুং দীর্ঘগী গ্রামদা থোকহল্লগা – তা শব্দনা থবাক ওইনা, বি শব্দনা খ্বাং ওইনা, না না খোং অনি, তানা পাম্বোম অনি, বি না চিন, তানা মিৎ অনি, বি না নাকোং অনি, অদুগা না না নাতোন ওইনা।

অসুম্না, রাগগী মুর্ত্তি লাকশিল্লগা রাগ হৌগনি শাগৎকনি। লোয়ননা নোংমা নোংমগী ওইবা রাগগী বর্ন-বাহনগী মখাদা উৎলিবা তোঙান-তোঙানবা নুমিৎশিংদা ওইগদবা মচুশিং খংনা ঈশৈ হৌগনি।

নোংমাইজিং নুমিৎকী রাগ মচুদি নীম্ মচুনি।

| | | |
|---|---|---|
| নিংথোকাবগীনা | – | শংবান্নবা ; |
| লৈবাকপোকপগীনা | – | নাপু মচু ; |
| য়ুমশকৈশগীনা | – | অঙৌবা মচু ; |
| শগোলশেলগীনা | – | কোরি মচু ; |
| ইরাই নুমিৎকীনা | – | লৈহাও লৈরেন (ম্না অহিংবা মচু) |
| থাংজগীনা | – | অমুবা মচু |

৪। মণিপুরগী নট-সঙ্কীর্ত্তণগী রাগ অসি "রাগ মচা" অমসুং "রাগ অচৌবা" হায়না অনি থোক্লা খাইদোকপগা লোয়ননা "রাগ পুরুষ" তরুক হায়নসু মখাদা উৎলিবসিগুম্না খায়দোকই। মখোয়দুদি –

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| অহানবদা | – | মল্লব-বাগ | – | নুমিৎনা নিংথৌকাবগী |
| অনিশুবদা | – | মল্লার-রাগ | – | নুমিৎনা লৈপাকপোকপগী |
| অহুমশুবদা | – | শ্রীরাগ | – | নুমিৎনা য়ুমশকৈশগী |
| মরিশুবদা | – | হিল্লোল নত্রগা হিলার রাগ | – | নুমিৎনা শগোলশেলগী |
| মঙাশুবদা | – | কর্নাটকা রাগ | – | নুমিৎনা ইরাই নুমিৎকী |
| তরুকশুবদা | – | বসন্ত রাগ | – | নুমিৎনা থাংজ নুমিৎকী |

৫। অসুম্না মওং চুম্না রাগ হৌরবা ঈশৈ অদু মপুং ফানা নুঙায়রবা প্রেম ভক্তিদনা থল্লবা হরি-সঙ্কীর্ত্তণ অমা ওইবা হায়বসি ঈশৈ অদুগী "ভাব-রস" চুম্না শরুগদদা ওইগদৌরিবনি। অসিগুম্বা "রস" অসিবু ঐখোয়না মৈতৈলোন্দা হায়রগদি "মহাউ" হায়না হন্দোকপা য়াই। খুদম ওইনা – চুদা অথুম্বা মহাউ লৈ, মীনা চারগা অথুম্বদু খঙলকই। তংলগা-চারগা অহাউবা (নুংঙাইবা) ফংলিবা চুগী মহাউ অদু "রস" নি। মীগী পুক্লিংনা অমসুং হকচাংগী লৈন-চিংবা ইন্দ্রিশিংনা তোঙান তোঙানবা মহাউ (রস) তংনৈ। চিন্না চারগা লৈনা খঙলিবা অথুম্বা, অখাবনচিংবা অদুগুম্না পুক্লিংনসু অৱাবা, নুংঙাইবা, হরাওবা, নোক্লিংবনচিংবা মহাউশিং খঙই।

হন্দক্কী হরি সঙ্কীর্ত্তণগী "রস" অসিনি ভক্ত বৈষ্ণ-শ্রোতাশিংগী পুক্লিংদা পেনবা মহাউ অমা ওইনা ফাওহনগদৌরিবসি, অসিগুম্বা রস অসি "মধুর-দ" হায়না খংনখ্রে – মসিদি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ব্রজলীলদা উৎখ্রিবা-উন্নত-জ্জ্বল-মধুব-প্রেমগী রস (শৃঙ্গার রস) অদুতনা ওইবনি। অসিগুম্বা অয়ৌবী দ অসিদি অতৈ রসশিং হায়বদি – হাস্য (নোক্লিংবদগী পোক্লকপা রস), রুন (অক্লাবদগী পোক্লকপা নুংশিবগী মতৌ), রৌদ্র (অশাওবদগী াক্লকপা), বীর (অকন-অথৌগী থাখলদগী থোরকপা), ভয়ানক্ রকিবদগী থোক্লকপা) অদ্ভুত (অঙকপা থাখলদগী থোক্লকপা) অমসুং শান্ত রঈংবা মতৌদগী থোক্লকপা) সিদা লৈতে।

। অথোইবা নাযক-নায়িকাগী অপাম-নুংশিগী থৌদোক্তগী পোক্লকপা দুবু "শৃঙ্গাব" বস কৌই। রস পুম্নমক্কী অহেনবা অমসুং অহানবনি হায়দুনা সবু "আদি বস" হায়নসু খঙনৈ। রস অসিগী মচু অশংবনি অদুগা মাগী ইনা বিষ্ণুনি।

শৃঙ্গাব বস অসি অমুক মখাদা উৎলিবসিগুম্না মখল ৬৪ (চৌষ্ঠতি বস) যনা অমুক খাইদোকখ্রে।




শ্রীরুপ গোস্বামীনা ভক্তিরসামৃত সিন্দুদা হায়রম্মী, মদুদি –

"নাম লীলা গুনাদীনাং উর্চ্চৈভাষতু কীর্ত্তণম" –

শ্রীভগবানগী নাম, লীলা অমসুং গুনা-গুনশিংবু হৌনা লাওনা ক-শোনববু কীর্ত্তণ কৌই।

কীর্ত্তণ হাযবসি অমুক নাবদ-কীর্ত্তণ অমসুং শুক-কীর্ত্তণ হাযনা অনি থোক্লা খাযদোকই। নাবদগী নাম-লীলা কীর্ত্তণ অসিদগী তাবকপা গডেবহাটী কীর্ত্তণ (তাল ১০৮ শিজিন্নবা) দগীনি ঐখোযগী পালা কীর্ত্তণ নত্রগা হবি সঙ্কীর্ত্তণ হাযদুনা তাবকইবসি। শুকগী কীর্ত্তণ তৌবদা মতম নাইদে হাযবদি পুবানগী ৱাবী লীবা-হাযবদা নুংথিলদা বাস, অহিংদা গোষ্টলীলা অদুম্মক কীর্ত্তণ তৌবা যাই। অদুগা নাবদ কীর্ত্তণদি মতম পুংফমদা নত্তনা হান্ননসু পনখ্রবা "বাগ-বাগীনি' অমসুং "বস" চানদবা-চুনদবা যাদে।

৭। লৈবাক অসিদা মৈতৈ সঙ্কীর্ত্তণগী মরু হুনখিবসি মৈদিঙঙু চবাইবোংবা স্না হাক্তক, ১৭ শুবা খৃষ্টাব্দ লোইশিল্লমদাইদগীনি হায। মতম অদুদা শকপা মৈতৈ কীর্ত্তণবু "বংদেশ" পালা অবিবা হাযনা খংনখি অদুদগীদি শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি স্না হাক্তক্তদগী (খৃঃ ১৮৫১ দগী ১৮৮৬) অনৌবা পালাগী মওং শেমদোক্তুনা শ্রীযুৎ নবসিংহ মহাবাজগী স্না হাক্তভগীনা খবগা হেন্না মওং তানা শেমদোক্তুনা ঙসি ফাওবা লৈবাক্লিবসিনি।

অসুন্না চন্দ্রকির্ত্তি স্না হাক্তক্তা খোর্মজিনখিবা চৌষ্টি বসকা ঈশৈ অসি বস অমমমগী মনুং চনবা অকুপ্পা বস মখল খাইদোকপদা শৈশক নাইনা শক্লবদগী বৈষ্ণব সাহিত্যগী মখং মনাওদা খজিক খজিক কাযনবা ওইনা তৌববসু মপুংদদি কবিসু কাযনদে হাযনা লৌনৈ। বাধা কৃষ্ণগী লীলা বস অমমম্ লেংশিন্দুনা শকপদা পুন্না ৬৪ শুই হাযদুনা মসিবু পাল্লা কীর্ত্তণ তৌবিবা ওজাশিংনা বস ৬৪ হাযনখির্বনি। অসিগুম্না বস ৬৪ ফাংনবা মসিবু-ঐখোযগী লৈবাকসিদা "বস ফাংনবা" হাযনা নুমিৎ খুদিংগী তত্তনা থা মনা ফাওবা হেন্না শক্লবগী মওং অমা যান্না তোযনা চৎনবম্মী হায।

৮। "বস" কী মরু ওইনা হৌবকফম ওইবা নিপা অদুবু "নাযক" হাযনা কৌই অমসুং মসি মখল অহুম থোক্লা লৈ – "দিব্য, দিব্যাদিব্য, আদিব্য" (লাই, লাইওই-মীওই অমসুং মী)। অসিগুম্না নাযকশিং অসি অমুক মখল ৪ থোক্লা খাযদোকখ্রে, মদুদি – ধীবদাত্ত, ধীবললীত, ধীবদ্ধত অমসুং ধীবশান্ত; মখল ৪ অসিগী খুদিংমকপু অমুক ৩/৩ থোক্লা খাযবি, মদুদি – উত্তম, মধ্যম, কনিষ্ঠা। মবম অদুনা নাযক মখল ৪ X ৩ = ১২ শুই। ১২ *অসিগী অমমম্বুসু অমুক অনি থোক্লা খাযবি – পতি, উপপতি, অদুনা মসিগা*

*থারবদি ১২ X ২ = ২৪ শুরে। ২৪ অসিগী অমমম্বুসু অমুক ৪/৪ থোক্লা* খায়রি, মদুদি – "অনুকুল, দক্ষিন, শঠ, ধৃষ্ট"। মরম অদুনা পুন্না নায়ক ৯৬ শুই অদুবু চাওরাক্লা চৎনবা নাযক্কী মশিংদি ৮ দনি – হায়রিবা নায়ক ৮ অসিগী গুণ পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণদা চেল্লি।

অমনা "শৃঙ্গারনা" তিনবী নুপী অদুবু "নায়িকা" হায়না কৌই। চাওবাক্লা নায়িকা মখল অহুমনি, মদুদি –

| | | |
|---|---|---|
| স্বকীয়া | – | মযুম পাল্লিবী নুপী |
| পবকীয়া | – | মযুম পান্দ্রিবী নত্রগা মীগী ওইবী |
| সাধাবনী | – | মাগীনি হাযবা অরেপ্পা নিপা লৈতবী |

অদুবু উজ্জ্বল নীলমনিগী মতুং ইন্নদি নায়িকা মখল ৩৬০ নি – মসি কুপ্মন-লুমনখিবদগী কীর্ত্তনীযা ওজা লাইগুরুশিংনা মক ওইবা নায়িকা মখল ৮ বু অমমমগী ৮/৮ থোক্লগা পুন্না ৬৪ খক্তগী ওইনা ঈশৈদা লৌখৎপিবম্মি। **মসিগী মনুংদগীসু অমুক খ্বাইদগী মপুং ওইবা নায়িকা মখল ৮ খক্তগা জগৎকী মপু নায়ক শ্রীকৃষ্ণগা শানবা লীলারসনা মপুং ওইবা মণিপুরগী নট সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈনি।**

অদুগুম্বা নায়িকা ৮ অদুগা শানবা লীলাগী বসবু – অভিসারিকা, বাসকসজ্জিকা, উৎকন্ঠিতা, বিপ্রলদ্ধা, খণ্ডিতা, কলহান্তরিতা, প্রোষিতভর্ত্তৃকা অমসুং স্বাধিনভর্ত্তিকা হায়না খঙনৈ। বস ৮ অসিসু অমমম্না অমুক ৮/৮ থোক্লা খাযদোক্তুনা পুন্না ৮ X ৮ = ৬৪ ওইবনা "চৌষ্টী বস" হায়না লৈখ্রিবা-শেমখ্রিবসিনি।

১। **অভিসারিকা** – মাগী চান্নববু "অভিসার" তৌহনবী নত্রগা মশামক্লা অভিসাব তৌবিবী নায়িকা অদুবু "অভিসারিকা" হায়না কৌই। মসি মখল ৮ নি অদুগী মনুংদা মপুং ওইবা ২ দি – জ্যোস্নাভিসারিকা (থাবল মঙান্দা অভিসার তৌবী) অমসুং তামসাভিসারিকা (অহিং অমম্বদা অভিসার তৌবী)।

**বাসকসজ্জিকা** – নুংশিবদু শোয়দনা লাক্কনি হায়বা থাজদুনা মশাবু অমদি উনফম মফমবু নিংথিনা শেম শাদুনা খৌরাংনা ঙায়জরিবী নায়িকা *অদুবু "বাসক-সজ্জিকা" হায়না কৌই।*

**উৎকন্ঠিতা** – মপুরোইবা নত্রগা মাগী নুংশিববু লাকহন্নিঙবা মতমদা লাকখিদ্রবদা লাণ্ডতক্লরবী নায়িকাবু "উৎকন্ঠিতা" হায়না কৌই।

**বিপ্রলব্ধা** – সঙ্কেত তৌবন্নগা করিগুম্বা মবুংঙো অদুনা লাকখিদ্রবদা মথৱাই ৱাজববী নায়িকা অদুবু "বিপ্রলব্ধ" হাযনা কৌই।

**খণ্ডিতা** – মপুবোইবনা নত্রগা মাগী নুংশিবনা অতোপ্পী নাযিকা অমগা লৈপুন ওইনরুবগী খুদমনচিংবা উরুবদা কল্লক-খম্নন ৱাখলনা শাউরবী নায়িকা অদুবু "খণ্ডিতা" হায়না কৌই।

**কলহান্তরিতা** – মতারোই সখিশিংগী মমাঙমক্তদা মখোঙ ফাওবা পায়দুনা হায়জবম্লগা চান্নববু লৎনদুনা হলহনগ্রগা মতুংদনা নীংঙমহৌদবী অদুগুম্বী নাযিকা অদুবু "কলহান্তবিতা" হাযনা কৌই।

**প্রোষিতভর্ত্তৃকা** – নাযক অদুনা অবাপ্পা লংফৈদা চৎখ্রবদা কাযনা মৈনা চাকহৌরবী নায়িকা অদুবু "প্রোষিতভর্ত্তৃকা" হাযনা কৌই।

**স্বাধীনভর্ত্তৃকা** – নাযক্লা নাযিকাগী মখা পোন্না মতম পুন্নমক্তা অসুম মাগী মনাক্তা লৈশিন্দুনা লৈববদি অদুগুম্বী নায়িকা অদুবু "স্বাধীনভর্ত্তিকা" হাযনা কৌই।

১০। ইবুংঙোগী লীলাগীদমক নোংমবু কাল নিপাল থোক্লা বৈষ্ণব-ভক্ত অচার্যশিংনা খায়দোকই, মদুদি –

"নিসান্ত ঃ প্রাত ঃ পুর্ব্বাহ্ণো মধ্যাঞ্চপবাহ্নিক ঃ।
সাযং প্রদোষা নক্তঞ্চেত্যষ্ট কাল ঃ প্রকীর্ত্তিত্ত ঃ ॥"

(১) নিশান্ত লীলা – (অহিং মমৈ – নোংঙাল্লমদাই নুমিৎ থোক্লদবা দণ্ড ৬ ৱাৎলিঙৈ মতম – বৃন্দানা শ্রীবাধাকৃষ্ণবু শুক-শারীদা ঈনশিন্দুনা তুম্নদগী যাকাইহল্লগা সঙ্গাই-সঙ্গাইদা লেঙনগ্রগা অমুক চেপনরুবা। পালা ওজাশিংনা মসিবু "মঙ্গলার্তি" গী ঈশৈ হায়না থৌগল তৌই।

(২) প্রাত ঃ লীলা – নুমিৎ থোকপদগীনা দণ্ড ৬ – অয়ুক পুং ৭ মিনিট ৩৯ ফাওবা – ইবুংঙো লেংখতুনা ফিজোল লৈতেং থোল্লবা মতুংদা সখাশিংগা লোয়ননা শঙ্গোম শুম্বনচিংবগী অয়ুক অঙনবগী লীলা বর্নন তৌবা – মসিগী মতমদা ধুপ কৎলি হায়দুনা "ধুপ-আরতি" কৌনৈ।

(৩) পুর্ব্বাহ্ন লীলা – প্রাত ঃ গী মথং দণ্ড ৬ – অযুক পুং ৭ মিঃ ৩৯ দগী পুং ১০ মিঃ ৩ ফাওবা – শ্রীকৃষ্ণনা গোষ্ঠগী শনশেনবা বন্দা লেংবা অমসুং বাধানা কৃষ্ণগী লৈফম খঙনবা হোৎনবগী লাঙতক্লবা (উৎকন্ঠিতা)।

(৪) মধাহ্ন লীলা – পূর্ব্বাহ্নগী মথংদা দণ্ড ১২ – অযুক পুং ১০ মিঃ ৩ দগী নুংথিল পুং ২ মিঃ ৫১ ফাওবা – শ্রীবাধাকৃষ্ণ অনিমক উন্নববদা অনিমক্কী শ্রীঅঙ্গদা প্রেমবিকাব মযামনা অনিমক ঙক্লবা অমসুং ইবেম্মগী বামা (যাদবা) – ইবুংঙোগী উৎকন্ঠা (খৌবাংবা) অনিদুদগী থোবকপা নুংশিনবগী "প্রেমজ্ঞদা" ললিতানচিংবী সখীশিংনা নোক্লা – হাযনবগী কুম্মৈ তৌবা – দোল হাযদুনা শান্নবা, জলকেলী, বংশীহবন, মধুপান, সুর্যপুজানচিংবগী লীলা।

(৫) অপাবাহ্ন লীলা – মধ্যহ্নগী মথংদা দণ্ড ৬ – নুংথিল পুং ২ মিঃ ৫১ দগী নুমিৎ মশক উদবা ফাওবা – লোযননা ইবুংঙোনা শননে সখানে লোযনদুনা বনদগী গোষ্ঠ তান্না লেংঙকপা।

(৬) সাযং লীলা – নুমিৎ মশক উদবদগীনা নুমিদাং পুং ৭ মিঃ ৩৯ ফাওবা – ইবেম্মনা থিলহল্লুবা অচাথক ইবুংঙোনা হাবগা অবেম্বদু সখীশিংনা পুবক্লগা ইবেম্মনা হাদুনা নুংঙাইবা। শ্রীকৃষ্ণসু গোষ্ঠ যৌবগা চাইথবা, বেষ ভূষন থোল্লবা মতুংদা মন্দিবদা লেংশিনদুনা লুক-হাবা।

(৭) প্রদোষ লালা – নুমিদাং পুং ৭ মিঃ ৩৯ দগী পুং ১০ মিঃ ৩ ফাওবা ইবেম্মনা অভিসাব তৌদুনা যমুনা মপানগী কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণবু ঙাইদুনা লৈবা। অদুগা শ্রীকৃষ্ণসু নন্দালযদা গোপ মযাম্বু পুংযৈবা, ঈশৈশকপা, যন্ত্র খোংবনচিংবগী কলা মযামগী নুংঙাইবা কুম্মৈ যেংহল্লবা মতুংদা নিভৃতনিকুঞ্জ তান্না লেংদুনা অভিসাব তৌবা।

(৮) মহানিশান্তগী লীলা – দণ্ড ১২ (অহিং পুং ১০ মিঃ ১০ দগী নোংঙাল্লমদাই পুং ২ মিঃ ৫১ ফাওবা) – বৃন্দানা থৌগাল তৌবগা লোযননা নোক্লা হাযন্দুনা জগোই শাবগা লোযননা নিংথিনা শেন্নবা মধুপান তৌবা। সখী খুদিংমক মাগী মাগী কুঞ্জদা তুমথ্রবদা বতি শয্যাদা চেপলিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা বতি লীলাগী অথুপ্পা ৱাহৈ ৱাতা ফজবনা ৱাবি শান্নববা মতুংদা লৈগী সয্যাদা চেপখিবা।

**লীলা খুদিংমক্কী মতম্দি দণ্ড ৬/৬ না শাই। অদুমদি ওইবগা নুমিৎযুংবা মতমগা অহিংগী লীলাগদি দণ্ড ১২/১২ না শাই। দণ্ড অমগা মিঃ ২৪ গা মান্নে। দণ্ড অনিমখাযনা পুং অমনি।**

১১। **ব্রজধামদা মতম পুম্নমক্তা স্বযং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা শেংলবা মাধুর্য্যগী মশক ওইনা ঙাম্ছোযবিবি অমসুং শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মনা হলাদিনিগী খম থেংবা ভাব ওইবী মহাভাবস্বরুপীনি ওইনা ইবুংঙোগা লোযননা ব্রজগোপী অতৈশিংগা লোযননা লীলা শানবিবি। ইবুংঙো ইবেম্মগী লীলাদি অশেংবনি, নিত্যনি, লেংদবনি, হৌবকপগী অমসুং লোযবগী মতম লৈতে। নুপী নিপাগী অপাম নুংশিবু (রসবু) মথং মথং হেনগৎলকপগী থাকপু রতি, প্রেম, স্নেহ, মান, প্রনয, রাগ, অনুরাগ, মহাভাব কৌই। মরম অসিদগী ইবেম্মবু "মহাভাবস্বরুপীনি" হাযনা পুরান পুম্নমক্না লাওবি।**

শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা ইবেম্মশিংগা লোযননা ফোংনা শান্নরবু "স্বকীয লীলানি" খংনৈ মদুদি দ্বারকাদা রুক্মিনী, সত্যভামানাচিংবী মহারানী ৮ – (১) রুক্মিনী, (২) সত্যভামা, (৩) নাগ্নিজিত, (৪) সুনন্দা, (৫) মিত্রবৃন্দা, (৬) সুলক্ষনা, (৭) জাম্ববতী অমসুং (৮) শুশীলাগা লোযননা ফোংনা শানবা। মথুরাদা কুবৃজ্ঞা রানীগসু শানৈ। অসুন্না স্বকীযা রসতা শান্নরিবা ইবেম্মাশিংগী মশিং ১৬০০০ (লিশিংতরাতরুকনি) হাযনা শ্রীহরি ভক্তি রসামৃত সিন্ধুনা উৎলি।

অদুগা ইবুংঙোনা শ্রীব্রজবৃন্দাবন্দা গোপীশিংগা শান্নরবু "পরকীযা লীলা" কৌই। পরকীযা রতিদা শানখিবা গোপী মশিংনা ৩০০ (চহুমনি) অমসুং মসিগী রতিনা স্বকীযা রতিদগী যাম্না হেল্লি হাযনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগা বৃন্দাবন্দা শানখিবা অসিগুম্বা পরকীযা লীলা অসিবু খ্বাইদগী শেংলবা "ব্রজ রস লীলা" হাযনা খংনৈ। অসিগুম্বা লীলা অসিগী রসনা "মধুর-শৃঙ্গার" নি হাযনা হান্নরা পনখ্রে অদুগা ভাবনা "কান্তাভাব" হাযবদি মপুরোইবা ওইনা নিংজবা অমসুং নুংশিজবগী অযৌবী ভাব।

**পরকীয়া নুপী লৈবী ব্রজগোপীশিংনা ভগবানবু মপুরোইবা ওইনা নিংজখিবা অসি ওক্ত-শাজৎকী মওং-ব্রাখল নত্তে হায়বদি অমকপা অপাম্বনা থনবা মওং নত্তে। মখোযদি শ্রীকৃষ্ণবু অচম্বা মীওইবনি হাযনা খনখিদে,**

মখোয়না হায়খি – "হে চান্ন থোইবা মরুপ শ্রীকৃষ্ণ, গোপ শাগৈদা পোকই হায়দুনা নহাকপু ঐখোয়না অচম্বা গোপ মচা অমগুম খক খঞ্জদে, নহাক্তি তাইবঙ মপুনি তাইবঙ পানববু মঙ্গল ওইহনবীগে হায়বগীদমক ইবুংঙো নহাক্না ব্রজদা অবতার তৌবিরকপনি।" মরম অদুনা অসিগুম্লবা মখোযগী প্রকৃতিগী নগুবা লংলবা (মক্তুবা উজ্জ্বল) প্রেমরস অসিগা কৈদৌঙৈদসু মীবমলেনগী নিপা-নুপীগী অমকপা অপাম্বনা থল্লবা মনুংশি অদুগা খক চাংদম্নবা যাদে। মখোয়দি সংসারবু পুমকাউ কাউথোক্তুনা, ইকাই-ইকি পুম্নমক থাদোক্তুনা কৃষ্ণগী মশক ওইরবা "মপাল নাইদ্রবা প্রেমগী অমৃত সমুদ্রদা" লুপচগ্রবী মক্তনি।

১২। শৃঙ্গার – শৃঙ্গ ধাতু + গ + অব = শৃঙ্গার ওইবনি। শৃঙ্ ধাতুগী অর্থদি ফাওদোকপা হাযবনি, ফাওদোকপা লাম্থোকপা ঙমদবা ভাবপু ফাওদোকপা লাম্থোকপা ঙম্বা মশক অদুবু শৃঙ্গ; আব শব্দগী অর্থনা – গতি চক্র (শাজৎ) হাযবনি।

অসুন্না শৃঙ্গার-বসনা ফাওদোকপা ঙমদবা ভাবপু ইবায লাযনা ফাওদোকপা ঙম্নগুম ভগবানদা পুক্নিং হকচাং কৎখ্রবী গোপীশিংগী থম্মোইদসু অশেংবা মক্তুবা শৃঙ্গার-বস ফাওবক্তুনা হান্না লৈবম্বা সংসাবগী অপাম্বা পুম্নমক মাঙহন্দুনা কৃষ্ণ প্রেমদা ডাওচৎনখি। অসুম্না মখোযনা ডাওচৎননা ইবুংঙোবু ফংনবা থীবকপদা ফংঙক্তবদা বন্দনা-কপচবকপা-কৌজবকপবু **"গোপী গীত" হায়না মহাপুরান ওইরবা শ্রীমদ্‌ভাগবতকী ১০ শুবা সকন্ধগী "পঞ্চম আধ্যায়দা" বর্নন তৌরি।**

"জয়তি তেহধিকং জন্মনা ব্রজঃ
শ্রয়ত ইন্দিবা শশ্বদত্র হি।
দয়িত দৃশ্যতাং দিক্ষুতাবকা-স্তয়ি
ধৃতা সবস্তাং বিচিন্বতে ॥

"সুরত বর্দ্ধনং শোকনাশনং
স্বরিতবেণুনা সুষ্ঠু চুম্বিতং।
ইতবরাগ বিস্মারনং নৃনাং
বিতর বীর নস্তেহ ধরামৃতং ॥"

হে অকনবা ! অৱাববু কোকহল্লিবা সুবতবু চাওখৎহল্লিবা, নুংশিবা খোঙ্গোল্লা বেনুদা নিংথিনা চুপ্তুনা খোংলিবা, মী পুন্নমক্কী কাম কর্ম্ম পুন্নমকপু কাওহল্লিবা ইবুংঙো নহাক্কী আধরামৃতবু ননাই ঐখোযদা পিনবিয়ু। অষ্টাদশ পুৱানগী মনুংদা শ্রীমদভাগবত মহাপুৱাননা মহেললে। মৱম অদুনা পুৱান অসি "মহা-শব্দ" হাপলিবনি। পুৱান অসি দ্বাদশ (স্কন্ধ ১২ না) সমপুন ওই। স্কন্ধ ১২ অসিগী মনুংদসু ১০ শুবা স্কন্ধনা মগুন ইতেন হেল্লি। সকন্ধ অসিগী মনুংদগীসু পঞ্চম অধ্যাযনা অমুক হেল্লি। পঞ্চম অধ্যাযগী মনুংদসু "গোপীগীত" হায়বা অধ্যায অসিনা মগুন অমুক্কা হেল্লি, অদুদগী গোপী-গীতকী মনুংদা ১৯ সুবা শোক্লা খ্বাইদগী পুনচৈনা হেনবা উত্তম-শ্রেষ্ঠ ওইনবা শ্লোক্নি।

"যত্তে সুজাত চৱনাম্বুরুহং স্তনেসু
ভীতা ঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেসু।
তেনাটবীমতসি তদ্ব্যথতে ন কিং স্বিৎ
কুর্পাদিভিভ্রমমতি র্ধীভবদাযু সাং ন ঃ ॥"

শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবনা [illegible] ব্রজগোপীশিংনা অসুম্না [illegible] স্বরগী মোয়নমা শক্তুনা কল্পদগী শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা কর্পালদা ব্রজগোপীশিংগী মাংদা সনাকিতুগে অমা খ্বাংদা [illegible] অমনা [illegible] মাংবগী নতোন অনিবু শ্রীহস্তনা পাইবগী [illegible] মীনা [illegible] চংজবকপগুন্না য়ান্না থোনখিবা "বৈজয়ন্তি মালা" থোক্লগা মোমোন মোমোন মোতুনা গোপীশিংগী মমাংদা মকম অদুমতুংদা লেংদনা লৈবগুম কাওদোকপিনতুনা অদুগুম্না নিংথিজরবা "মদনমোহনগী রূপ" ওইরবা শক্তম্বু দর্শন পিনবিদুনা মখোয়গী নিংজবনু থুংহনবিখি।

১৩। শ্রীকৃষ্ণবু নিংনবগী চৌষট্টি ভক্তিঅঙ্গ (৬৪) লৈ। ভক্তি অঙ্গ ৬৪ অসিদি শ্রীমতি ৱাধিকা ইবেমা, শ্রীগৌৱচন্দ্র মহাপ্রভু অমসুং মীগী মনুংদা অম্বৱীশ্ব মহারাজ নত্তনা কনাগুম্না মীওইবা অমতনা চৎপা ঙমখিদে। অদুমওইনমক মখোয়শিং অসিগী মনুংদা সাধাৱন ওইনা লৈবা অথোইবা ভক্তি অঙ্গ মাপলনি মখোযদুদি – (১) শ্রবনং, (২) কীর্ত্তনং, (৩) বিষোস্মরনং, (৪) পাদসেবনং, (৫) আর্চ্চনং, (৬) বন্দনং, (৭) সাখ্যং, (৮) দাসং অমসুং (৯) আত্মনিবেদনং।

১ দগী ৭ ফাওবনা সাধাবন ভক্তি কৌবে অদুগা ৭ তগী ৯ ফাওবা হাযবদি দাস্যং, সাখ্যং, আত্মনিবেদনং অহুম অসিবুনা "প্রেমভক্তি" কৌই হাযনা "বৈষ্ণব দর্শন শাস্ত্রনা" খংহল্লি ।

অসিগুম্না "প্রেমভক্তি" অসিবু অমুক মখল মঙা থোক্লা খাযদোকই মদুদি — শান্ত, দাস্য, সাখ্য, বাসল্য অমসুং মধুবস (কান্তা বস) ।

শান্ত, দাস্য, সাখ্য অমসুং বাসল্য বস মবিসিসু মধুব বসতা তিল্লে । মবম অসিদগী বস পুন্নমক্তগী শ্রীকৃষ্ণবু মধুব বসকী ভাবতা নিংজগদবনি ।

অসিগুম্বা শ্রীবাধাকৃষ্ণনা দ্বাপুবযুগকী শেষতা শ্রীব্রজমণ্ডলদা শান্নখিবা মধুববসকী প্রেমগীলীলাবু "সংকীর্ত্তণনা" শাদোং ওইদুনা জগৎজীব পুম্বদা - অদুগুম্বা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী শেংলবা উজ্জ্বল প্রেমতত্ত্ব, বসতত্ত্ববু হন্দক্কী কলি হাযবা অবাবা-অমম্বনা থল্লবা যুগ অসিদা যেন্থোকপিনবগীদমক্তা শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনা মনুংদনা কৃষ্ণবর্ন — ব্রজগী অমুবা কৃষ্ণ — হন্দক্কী কলিযুগ অসিদনা শ্রীবাধাগী অঙৌবা কুচুনা কুপশিন্দুনা — "অন্তবে কালা বাহিবে গৌব" — বাধাকৃষ্ণ অনিগী দেহত্বানা অমত্তা ওইনা অঙৌবা গোবিন্দ ওইনা অবতাব তৌবিববে ।

"কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্র পার্ষদম্ ।
যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তণ প্রায়ৈঃ যজন্তি হি সুমেধসঃ ।"

১ সত্যযুগতা বিষ্ণুবু ধ্যান তৌবনা জাবনা মুক্তি ফংই, ত্রেতাদনা যজ্ঞনা মতং ওই, দ্বাপুব যুগতনা শ্রীকৃষ্ণব সেবা তৌবনা মুক্তি ফংই, কলিদদি "হবিনাম সংকীর্ত্তণদনা" জাবগা লান্নবগী খুলায়নি ।

"সত্য যদ্ ধ্যাযতে, বিষ্ণুঃ ত্রেতাযাং যজতেমখৈঃ
দ্বাপবে পবিচাযযাং
কলৌ তদ্ধহবি সংকীর্তনাৎ ॥"

১৪ । শ্রীভগবানগী গুনা-গুন মযাম অচিন্ত শক্তিগী মগুন মযাম শক-শোনবা "সংগীতপু" "সংকীর্ত্তন" কৌই । নাম কীর্ত্তনদা ভগবানগী নামবু সুব পান্দুনা খোঙ্জেল ৱাংনা শকপদগী মীওইবদা প্রেম পোকহল্লি — শোল্লিবা কীর্ত্তনীযশিংসু তাবিবা ভক্ত-বৈষ্ণবশিংসু মপালগী তাইবংগী অৱাবা পুন্নমকপু

কাওহল্লি। যোগীনা যোগ সাধন মতম চংনা তৌদুনা সমাধি ফংই অদুবু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ইরাই লাইনা নাম কীর্ত্তন তৌজবা অমসুং তাজবনা ভাব-সমাধি ফংদুনা ভগবানবু শংশংনা মশক উজবা-খংজবা ঙমদুনা মাগী শ্রীচরন ফংজৈ। অদুননি যজ্ঞ পুম্নমক্কগী হেনবা সংকীর্ত্তণবু "মহা যজ্ঞ" নি হায়না শাস্ত্রনা হন্না হন্না লাওরিবসি।

শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তণবু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা অবোইবা অন্ত লীলাগীদমক শ্রীনীলাচল ক্ষেত্রদা লৈবা মতমদা মখাগী অসুন্না শ্রীমুখনা প্রকাশ তৌবিবম্মি মদুদি –

"চেতো দর্পণমার্জ্জনং ভবমহাদাবাগ্নিনির্ব্বাপণং
শ্রেয়ঃ কৈরবচন্দ্রীকা বিতবনং বিদ্যাবধূ জীবনং।
আনন্দম্বুধিবর্দ্ধনং প্রতিপদং পূর্নামৃতাস্বাদনং
সর্ব্বাত্মাস্নপনং পরংবিজয়তে শ্রীকৃষ্ণসংকীর্ত্তনং ॥ ১ ॥

কল্যানানাং নিধানং কলিমলমথনং পাবনং পাবনানাং
পাঠৈয়ং যম্মুমুক্ষোঃ সপদি পবপদপ্রাপ্তয়ে প্রমোচ্যমানং
বিশ্রামস্থানমেকং কবিববরচসাং জীবনং সজ্জনানাং
বীজং ধর্ম্মদ্রুমস্য প্রভবতু ভবতাং ভূতয়ে কৃষ্ণনাম ॥ ২ ॥

নামৈকং যস্য বাচি স্মবণপথগং শ্রেত্রমূলং গতম্বা
শুদ্ধম্বা শুদ্ধর্বনং ব্যবহিতবহিতং তাবয়ত্যেব সত্যং
তচ্চেদ্দহদ্রবিনজনতালোভপাষণ্ডমধ্যে
নিক্ষিপ্তং শ্যন্ন ফলজনকং শীঘ্রমেবাত্র বিপ্র ॥ ৩ ॥" ইতি ॥

পুক্নিং লৌশিংগী অমকপা মিংশেলগী মশকপু কোকহনবা, অমম্বা তাইবংপানগী লম্বেলবু ঙালহনবিনবগীদমক মহৈ-জ্ঞান কৌবীবু অমসুং ইংলবা মঙানবু পিনবিবা, নুঙাইবগী মশক ওইবা সমদ্রুদা তাওহনবিবা অমসুং পুক্নিং হকচাং খিবিকপু শেংহনবিবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবা সংকীর্ত্তণদনা মতম পুম্নমক্কী জয়নি।

অমুক্কসু চৈতন্য চরিতামৃত দা অসুম্না হায়রি, মদুদি –

"কলিকালে নাম রূপে অবতার।
নাম হৈতে হয় সর্ব্বজগৎ বিস্তার ॥
নাম বিনা কলিকালে নাহি আর ধর্ম্ম।
সর্ব্ব শাস্ত্র সার নাম এই শাস্ত্র মর্ম্ম।
কৃষ্ণ মন্ত্র হৈতে হবে সংসার মোনে।
কৃষ্ণ নাম হৈতে পাবে শ্রীকৃষ্ণচরন ॥"

কলিগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা নামগী মশক ওইনা অবতাব তৌই। কলিদা নাম নত্তবা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা লৈতে। শ্রীকৃষ্ণ শোনবগী মন্ত্রদনা কলিগী অৱাবা সংসাব অসিদগী লান্থোক্কনা ইবুংঙো মাগী শ্রীচবনবু ফংজবা ঙমগনি।

শ্রীমুখবানীমক্না হবি নাম কীর্ত্তনগী মরমদা অসিমসু প্রকাশ তৌবিবল্লবনি মদুদি –

"এই সংসাব দুঃখেব স্থান
শ্রীকৃষ্ণ কীর্ত্তনে ডুবিলে জীবেব দুঃখ থাকেনা।
হে জীবগন ! দুঃখের একমাত্র ঔষদ –
ভগবদ্গুন কীর্ত্তণ ॥
শ্রীকৃষ্ণ ভগবদগুন কীর্ত্তনে,
সংসারে বোগ শোকদি রূপে দুঃখ কিরূপ
নাশ হইবে ॥"

সংসাবসিদবু পোক্লরবা অৱাবা-অনাবা লৈবা হাযবসিমদি শোযদ্রবনি। অদুগুম্বা অৱাবা-অনাবশিংদু মাংহন্নবা-কোক্লবগী অমত্তা ঙায়রবা উপায-হিদাক্তি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগী নাম কীর্ত্তন শোনবা তাবা নত্তনা অতৈ অমা লৈত্রে হে জীবগন, মীওইবশা !

১৫। ইবুংঙো ইবেম্মগী মধুর রসকী লীলাদা অমকপা অপাম্বা কবিসু য়াওদে – মসিদি মপুং ফাববা মহাভাবকী মশক ওইবা প্রেমানন্দগী লীলানি। প্রকৃতি-পুরুষ অনিনা তিন্নদুনা তাইবঙ মালং অসি শেমলিবনি – প্রকৃতিনা পোৎচঙনি, পুরুষনা থোকহন্নবগী মরমনি হায়না উৎপনি।

পুরুষ হায়বদি নিপা (Positive) হায়বসি পরমত্মা মথন্তনি অদুগা জীবত্মা পুম্নমক্কা প্রকৃতি – নুপী (Negative) গী মশকনি। **অসিগুম্বা নিপাগা-নুপীগা হায়বদি জীবত্মাগা পরমত্মাগা নত্রগা "ভক্তগা-ভগবানগা" মশক অমত্তা ওইনা তিনশিন্নবগী-চিংশিন্নবগী "প্রেম-মিলন" লীলা অদুনি শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজলীলাদা উৎখিবসি।**

ধন্যনি ! মণিপুরগী লৈখিবা-লৈবিবা ভক্ত-বৈষ্ণব খুদিংমক অসিগুম্বা তাংলবা অমৃতগী মশক ওইববা "রস" শিংদনা থল্লবা "হরি সংকীর্ত্তণবু" হন্না হন্না শকচবা-শোঞ্জবা অমসুং তাজবা ফংজবা।

"মধুর মধুরমেতৎ মঙ্গলং মঙ্গলাজ্ঞানাং।
সকল নিগম ফলিং চিৎস্বরূপং ॥
সকৃদপি পরিগীতং শুদ্ধয়া হেলয়া।
ভৃগুবরনরমাত্রং তারয়েৎ শ্রীগোবিন্দস্য নাম ঃ ॥"

ইতি।

# মরিশুবা মতাঙ্

স্বর্গীয় রাইখোম চাওবনা ইবিরম্না "খণ্ডিতা রস" কী মবমদা খবদং অমসুং মশামক্না লেংজদুনা মণিপুরদা ইহান হানবগী ওইনা ইংশোক ১৯৩১ মার্চ দগী হৌদনা শকখিবা মৈতৈবোনগী ঈশৈশিং খবা –

"খণ্ডিতা"

"অন্যযা সহ কান্তস্য দৃষ্টে সম্ভোগ – লক্ষনে।
ঈর্ষ্যা কষাযিতা-স্থাসৌ – খণ্ডিতা খলু কথ্যতে॥"

অতোপ্পা নাযিকা অমগা লৈমিন্নরুবগী তশেংবা লক্ষনবু – নাযকন্না মশাদা যাওবকপা উবদা – খনবনবগী রাখলতনা মথরাই চাক্লিবী নাযিকা অদুবু রস শাস্ত্রদা – "খণ্ডিতা" হায়না খঙনবি।

খণ্ডিতাগী অবোইবী ফীফম যৌখ্রবী নাযিকাগী লক্ষনদি ঃ– নিন্দা, ক্রোধা, ভযানকা, প্রগলভা, মধ্যা-মুগদ্ধা, কাম্পিতা-সপ্তপ্তা ইতি লক্ষনাঃ। হায়রিবা লক্ষন-মযাম অসি নুংপান অনিদা শুনা ফাওবক্লগদবনি। হায়বদি -- নাযক ওইরিবা মবুঙো অদুবু নিন্দা তৌবকলে -- শাওবক্লে – অকিবা পোকহনবা শক্তম লৌবকলে। কিনা লুনা তৌজবম্না মবুঙো অদুবু অশাওবগী মৈনা কুপখিদুনা কবিসু ওইনা উবক্লে। ঈকায-ইকি – নুংশিবগী রাখল পুম্মাঙ মাঙখ্রে। খনবনবগী মৈনা চাকথেল্লকপা অদুদা – থক থক নিক্লুনা অশাওবগী অবোইবী শক্তম যৌরক্লনি। মবুঙো তাম্থোক্লুনা চৎখ্রবা তুংদসু নীঙম্মক্তবগী মৈচাক্লা অমুক্কা থোইনা হেন্না চাকথেকপগী শক্তম ওইরকই।

মণিপুর ঐখোয়গীদি হিরম অসিদা লেঙদনা "কলপ-তরু" ওইনা লৈখ্রবা বৈষ্ণব কবি গোস্বামীশিংগী গীত-পাদাবলীশিংদি –

"চন্দ্রাবলীসনে – কুসুমশয়নে – শুতিয়ে – ছিল শ্যাম্।
প্রভাতে উঠিয়ে – ভয়তীত হয়ে – চলিল রাধার ধাম॥"

(নরহরি)

"অরুন উদয়ে-গগনে আলা-ভারল দ্বিজনাদে।
সহবাহন ভানুউদিত-ভূবনভরল-উদয়েরে ॥"

নোঙাল্লকপা অমম-অঙাল শিন্নবকপা — ঙাংঙ্গনবকপা অকুন কিবন-না নোংপোক অতিঙ্‌ঙাগী তমযাদা — শরাশন্না চাইথোল্লকপা — উচেক্কী মকুপ্পা খোংলকপা — মলয়া নুংশিৎ নামিবনা হৈনম-লৈনমগা লোযননা লিবি লিবি হুন্নকপা তানফম অদুমক্তদা চন্দ্রাবলী কুঞ্জদগী বাধাগী কুঞ্জদা যৌরকলে শ্রীকৃষ্ণ . . . অকিবা ব্রাখলগা লোয়ননা। তফিং তফিং। শ্রীঅঙ্গদা যাওর্বাক্লিবা চিহ্ন অলঙ্কাবশিংদি মহাদেবমক্লসু ঙক্কদবা মওংদা পুবকলে।

(ক) "কাটি - নীলাম্বব - পহিবণ - লম্বিত পদ আগে।
অকুনাধবে - দশনাক্ষত - ভূক্ত - কর্কন - দাগে।"

(খ) "অকুনাকুন নযনমূক্ত - আধুমুদিত আলসে।
ভালপাবি - সিন্দুব চয - অঞ্জন - সহ - বিলাসে।"

হাযবদি শ্রীকৃষ্ণগী নযন অনিমক উইকুম উইকুম লাইবক্তা সিন্দুব মদুদা কাজলসু খবা পকলি। অশঙবা শাড়ীনা চবনতম্না মাঙলোমদা ঝলমল। বিম্বাধব অনিদা অদুগা পাম্বোম অনিদা লোৎপা যাদ্রবা চিহ্নমযাম। তফিং তফিং কিথী কিকুম লেংশিল্লকলে! শ্রীবাধিকাগী মাঙদা খবা লাপ্তক্লা। ইবেম্মগী হান্না চাক্তুনা লৈবম্না খনবনবা চিংনবগী মৈ অদুদা মী হৈথবগুম থোকখ্রে!! খংলাও হেক লাওবকলে —

"হে হে নির্লজ্জপব - প্রবঞ্চক হে শঠ - রাইনিয়ডে মত আহ।
হে প্রবঞ্চক শঠনাগব - শত ঘবিযে, -
কোনরমনীপদ - যাবক - সহিত - বক্ষসিপব ধবিযে।"

অসি হায়না হায়না — শ্রীবাধিকাগী হকচাং থক থক নীল্লকলে। ওইথোক্তবা থৱাই শোক্লা ওইনজবা মানিনীগী শক্তম লৌখ্রে। মদুদা অমুক শ্রীকৃষ্ণনা লৌথরক্লিবা — "রসিক নাগবগী" শক্তমসু জগৎপুম্নমক্লা ঙক্লফম ওইরবা শক্তমনি সামান্য নায়কশিংদা ওইথোক্তবা ব্রজ বৈষ্ণবশিংতনা মনুঙ থীৎনা রস আস্বাদন তৌজরিবা শক্তমনি!! মদুদি —

(ক) "রাই হৃদয় ভাববুঝি পদতলে ধরনী লোটায়।
দুই করে দুই পাদধরি রহুমাধব তবহু বিমুখী ভেল রাই।"

(খ) "এতেক-মিনতি করল-যব মাধব তবহুনা হেরল বয়ান।
সখিগন লাখ বচন বহু বলই নিতান্তনা মানই রাধে ॥
বাই অনাদের হেরি রসিক-বর অভিমানে করল পয়ান।
গোবিন্দ দাস কহই মিছুই আশআশ, রোই রোই চলু কানে ॥"

শ্রীকৃষ্ণ শ্রীরাধিকাগী মাঙদা তুথখরে — ইবেম্মগী চরন অনি পায়খরে — লাল্লববা কা-দা হাযজফম থোকপা হায়জরে — অদুমক্তদা ইবেম্মনা মাই লৈথোক্তুনা লৈখ্রে। শ্রীকৃষ্ণগী ওইরিবা "মিনতি" অদু উবদা — সখিশিংনা খাঙবা ভল্লক্রদুনা ইবেম্মবু কয়া থেমজিনজৈ। য়াবা লৈখিদরে। মমৈদদি — শ্রীকৃষ্ণ ঈকায়বা -- অভিমানদগী — হীক্লা হীক্লা কল্লদুনা লেংখবে — কদোমদা — কদাইদবু ওইগনি — যমুনাগী নীপতবমূললোমদা নত্তনা ? কবম তৌখ্রবা — মওং কবম্না — মদুদি — যমুনাগী তোবৈ ইন্না লেংলকপা —

"কান্দি কান্দি যমুনা নিকটে চলি যায়"।

হীক্লা হীক্লা কপ্তুনা মী লাই তাহন্নিংদনা তৃমিন্না লেংজবকপনি; অদুবু -- খাম্না যাদবা পাযবিবা শ্রীহস্তদা — বাঁশীনদি — শ্রীবাধিকাবোমদা ওন্দুনা — জয বাধে -- শ্রীবাধে হাযনা তোইনা তোইনা লাওজবি। অদুদগীদি —

"পড়িল নীপতরুমূলে — ধুলিধুসব সব গায" —

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ অঙাওবগী পান্দমগুম — কদমগী মখোংদা তুথখবে — উফুল — লৈঙোইনা হবাওনা শ্রীঅঙ্গবু ওকখরে। . . .

মতাঙ অসিদনি — নট খণ্ডিতাগী শৈশক অনি থোল্লক্কদৌবিবসি —

লাইওইখ্রবা শ্রীযুৎ সাব চূড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্কী ওজাশিংনা তাকপিবম্বদি ক্রম অনি থোকলি ঃ — অহিং অমগী শৈশক্তা — (১) মানভজন তৌদুনা "সংক্ষিপ্ত মিলনদা" লোইশিনবা শৈশক — অদুনা নৈমিত্তক বাশক। ইবেম্মগী অবস্থা অমসুং পুক্লিং খঙবী সখিদুতীনা শ্রীকৃষ্ণ থিরুদুনা থেমজিন্দুনা পুরকপনি। সংক্ষিপ্ত মিলননি। "একাসন" লৈতে। তাকপিরমই। (২) নিতি বাসক্কী ক্রমনা — মদুগী অহিং অদুদা অদুম রাধাগোবিন্দ অনিমক কায়নখরে। নোংঙাল্লগা নিতি লীলাগী দিবাগী কুঞ্জবিলাসগী মতাংতদা — কলহান্তরিতা নায়িকাগী মওংদা "দুর্জ্জয়মান-ভঞ্জন" কৌবা — গীত গোবিন্দগী য়ুম্ফমদা

ওইবা "কলহন্তরিতা" নায়িকাগী মওংদা ওইবা শৈশক তাখ্রগনি। মাদুদা ওজাশিংনা থম্বীরল্লিবা মান শৃঙ্খালানচিংবা অরু-অরুবা শৈশক কয়া লৈখ্রে।

শ্রীরাধা গোবিন্দগী অথুপ্পা উজ্জল -- প্রেমকেলি -- কলাবসকী অওইবা শক্তমসু মতাঙ অদুতদা তসেংনা জগৎতা ফোংখিবনি।

২। **বাসক সজ্জিকা** -- নাযিকাগী পীবিবা লক্ষনদি --

" ভবেদ্বাসকসজ্জাসৌ সজ্জিতাঙ্গবতালয়া।
নিশ্চিতা গমনং ভর্তু দ্বারেক্ষন পরায়না ॥"

লোইনবী মতাশিংগা তানদুনা শ্রীকৃষ্ণগীদমক নিংথিবা বনগী লৈশিংতনা লৈগী শয্যা অদুগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণগীদমক লেংজবা মালতীপবেংনচিংবা - কর্পূরতাম্বলনচিংবা অযাম্বা উপহার -- অদুদগী খোইকগী থাওমৈ পবেং পবেং থানখিবা। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীবকপা পুংফমদা সংকেত কুঞ্জদা লেংবিবগনি হবা ওজে -- মতাশিংগা রাবী শানা শানা লেংলক্কদবা মাইকৈরোমদা অতংপা লৈতনা মৃনা মৃনা যেংজবিবী শ্রীমতি রাধিকানি।

**উৎকন্ঠিতাগী লক্ষন** ঃ--

"সা স্যাদুৎকন্ঠিতা যস্যা বানং নৈতি দ্রুতং প্রিয়ঃ।
তস্যানাগমনে হেতুং চিন্তযন্ত্যাঃ শুচা ভৃশং ॥"

লেংলকফম থোকপা পুংফম অদুনা হেল্লক্তুনা শ্রীরাধিকাগী পুক্লিংদা নুংঙাইতবা, চিংনবা, লাক্তবগী মরম খঙনিংবা, মতাশিংদা, কৃষ্ণ লাক্লবা-ফংনবগী উপায় হংবা -- লৌনম রাঙাং থাজকবদগী -- ঈকাইবী -- অরাবী -- খল্লুবদগী পুক্লিং নুংশিদুনা মিৎতা পি শিম্বা, লেংলক্কনি হায়বগী থাজবা রাখলনা হেঞ্জিনখিবনা মশাগী মমি উবদা শ্রীকৃষ্ণ ওইববোই নীংলুবা, উনানা লেঙবদা মবুংঙোনা লেংলক্লবোই নীংলুবা -- মাদুদা ইখং খংজবা -- কোকিলগী পঞ্চম স্বুরবু শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশি ওইরবোই নীংলুবা -- ওইরমদবদগী শাওরক্তুনা মখোইশিং অদুবু নিন্দা তৌরকপা অসিনচিংবা।

অভিসারিকা, বাসক সজ্জিকা, উৎকন্ঠিতা, বিপ্রলব্ধা অমসুং খণ্ডিতানা অহিংগী বাসক শৈশক্তা তোইনা শক্লে অদুগা কলহন্তরিতানা নিতিলীলাগী নুংথিলগী শৈশক্তা শক্লরি। লোইননা স্বাধীনভর্তৃকাসু। অদুগা প্রোষিতভর্তৃকাদি

অশাংবা – বিরহ-রসগী শৈশক ওইরিবা – কাংগী খুবাক ঈশৈগী শৈশক্তা লৈখ্রে।

**৩। ইংশোক ১৯৩১ মার্চ্চ তাং ৩ দা লিংখৎখিবা মৈতৈরোনগী ইহান হানবা বাসক পালাদা শকখিবা ঈশৈ (শীংজমৈ, মুত্তিয়ারগী মাঙবতা)**

ঈশৈ হনবা – শ্রীৱাইখোম চাওবা সিংহ, বি, এ।
দুহাব – শ্রীখ্বাইবাকপম কাহ্নাই সিংহ
পুংযৈবা – শ্রীতখেল্লম্বম ওমব সিংহ
তুংইনবা – শ্রীসোইবেনশংবম ইবোমচা সিংহ

যাওখিবা পালাশিংগী মমিং ঃ– (১) শ্রীলাইশ্রম চাওবা সিংহ, (২) শ্রীথৌনাওজম চাওয়াইমা সিংহ (৩) শ্রীহুইবেংবম ইবোহল সিংহ, (৪) শ্রীপ্যাম গুলাপ সিংহ, (৫) শ্রীশগোলশেম শীতল সিংহ, (৬) শ্রীচোংথাম অচৌ সিংহ, (৭) শ্রীপুখ্রিহোংবম কালাচান্দ সিংহ, (৮) শ্রীশশেনবম পূর্ন সিংহ, (৯) শ্রীশগোলশেম থম্বৌ সিংহ, (১০) শ্রীলাইমযুম ইবোতোম্বী শর্ম্মা, (১১) শ্রীশানুবাইলাৎপম দাসজী, (১২) শ্রী লৈবেনসনা বাজকুমাব, (১৩) শ্রীনিংঙোম্বম অতোযাইমা সিংহ, (১৪) শ্রীককচিংতাবম বমনী শর্ম্মা, (১৫) শ্রীমাইবম ইবোহল সিংহ, (১৬) শ্রীথিংউজম গুলাপ সিংহ, (১৭) শ্রীনেপ্রম থম্বালঅঙৌ সিংহ, (১৮) শ্রীযেংখোম নীলমনি সিংহ, (১৯) শ্রীনিঙোম্বম তম্ফাজাও সিংহ, (২০) শ্রীখাঙেম্বম গুন সিংহ, (২১) শ্রীনিঙোম্বম গৌবমুহোনী সিংহ, (২২) শ্রীক্ষেত্রিমযুম থম্বাল সিংহ, (২৩) শ্রীশামান্দুবাম ইবোমচা সিংহ, (২৪) শ্রীখ্বাইবাকপম থম্বৌ সিংহ, (২৫) শ্রীখবিবম তোম্বা সিংহ, (২৬) শ্রীহুইনিংশুংবম মুহোরি সিংহ, (২৭) শ্রীনাওবোইবম মনিকচান্দ সিংহ, (২৮) শ্রীখুৎনাইজম মেমেফা সিংহ, (২৯) শ্রীপাঙম্বম নিংথেম সিংহ, (৩০) শ্রীথোকচোম ক্ষের সিংহ, (৩১) শ্রীখাঙেম্বম অঙ্গোজাও সিংহ।

**৪। শ্রীযুৎ মহারাজ সার চুড়াচান্দ গীতবন্দনা**

**কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই, উপাধিনা তিনবা –**
**ননাই তোঞ্জরবা মুর্খশিংবু ঙাকপিযুনে লানবা খিবিক –**
**খংজদবা ঐখোয়না – রাধাকৃষ্ণলীলা শোঞ্জবদা**

অরান অহুই পুম্নমকপু ঙাকপিয়ুনে ইবুংঙো ।
মণিপুর লৈময়োন্দা নিংথিবা খিবিক্লা তিল্লরবা –
চূড়ামনি – ননাই ঐখোযগী কনা লৈবগে
নিংথৌরেল মণিপুবেশ্বর !!

(সভা বন্দনা)

অসিগী মতুংদা সভাগী খুযাদা খুকমর্জবি ননাই ।
কৃষ্ণলীলা শোঙ্গবদা লানবা খিবিক (লৈবা) ঙাকপিয়ু ।

গৌরচন্দ্র

অম্বেরি কল্যান-রাগিনী

নবদ্বীপতা পোক্লরে প্রভুনা ঙাল্লবে ।
কলিগী মম্না কোকখ্রে-গৌবাঙ্গনা পোকপদা ।
মরুপ মপাং লোইনদনা ঙাল্লে ।
বাধাকৃষ্ণ অহুমক্তা পান্দমনিংঙাই লৈত্রেদো ।
ব্রজগী ভাবপু খল্লুবদা হিক্লা-হিক্লা কপ্লি গৌবাঙ্গনা ।
কাওবা য়াদ্রে ব্রজলীলা ।
বাধিকাগী প্রেমগী মৈনা চাকশিল্লক্লেনে ।
বাধা বাধা হায়না কপ্লক্লে ।

(গন্ধ চন্দন)

শ্রীবাসগী মাঙ্গোলদা অধিবাস হৌবে ।
ইবুংঙোগী শ্রীঅঙ্গদা চন্দোন্না শঙ্গবে ।।
নিংথিজরেদা (ওষ্থোক্লা) ।
সনা হকচাং য়েংবদা পেনবা লৈখিদবেদো ।
পুক্লিংবু হুখরে । লৈগী পবেং থোনবদুদা নিংথিজরেদা
লাইবকফবী কনানা লেংবা লৈগী পরেংনো ।
ভক্তশিংগা লোইনদুনা সঙ্কীর্ত্তন হৌখরে ।
হরি সংকীর্ত্তন হৌখরে ।

### (বোলী)

শ্রীগৌরাঙ্গনা — সংকীর্ত্তনগী ময়াইদা
ব্রজগী বাসকলীলা নিংশিংদুনা
হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে শ্রীগৌরাঙ্গনা ।

### (সভা মোহন)

শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা পিবিরম্বা সঙ্কেত্তগী
মতমচাবা যেংজুদুনা — কুঞ্জ য়ৌগে নিংদনা
শ্রীবাধিকা নিংথিরবা ফীজেৎনা
মতিকচানা লৈতেংজখবে ।

### (সাজন)

লৈতেংজখরে । নিংথিরবী নৌরবী বাধা !
কৃষ্ণ পাম্বা ফিজেৎ থোল্লে ।
শ্রীবাধা —

''নিংথিববা লংলবা সনাতনা হৎপা
লংলবা মুক্তানা থাম্বা । ইরং ইরং লংবা
সনাথক্তা মনিমুক্তা মঙান্না য়ৈববদা
নোংথাকুপ্পা মানবা ।
নিংথিজৈ ইবেম্মা । য়েংবদা পেঞ্জবা লৈতনা ফজবে
কয়া নিংথিজবে । কৃষ্ণনাম শোন্দনা লেংখরে
রাধিকা । খোংথাং তপ্লা তপ্লা মবুংঙো তম্লা ।
খম্ব্রাংবু ঙমজবী কাঙ্ঙা মাঞ্জবী রাধা ।
শামুনা ইকাইবী থাবু ঙমজবী রাধা ।।
খোংথাংগী ফজবী, শাথেক্কী নিংথিবী ।
নাচোমগী পরেংনা, শমজিদা ঙাল্লিবী ।।
সখিগা লোইনবী, প্রেমতনা ঙাওরিবী ।
তথেকপা মিৎয়েংনা য়েংলি, ইবেম্মা রাই ।।

কুঞ্জদা তপ্না চৎচবি, রাধিকা ।।।
নিংথিবী মতাশিং, চান্নবী সখিশিং (মরুপশিং) ।
ললিতা য়াওববী, বিশাখা লোইনবী,
ফজৈদা, ফজৈদা, রাধা । নিংথিবী মতাশিং ।
থম্মাল মানবী নিংথিরবী পান্দমনিঙাই লৈত্রাবিনী ।
কৃষ্ণগী প্রেম্না খোংথাং থোক্লে !"
(অভিসার)

## (অভিসার)

"ঝল্ ঝন্ ঝন্ ঝনন হাইদনা শ্রীচরন্দা নুপুর
হবাওনা নিংঙ্গ ।
ভানুনা পোক্লবী যানটতা ওংলবী
রাধাকান্ত নিংজবিবী ।
কৃষ্ণ প্রেম্না থল্লে ফিজেৎ লৈতেং লুপ্লে
থাংজবা ঙমজদ্রে খোংথাং নিংথিংনা ।
চান্নথাইবী ললিতা কুঞ্জ যৌগদবা কয়া নাৎলিবা
চৎচবা ঙমজদ্রে কুঞ্জগা লম্দন্ ।।।"

ইংশোক ১৯৩৬ কী অদুরাইদ মৈতৈবোনগী ঈশৈশিং অসি হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী যন্ত্র পুন্নমক্না হাযবদি — তবলা, সিতার, ইসরাজনাচিংবা পুন্নমক্না চাং হাযবসি উৎপা ওইনা মতম অদুগী মণিপুরগী কলরাতিগী অফাওবা ওঝা অতোম্বা, লাইশ্রম গৌরহরি, চিংঙাখম রাধাচরন, তিনশুবম অতোম্বা, নান্দিবম ইবোযইমনাচিংবা কলাকার ময়ামগা লোযননা শ্রীরাইখোম চাওবনা ফমশক শ্রীযুৎ সার চুড়াচান্দ স্না মাংদা সনা কোনুংগী হৌজিক All India Radio অমসুং Open Air Theatre লৈবা জাগা অমসুং খোংনাং যাত্রাগী মনিংমক্তদা মজাইবেম্মা ভম্ফাম্নাগী শঙ্গাই শুমাংদা অনিরক থৌগল তৌদুনা শকথ্রবা মতম অদুগী রা লাওনা ফাওখ্রবা মৈতৈবোনগী ঈশৈনি — ঈশৈ অসি তাবদা পেনমনখ্রদুনা মহারানী ঙাংবী (শ্রীমতি ধনমঞ্জুরী দেবী) না ঙক্কগী স্নাগী লিক থৎলগা লংশিনবিখিবনি ।

**(উকন্ঠা)**

কুঞ্জয়ৌবী থম্বাল মান্‌বী
খল্লি রাধিকা
পুক্লিং ৱাবনা কুঞ্জবন্দা
খল্লি বাধিকা
লাক্কদ্রা হবি অসুম হায়না খল্লি
পুক্লিংদা চিংনবি রাই ।
হিক্লা হিক্লা কপ্লি মিৎতা পি শিম্থরি
যেংজরি মতাংশিংদা ॥

**(বেরী কোইবা)**

ললিতাও ! ইবুংঙোগীদমক্তা লৈবাংগী শৈজা
শেমজরুবে ।
ইবুংঙোগীদমক মাল্লিকা লেংদুনা
থমজরুবে ।

**(রাজমেল)**

ঙসি ইতা ! কবম ঐনা লেনগনি অহিং অসে ?
ইবুংঙো লেংলকতবেনে ।
হাইয়ু হাইয়ু ললিতা !
বাধা কৌবী লাইবক থীবী কবম্না লেনসিবা ।
চান্নবী বিশাখা কবম্নো ইতা ? হাইয়ু হাইয়ু ।
নুংশিবী অহিংসি থাবন্না ঙাল্লবী — শ্রীকৃষ্ণগী শেমজবা
লৈবাং শৈজা করি কান্নবে ?
শুক্লবা বনসিদা — তোল্লবী ইতোমতা থম্লে
ফত্তবা মাধব !
ঐবু করম লৈবসিবা ? হাইয়ু ইতা ললিতা ।
(ঘাট থাবা)
রাধা লাইবক থীবী ঐবু — চানবিদরে বিধিনা ॥
শেমজরুরে লৈগী শৈজা লাকিপিদরে রসরাজ ।
বিধি ওম্থোকইদা থাপ্পা থমখ্রে শ্যাম ॥

### (চোলোম নমথবা)

রাই ঐবু ঙসি করম লেনসিবা হে ইতাও।
ফত্তবা কোকিল ঐগী প্রান লৌগেবা।
কুহু কুহু হাইদনা নুংশিনা খোংলিবা॥
খল্লু খল্লুবদা প্রান্ পুবা য়াদ্রে।
ঐগী ইবুংঙোদো লাক্তরে।
হায় ইতা চান্নবী অহিংসি হৌখিগদৌরে।
কুঞ্জ অসিদা কুঞ্জ নিংথৌ ঙসি করি' লাক্লিবা ?
ঐগী ইবুংঙোদো লাক্তবে।

### (মেল ওনবা)

হায-হায-হায কবন্নো ! নিংথিবা অহিংসে কবন্না
লেনসিবা ইতা ! হায-আ আ আয - কবন্নো ৱাবেদা
ৱাবেদা ৱারেদা ! ইতা-আ-আ-আ-কুঞ্জবন্দা
বাধা ঐনা, কবন্না লেনসিবা ইতা।
হাইযু ইতা-আ-আ-আ-উপায নৈতরে
অৱা নুংশি য়াওববীও, ইতা ! প্রেম্না চাক্লে।
চান্নথোইবী ইতাখোই ! কুঞ্জবন্দা কবম লেনগনি !
বাধিকা ইতোমতা বিধিনা থম্বিরে - চান্নথোইববী ইতাখোই !
সঙ্কেৎ পিরগা শ্যাম লাকপিদবে।
ৱাববী বাধিকা ইতোমতবু থম্বিবে।
শ্যাম কৌবা 'মুবা শ্যাম নংদি নুংশি হৈতেদা !
শুক্লবা বনসিদা ইতোমতবু থম্বিরে ইতা চান্নবী।

পাপ্পু চেল্লবী রাধা কৌরবী।
করম্না লৈগনি তম্থিবা বিধি॥
কুঞ্জসিদা অনি অনি শুই।
রাধা ঐদি ইথন্তনি।

শুক্লবা বনসিদা ইতোমতবু থম্বিরে
ইতা চান্নবী
অহিং খর অসি কোটি রূপ-গুম্না
লেল্লেদো – ?
অহিং তংখাই হৌখবে
করিগী লাক্রিবা কৃষ্ণ কৌবা।

**(তালচপ)** (হারমনিয়ম-গ)

চান্নথোইবী ললিতা অহিংসি হৌখিদৌরে
করম্না লৈসিবা ?
লাইবক ফবী কনা লৈরবনো ইতা
পাপচেনবী ৱারবী ঐবু
থাদোকলে শ্যামনা
হায ইতা চান্নথোইবী ঐগী প্রান পুবা যাদবে ঙসি
চাক্লে চাক্লে বাধা ঐগী থৱাই অসে।
পাপচেনবী লাইবক থীবী শিগে হাইনা নিংলে
শিগে হায়না নিংলে
কান্নদবে কুঞ্জসিদা অরেম্বদা লৈবেদো।
করম্না লৈগনি ইতা ? করিগী লাক্রিবা কালা ইবুংঙো
খংউ খংউ ইতা ফত্তবা নিপাগী জাৎসে।
ইতোমতবু থম্লে বন অসিদা হায় হায় !
হায় করম্লো ! করিননো ? ইতা ললিতাও !
মাংলে মাংলে ঐগী প্রান উপায় হাইয়ু ইতা ললিতাও
কৃষ্ণনাম শোঞ্জদনা কালিন্দীনুংদা চোংথরগে।

**(শান্তনা)**

ৱারুনু ইবেম্মা ৱারুনু রাধিকা
লেংলক্কনি ইবুংঙোদো

বৃন্দাবনগী অমুবা থাদো থোক্লবনি শোইদনা রাধা
রাধাগী পুক্লিংবু উবা ইবুংঙো কৃষ্ণনি।
"অবেম্বরু ওইবে ইতা নিংথিবা অহিংসে।
লাক্কনি নিংদরে ইতা ললিতা থাজদ্রে থাজদ্রে ।।
ইতা মদন মোহন রাগোংচূডা থোনবা লাক্কনি।
শোইদে শোইদে লাক্কনি।
ললিতানা হাইজৈ হাইজৈ রাবিনু রাবিনু।
রাধাবু থাদোকপা ঙম্লোইনে।
বিশাখা সখিনা হাইজবি ইবেম্মা ইতা রাবিনু
শোইবোই শোইবোই শ্যাম
রাধা কৌবী নংবু শ্যামনা থাবোইনে রাবিনু রাবিনু।

নুংঙাইবা কলমবু থাদোক্লনা অরাবা কলমবু পাইদুনা
রাধা ঐগী ইবাইবক্তা খন্দুনা খন্দুনা ইবিবম্লে
রাধাগী লাইবক্তা বিধাতা নংনা !

(মেনকুপ)

হায় হায় রাধা কৌবী তম্নথিববা বিধি
অসুক রানা তম্খবেদা লাইবক থীবী ঐবু।
রাগনু রাগনু শোইদনা লাক্কনি।

(বোলি)

বিধি নংদি রাধা ঐগী রানবা শিনখরে।
ওম্থোকনা ফত্তবা লাইবক তমখরেদা ঐঙোম্দা ।।
পিবিদরে নুংঙাইবদি; নুপী ওইবা মপোকসে।
কনা খংই নংগী লীলা, হা বিধি ওম্থোকপনি ।।
(নুংশি হৈতে )

## (শৈশিন)

৫ । **বিপ্রলব্ধা**

বাগিনী – ধানশী (অবৈবী)

(তা - আ - আ - আ - আ - বি - বিবি ।
তা বি না তা - না - আ আ আ আ আ –
তা - আআ - বি ই ই ই - বি না তা না)

অহিং মতম লোইবে – কৃষ্ণ লেংলক্তে
লাক্কনি লাক্কনি নিংজবি ঐনা ।
লেংদুনা তুলসীমালতি মালা থমজবি কৃষ্ণদি লেংলক্তে
শেমজবা লৈগী শৈজা অসি কৃষ্ণ নত্তনা
কনাদবু কৎকনী মাংলে মাংলেদো !
লেংদুনা মালতীমালা থমজবি কৃষ্ণদি লেংলক্তে ।

## (বোলি)

মতমসিদা কুঞ্জগী মনুংদা কোকিল অমা
কুহু কুহু হায়না খোংলৈ ।
কোকিলগী খোন্‌সি বংশীগী খোঞ্জেল
ওইববোই পুক্লিংনা নিংজবে বাধা ।
শৈজাগী নাক্তগী চেষ্টোকখ্রে বাধা কৃষ্ণ ওকচবগে হায়না ।
কৃষ্ণ লাক্তে কোকিল ওইবে যেংজবদা ।
কোকিলবু যেংদুনা হায়জবি বাধা – হাইযু হাইযু
ফত্তবা কোকিল !

## (গীত)

ওহে কোকিল – এ – নহাক্লা কু - উ - উ - হু হায়না ।
কুঞ্জসিদা নুংশিনা কবি খোংলি ?
নংগী খোঞ্জেল অদু বংশী মাল্লি (কৃষ্ণগী বংশী মাল্লি)
শ্রীকৃষ্ণ লেংবিরক্লে নিংজৈ ঐনা ।
নহাক্লা কু - উ - উ হু হায়না ।

কুঞ্জসিদা কালাচাঁন্দ উদবদা ৱারিবী
লাইবকথীবী ঐগী প্রানসি লৌবিররো কোকিল – কুঞ্জসিদা
হায় হায় ৱারেদা লাইবক থীরবী !!

(বোলী)

হাইয়ু ললিতা বিশাখা । চান্নথোইরবীও ।
কবম লৈসিবা । ইতা !
কৃষ্ণ'দমক ব্রজসিদা হিংলিবনি ঐদি –
খংবিউ ইতাখোই ।
কৃষ্ণগী প্রেমসিদি কবিবু হাইগনি !
ওষ্ণোকপনি কৃষ্ণগী প্রেম !
ৱাথোক্লিবনি কৃষ্ণগী প্রেম্না – মিংচৎ থিবনি কৃষ্ণগী প্রেম্না ।
কৃষ্ণগী প্রেম্না চৎখবে ধর্ম্ম – কৃষ্ণ প্রেম্না মাংলে শাগৈ ।
কৃষ্ণগী প্রেম্না ঙাওদনা লাকপনি বাধাদি শুক্লবা বন্দা ।
কৃষ্ণগী প্রেমসিদি ওষ্ণোকপনি ! কৃষ্ণগী প্রেমসিবু
কৃষ্ণনা খংবিদে – ইথন্তা চাকচৈএ বাধা ।
ম'ংলে ইতা ঐগী পাপ চেনবা থৱাই ।
থাগে ব্রজনিংথৌমচা'দমক পাপ চেনবা হকচাং ।
চান্নথোইবী ইতা বিশাখা - হে - হে - হে -
শ্রীকৃষ্ণ ফংদ্রবা পাপচেনবা মপোকসে হিংলবোই
কান্নদ্রে ইতা । ঐনা ফংগনি নিংদ্রে শ্রীকৃষ্ণগী
শ্রীচবনবু উজবা । ফংজনিংই ইবুংঙোদো
(যুগোল চবন)
মপোক মপোক খুদিংদা ।

হা - হা - য় ইতা ললিতা য়েংউ য়েংউ ইতা ।
শ্রীকৃষ্ণ লেংলকপরা য়েংউ । হা হায় ললিতা ।
ৱাহোং চূড়া থোনবা বংশী খুৎতা পায়বা
রাধা ঐগী ইবুংঙোদো । কুঞ্জপাংনা লাকপরা
য়েংউসাও ললিতা রাধাগী থৱাই ওইবদো !!

## (বিধি নিন্দা)

হা - আ - হা বিধি নোংদম থীবী ! বাধা কৌবী পাপপু চেল্লবী !
তোল্লিদা বাধাগী মপোক অসে ! তমথিবা
বিধি ঐবু নুপী ওইনা পোকহল্লিবা ! শ্রীকৃষ্ণবু
নহাক্না (ঐগী ইবুংঙো নহাক্না) কদাইদা থমখ্রবা ?
শ্রীকৃষ্ণবু নৎতনা (ঐগী ইবুংঙোবু নৎতনা)
হিংলবোই (কান্নদে) মপোকসে !

## (বেরী কোইবা)

লেংলকপরা ইবুংঙোদো হাইযু হাইযু ইতা
লেংলক্তবি শ্রীবাধিকা ইবেম্মা।
চান্ন থোইবী বাধা কৌবী, নহাক্নীদমক্তা ব্রজদা
পোকলবা ইবুংঙো কৃষ্ণদো লাক্তরি।

## (মেনকুপ)

হায হায ! বাধা কৌবী কৃষ্ণ প্রেমনা ভাওবে !
রাম্বদনা তুথবেনে লাইবক থীবী বাধা।
মাংলে মাংলেদো সখিশিংনা চেনশিনখবদনা
কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাযনা শোঞ্জখবে।
শ্রীকৃষ্ণগী নামবু তাজবদা মবুংঙো লেংলক্লে
হাইনা নিংজৈ বাধা কৌবীদো, কৃষ্ণদি লাক্পিবমদবে
হায ওম্বোকপনি রাধা কৌবীদো !

শৈজা য়েংজৈ কৃষ্ণগী প্রেম্না ভাওববনী
খুরুমজবি শ্রীরাধিকা।
খুৎ অনি লোন্নজৈ শৈজা কোইজৈ চিন্তা তৌজরিএ রাই।
লাকও লাকও চান্নবী ইতাশা শৈজাসি কান্নদবে।
ইবুংঙো লাক্তে অহিংসু লোইরে — কবি কান্নরি হাইয়ু —
লাইবক থীবী ঐবু। ইবুংঙোগী শেমজৈ লৈগী শৈজা

লেংদুনা থমর্জবি মালতী মালা। ঘনরাম দাস কবি
খুরুমজরি ইবেম্মা শোইদনা লাক্কনি কালা।

(দুতীগমনা গমন অমসুং সম্ভোগ)

উবদা রাধাগী অরাবা দশা।
চৎখরে দুতীনা (সখিনা) শ্রীকৃষ্ণ যৌনা।।
লেংলক্লে ইবুংঙো রাধাগী নাক্তা।
ফংজরে দরশন ইবেম্মা রাধা।।
থুংজরে ভক্তনা নিংজবা আশা।
নিজবি চরনবু বাই শেখরনা।।

(ভজন)

শোঞ্জরো পুক্লিং তভনা রাধাকৃষ্ণনাম।
ওহে পুক্লিং অন্তগী কালদা নহাক্কী কনা লৈবিবগনে
পাপপু চেনবা নহাক্কা কাওবিবরা শ্রীচরন '
কবি গতি লৈবগে শ্রীরাধাকৃষ্ণ নৎতনা।
নিংথৌও হে-মন শ্রীরাধা গোবিন্দ।
যেংউ যেংউ। ইতাখোই। বসন্তসিগী নিংথিজবসে।
কুঞ্জগী মফম খুদিংদা লৈ শাৎলিএ।
খোইমুনা লৈহী চুপ্পালিবসে। লৈকা খুদিং।
মলয়া নুংশিৎ শিৎলিএ। ইতা।
তমাল পাম্বিদা। কোকিল অসিনা।
কুহু কুহু খোংলিএ।
হাইয়ু হাইয়ু। কোকিল রাধাগী
প্রানসে। লৌবিগে হাইদনা খোংলবিবরা ?
হায় ইতা ললিতা।
লাক্করে শ্যাম রস রাজসে - এ - এ।।
অহিং অসে ৰানা লেঞ্জরিএ।
অহিংসে হৌখিগদৌরে এ।।

রাধা লাইবক থীবী ঐবু কাওবিখরে শ্রীকৃষ্ণনা।
কুঞ্জদা লাকপিদবে রাধাগী কলাচান্দো॥
হে ললিতা শ্যাম অদো কবি' লাক্লিবনো ?
বিধি কৌবা চানবিদরেদো !
বাধাগী লাইবক্তা তমখিদরে
হায শ্যামবু ফজংবা ! কুঞ্জদা লাকপিদবে –
রাধাগী কালাচান্দো !

### রাগিনী – শ্যামকড়া – তাল ছাড়া

অহিংচুপ্পা কুঞ্জসিদা লেঞ্জবে চান্নবী ইতা
লেংঙক্তবে কৃষ্ণ কৌবা।
লাক্লনি লাক্লনি নিংজৈ অহিং মতম হৌখবে হে ইতা
লেংঙক্তবে কৃষ্ণ কৌবা।
লেংদুনা মালতীমালা থমজকবেনে হে ইতা
শ্রীকৃষ্ণদা নৎতনা কনাদবু কৎচগনি॥
লেংঙক্তবে কৃষ্ণ কৌবা।
কর্পূবনচিংবা অসি অবেম্নবু ওইবে ইতা
শ্রীকৃষ্ণদা নৎতনা কনাদবু কৎচসিবা॥
লেংঙক্তবে কৃষ্ণ কৌবা॥
শেমজবা লৈবাংগী শৈজা মাংজবেনে যেংউ ইতা।
শ্রীকৃষ্ণদি লেংঙক্তবে অবেম্নদা মাংলে ইতা।'
লেংঙক্তরে কৃষ্ণ কৌবা॥।

### ৱাংখৈ অমুগী মাগুবতা

শ্রীযুৎ সার চুড়াচান্দ লেংথদুনা ইহান হানবা মৈতৈলোনগী ঝুলোন পালা ঈশৈ শকখিবা –

ঈশৈ হনবা – ৱাইখোম চাওবা সিংহ।
দুহাব – মাইবম ইবুংঙোহল সিংহ।
খোম্বাংবা – থৌনাওজম চাওয়াইমা সিংহ।
পুংয়েবা – তখেল্লম্বম ওমর সিংহ।

**রাগিনী – ঘুঙরি – তাল – একতাল।**

ঝুলোনবু হৌবে সখিশিংসু য়াওবে
শান্নি হবাওনা।
ব্রজগোপীশিং রাধানচিংলবী
শ্রীকৃষ্ণ লোইনদনা শান্নি নুঙাইনা।।
সখিশিংমযাম্না তপ্না তপ্না হাইরকলে
দোল পাইবদনা।
কৃষ্ণগী ঈঙ্গিত উবদা শিংলবী সখিনা
দোলবু কন্না হাইবকলে।
কৃষ্ণগী নিংবা থুংনবা – সখিশিং।
তাবনি হাইনা রাধা কিজদনা নিক্লি।।
কন্না কন্না চক্র হেন্না দোলনা লৈশিল্লকলে।
থক্তে খাদা খাদ থক্তা মাইকৈ মবিমক্তা।
নোম্লম্বদগী রাখৎলক্লি রাংলম্বদগী নোমথর্বাক্লিএ।
দোলনা হাইবকপা নুংশিৎনা হুম্লকপা
মিপাইবে রাধা মাইথোং থম্নাল
নিংথিবদো মকশিনখবে।
নুংঙাইবা লীলা শান্নবসি যেংজবি।
বিমান্দা তোংদুনা স্বর্গদা লৈবিবা দেবগী সভা।
ব্রজবৃন্দাবন্দা ভক্তগীদমক গোলক্কীনাম মর্ত্তদা
শান্নবা ঝুলোনগী লীলা। যেংজরি যেংজবি
দেবগী সভা।
স্বর্গদগী দেবশিংনা পোমশাৎনববা পাবিজাৎ।
খুবাম থন্না থন্না – হন্না হন্না হন্না চাইথবিএ।

হায়জরি রাধানা মাইথোং মুন্না য়েংজদুনা।
থাদোকপিনু শ্রীগোবিন্দ ননাই বাধা কৌবী ঐবু
কিজবনা লৈত্রে রাধাগী প্রান।
বাধা লাইবক থীবী পোকপদগী ননাই ওইবী

নংগী চরনবু কাওজর্দরি রাধা ঐহাকনি।
থাদোকপিনু রাধা ঐহাকপু।
পাপচেনরী ঐবু চরনদগী থাদোকপিনু।

### (বেরী কোইবা অমসুং ঘাট)

নিংথিববা দোনগীথক্তা ঙাল্লিবসে যেংউ যেংউ।
রাধাকৃষ্ণ অনিনা। মণিমুক্তা থাল্লবা দোলগীথক্তা
ঙাল্লিবসে - যেংউ যেংউ।

### (রাজমেল)

শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনা নিংথিবা নন্দরটতা দোনগী
থক্তা ঙল্লি। মরোল অহুমক্তা লৈত্রে ব্রহ্মানা
শেমজবিবা সৃষ্টিদা যাওদ্রে। ভক্ত খিবিক্কী থম্মোইদা
ভক্তি প্রেমগী ঈথক তৌবি শ্রীমুখ অনিবু
যেংজকরদা। ফুইনা তৌবকপা নোংগী মরক্তা
নোংথাং তোইনা রূপচবিত্র হবাওনা।

### (যুগল প্রাথনা)

হা হা বৃন্দাবনেশ্বর হা হা বৃন্দাবনেশ্বরী রাধে।
নংগী সখিশিংগী নাক্তা সেবাবু যাওজগে ঐসু।
চরন সেবা ফংজরদো নিজৈ। নংনা কৃপা পিবিদুনা
চিংশিনবিযু চরন খাদা অহিং নুংথিল (নিতি নিতি)
চরন্দা নিজবি। শ্রীগোবিন্দ রাধানাম চিংশিনবিযু
চরন খাদুদা। পাপচেনবা তোল্লবশিংবু মপোক
মপোক খুদিং চানবিযুনে। শ্রীরাধা গোবিন্দ অনি'
চরন্দা ভক্তি কৎচৈ মপোক মপোক খুদিং
থম্বিযুনে শ্রীচরনদা।

(মেল ওনবা)

হে রাধে হে কৃষ্ণ চানবিয়ু ননাই ঐবু রাধে।
হা গোবিন্দ শ্রীরাধিকে চিংশিনবিয়ু শ্রীচরন্দা।
ফংঙমদ্রবা শ্রীচরনগী সেবা পিবিয়ুনে।
পাপ চেনবী ঐগী চাকলিএ হৃদি নংগী কৃপা নিজবি।
যুগোল চরন নিজবসি ফংদ্রবদি গতি লৈজদে।

খুৎ অনি লোন্নজৈ চরন-খাদা চংজৈ।
পঞ্চপ্রানবু কৎচৈ শ্রীচরন্দা।
শ্রীরুপ মঞ্জরী সখিশিংনা ফংজবা সেবারু যাওহনবিয়ু
পাপ চেন্নবী ননাই ঐবু।
থাদোকপিগনু চরন খাদগী।
থাদোকপিগনু চরন খাদগী ॥
পাপ চেনবী ননাইবু কাওবিগনু ॥।
থাদোকপিনু শ্রীচরন্না।
হন্না হন্না খুকমজৈ ॥

(তালচপ)

রাধে কৃষ্ণ - হে - খুকমজবি যুগল চরন্দা।
যুগোল শ্রীচরনগী সেবা ফংজগে নিজরি।
যুগোল চরন অদু চেৎনা কোঞ্জবি হৃদিদা ॥
শ্রীচরনগীনাক্তা নিতি থম্বিয়ু ঐবু ॥

ইবুংঙোগী চরনখাদা খুরুমজবি ননাই ঐনা।
শ্রীচরনগী কৃপা নত্তনা করি গতি লৈরিবগে।
শ্রীরুপ মঞ্জুরীনচিংবী সখিশিংগী নাক্তা থম্বিয়ু ॥।

### (মেনকুপ)

ইবুংঙোগী চবন নিংথিবদো – অন্তগী কালদা
ফংহনবিয়ু । জয় ওইবি জয় ওইরি
শ্রীরাধাগোবিন্দ ।
থোইনা থোইনা হাইরে দোন্দো লেপ্পা ঙমদ্রে শ্রীরাধা
তনিক তনিক যেংই রাধা – কিজরে ।
কৃষ্ণদা কোনসি সখিবু ইকাইবে ।
কোল্লগুমসি তাগনি নিংলে ।
সখিশিংগী মমাংদবু ঈকায়ববু হুন্দোক্নুনা
গোবিন্দদা কোনখবে ।
নোংদা নোংথাং কুপলকলে ।
অনৌবা নোংসু হৌবক্লে ।।
ভক্তরাহোং জগোই শাবে ।
নিংবা পুক্লিং থুংবা তাবে ।
রায়শেখর পুক্লিং পেল্লে ।।
মবুংঙোগী পুক্লিং থুংবা তাবে ।

### (বেরী কোইবা)

নিংথিববা দোনগী থক্তা রাধাকৃষ্ণ ঙাল্লি ।
থোইদোক্না ঙাল্লিএ ।
যেংউ যেংউ ইতা – যেংউ যেংউ যেংউ ইতা পুক্লিংহুবা
মশকনি ।। যেংউ ইতা শ্রী রাধাগোবিন্দসে ।
অনৌবা তমালদা সনাগী উবিনা যেৎলে(নে) ।

### (মেল ওনবা)

ফুইনা হৌবা নোংগী মচু হেন্না নিংথিজবা কুচুনি ।
জগৎপু শুক্কৎলিএ । সনাগী মচুবু হেন্না রাধানা
নিংথিজরি । অনিগী নিংথিবা রুপ য়েংউ য়েংউ ইতাশা ।
য়েংউরগা ইতা মিৎফম হোংবা য়াদে য়েংউ ইতাশা ।

মৃগমদ কস্তরী চন্দন্না শ্রীঅঙ্গদা থোল্লিবসে।
চুড়াগী মথক্তা বকুলপরেংনা বেনীগী মথক্তা মালতী পরেংনা
খোইমুগী মপৈনা লৈহি চুপকে হায়না কোইপায় পাইরি
গুন গুন গুন গুন হায়না। খোইমুনা গুন গুন গুন
হায়না। মলয়া নুংশিৎনা চন্দোনগা লোইননা তপ্না
তপ্না থৌগলজবিএ। ভক্তশিংগী পুক্লিংদা ভক্তি
প্রেমগী ঈথক হৌহল্লি শ্রীমুখ অনিবু উবদা।
য়েংউ য়েংউরগা ইতা থোইনা হেন্না নিংথিজবি।
ওম্থোকপগী মশক ওইরি। পুক্লিংবু হুখরে।

**(তালচপ)**

য়েংউ য়েংউ সখিশিং, শ্রীরাধাগোবিন্দগী নিংথিবা মাইথোংসে
চুডা বেনী যেৎনরী, পাম্লোম অনি ঙার্নবি; নোংগা নোংথাঙ্গা
যুগল ওইবে; কুঞ্জগী মযাইদা।
থাগা রাহুগা যুগল ওইবি; ঙসি কুঞ্জসিদা।
নোংবু হৌবে নোংথাং কুপলে; য়েংউনে সখিশিং।
ললিতানা হায়রকই, নোংথাং নত্তে রাধানে;
নোং নত্তে কৃষ্ণনে, রাহোং নত্তে চূড়ানে;
লিন নত্তে বেনীনে — উবোক পাইদে মুক্তানে।

মাদুগী মতমদা উশাদা চোংঙা তেনৱা অনিদো।
মবুংঙো মবেম্মা অনিগী গুনবু থাগৎনৈ॥
তাজৌনে শরিকা, ইবুংঙো কৃষ্ণগী গুন অসিবু।
খুত্তা বাঁশী পায়বা, চূড়া চেপ্না থোনবা;
গোবর্দ্ধনবু থাঙ্গত্তুনা ব্রজজীব কনখিবা।
শারিনা হায়রকই তাজৌনে শুক;
নবুঙো কৃষ্ণগী মগুনবু খংইনে —
করি অমুক হায়গনি ?
রাধাগীদমক ব্রজগী খুলক্তা।

যোগীবেশ ওইখিবা ধরাচূড়া থাখিবা ।
ঙক্তা ফী য়েত্তুনা মানা ভিক্ষা নিখিবা ।।
কাওরবরা শুক নহাকপো ?

**(মেনকুপ)**

অনিমক্কী যুগোল চরন অসে অন্তগী কালদা ফংজনিংই ।
জয় ওইবি জয় ওইবি "শ্রীরাধা গোবিন্দ"

## ইংশোক ১৯৩৪ দা মৈতৈলোনগী রাসগী নিপা পালা শকখিবা ঈশৈ ।

| | | |
|---|---|---|
| ঈশৈ হনবা | — | শ্রীরাইখোম চাওবা সিংহ |
| পুংযৈবা | — | শ্রীলসমন সিংহ |
| দুহাব | — | শ্রীচুংখাম থম্বালঅঙৌ সিংহ |
| খোম্বাংবা | — | শ্রীকোঞ্জেংবম তোয়াইমা সিংহ |

**রাগিনী — ছয়ানাট — তাল — একতালা**

নোংপোকথংবা ভারত্তা মণিপুবসনা লৈপাক্তা ।
শ্রীগোবিন্দ ফাওনফম ভক্তি লৈবাং শাৎনফমদা পাল্লিবা ।।
মনিংতম্না ঙাল্লিবা গৌর ধর্ম্ম ঙাকলিবা ?
তৎতনা তীর্থ লেংলিবা (পুন্য চেনবা য়াইফবা)
শ্রীকুণ্ডসেবা বিনোদনা লৈতেংবা ।।
তুবি লাইরেন তাওবা খম্নাং ঈশক থৌবা ।
মৈতৈ পুবাননা থোল্লিবা হুয়েন লাংসা ফাবা ।।
সাব্ কে, সি এস, আইনা লৈতেংবা ।
ননাই ঐখোই প্রজানা খুবাং চাংজৌ লৈতানা ।
খুয়াখাদা চংজরি ভক্তিলৈরাং কৎচরি ।।
কুইনা পানবিয়ু প্রজা য়োকপিয়ু ।।।

**রাগিনী — পুরুবী — তাল — তিনতাল**

**লাইবক ফবী নবদ্বীপ্তা পূন্য চেনবী গঙ্গাগী নাক্তা**
**গৌরহরিনা ঙাম্থোইরি ।**

তীর্থ পুম্নমকপু হেনবা অলককানদা চেল্লিবা
দ্বীপ মাপনসুবা ভক্তি মাপন্না তিনবা নবদ্বীপনি ।।
দ্বীপ দ্বীপ খুদিংদা ভক্তি দেবীনা ভক্তি অমমমগা
লোইননা ঙাল্লিবা ।
মমাংঙৈগী বৃন্দাবন্দো নবদ্বীপনি হাযনা
ভক্তশিংনা নিংনবি ।।
ব্রজলীলা নিংশিংদুনা শ্রীগৌরনা
(শ্রীগৌরচন্দ্রনা) ভক্তগা লোইননা হবাওনা শান্নবি ।

**(তিনতাল খাইবা)**

গৌবাঙ্গ প্রভুনা কলিজীব লানবিবি ।
রাধাগী কান্তিনা মপান্দা ঙাল্লি ।।
কৃষ্ণগী ভক্তিদো মনুংদা লোৎলি ।
বাধিকাগী রমন ওইবা ।
হবিনাম যেন্দুনা জগোই শাদুনা
চৈতন্য প্রভুনা কলিজীব লানবিবি ।।
গৌবাঙ্গ প্রভুগী গুনবু শোঞ্জবি ।।।

**(মেল)**

হরিনামবু যেনবিদুনা জগোই শারদুনা
কলিজীব লানবিরি ।
কোইনা কোইনা থিবিদুনা
প্রেমলিঙ্গন পিবিবি ।। (তোল্লবা জীববু) ।
প্রেমগী ঈচেন্না গঙ্গা ওইরে ।
মীৎ অনিমক্তা
পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা হবে কৃষ্ণ শোল্লদুনা
হরি ধ্বনি তাবদা নাগরীগী পুক্লিং হুরি ।
রাধাকৃষ্ণ শোল্লদুনা পাপ চেনবা লানবিরি ।।
থৌজাল হৈবা গৌরাঙ্গনা কলিজীব লানবিরি ।।

## (মেল ওনবা)

গৌরনিত্যাই অনিমক্কা লানবিরি ।
প্রেমনা থল্লবা হরিনাম পিদুনা লানবিবি ।।
ব্রজগী মধুর রস জীবদা ফোংদোকলি —
প্রেমগী ঈচেন্দা লূপহল্লি । মী খুদিং চত্তুনা হরিনাম পিদুনা ।
মোৎলবা জীববু ফোংদোকপিবি — ।
রাধাকৃষ্ণগী নাম শোল্লু তাকপিবি ।।
মী খুদিং চত্তুনা হবিনাম যেন্দুনা কলিজীব লানবিরি ।
প্রেম্না থল্লবা হরিনাম পিদুনা ।

জয ওইবি শ্রীগৌবহবিনা থৌজাল হৈবা ইবুংঙোনা ।
কলিযুগতা পোকপা জীব হবে কৃষ্ণ শোল্লু —
বাধাকৃষ্ণগী নামবু শোল্লু চিংনগনু নপুক্লিং ।
হরি হবি শোন্দুনা পাম্বোম থাঙ্গত্তুনা পাপতগী
লার্নাবিবি জগাই মাধাইনচিংববু ।
প্রেমগী ঈচেন্দা জীববু লূপহল্লি — প্রেমনা থল্লবা
হবিনাম পিদুনা হবি হবি শোলহল্লি ।
শ্রীগৌববু উবদা পাপ মযাম কোকচরি
হৃদিদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম পোকহল্লি ।

নিংথিদা ফৈজেদা পান্দমনিংঙাই লৈতেদো —
কামদেবনা ঈকাইবিনি ।
হবি ধ্বনি তাহন্দুনা নাগরীবু ঙকহল্লি । সুক্ষৎলি ।
পোন্দা য়োকপা উচেকশিংবু হবি সোন্দুনা কপহল্লি ।
গুরুজন্না চৈসনু কুল ধর্ম্ম মাংসনু । মীব্রা তাগে তাসনু ।
গৌরগী প্রেমনা চাকলে চাকলে ইতাশা ।
হে ইতা কামগী সমদ্রুদা শাৎপা থম্বাল্লনে ।
বিধিনা কবম্না শারিবা ফজবমখৈ খন্দুনা
নাগরীগী প্রানচাক্লবা শাবরা ? পুল্লপ ওইনা তিন্দুনা ।

গৌরদা পুক্লিং লূপখ্রবিনি অতৈ খংদ্রবিনি।
গৌর নত্তনা কনা লৈবগে ?
ইতা য়েংবিয়ু সখি নাগরী প্রানপুবা য়াদবে।
ওম্থোকপনি ইতাখোই গৌরগী লাংদি
থদৎপা ঙম্লোইদবনিনে।

য়েংউ য়েংউ ইতা মীনম্না গৌবনি; চিংনা য়েংসিল্লু
উগনি; ওম্থোকপা মশকনি।
ফুদোংলবা সনাদগী হেন্না ফজৈ; মচু হেন্না ফজৈ।
ইতা য়েংবিয়ু হে নাগবী মনুংদা মুকুলী পাইবা
মথেক অহুম থোকপা ব্রাহোংগী চূডা হাপ্লা উহল্লি
ওম্থোকপা মশকনি।
মীঙোম্দা উহল্লি সাধু পণ্ডিত মতৌগুম — সাধু নত্তে
পণ্ডিত নত্তে — পব নাবী হুবাল্লি — কূল ধর্ম্ম মাংহল্লি —
জগৎপু সুক্ষ্মৎলি। মমাংইঙ শ্রীবৃন্দাবন্দা গোপীশিংগা
লোইননা ব্রজলীলা শান্নখিবা নবদ্বীপ্তা লেংলক্লুনা
গৌব ওইববে।
হে ইতা ঐদি খংজদে নবদ্বীপসে বৃন্দাবননি হাইনৈ —
সুবধবনিসে শ্রীযমুনানি হাইনৈ।

**(মেনকুপ)**

য়েংউ সখি হে ইতা মদনবু ঙমজবা নিংথিনা ফজবা
বনমালা থবাক্তা থোল্লিনে। লৈগি চূড়ানা ওইরোমদা
সেপ্তক্লা চোম্থরিনে সখি ২ নাগরী ফানবা লাংগী
মওংনি। নবদ্বীপ্তা শাৎলিবা লৈহাওসে কদোমদগিনো ?
থিবা খংদেনে ইতা কদোমদগীনো ? হাইনিংঙাই
লৈতেনে ইতা শাৎলিবা লৈহাওগী মরুদি
বৃন্দাবন্দা লৈ হাইনৈ।
যোগী সিদ্ধিশিংনা লৈনম ফংনিংদুনা নিংনরি অতৎপা

লৈতনা যুগমরিমক্কী লীলানা লৈহাও মনমগুম্না
মরোল অহুম ফাওনা নদ্যাদা শাৎলরে।
সখীগী প্রেমগা রাধাগী প্রেমগা কৃষ্ণগী প্রেমগা
তিনসিন্দুনা। মথেক অহুম থোকপা মুরুলী –
পাইবা, ভঙ্গিদো মনুংদা লোৎশিল্লে; মরক্তা
উহল্লি – রাধাগী কুচুনা মপান্দা ঙালহল্লি।
নবনী হুরাল্লি হাইদুনা যশোমতী মমানা উদুখলদা
পুনখববা – মহাক্কী মখ্বাংদা চেৎনা চেৎনা উদুখলদা
পুনখরবা – হৈশিংবা নাগব মাখন হুবানবা।

কদমদা তোংদুনা গৌরবু য়েংদুনা
ব্রাহোংনা হরাওনা জগোই শাবি।
চিলোক চিলোকননা লৈনা লৈনা থেক্লা থেক্লা
জগোই শাবি।
কনানা তমবিবা ওইবিগদগে ইতা
নংদি খংদ্রিববনে ইতা ?
বৃন্দাসখী ওইবিগনি সোইবোই সোইবোই
বৃন্দা ওইবমগনি – বৃন্দাবন্দগী লাকপা ওইবমগনি।
তমালদা তোংদুনা কোকিলসু খোংলিএ
জয ওইবে হাইনা।
শুক শাবীনা খোংলকই নবদ্বীপকী লীলা রস
ফংজগে হাইনা নিজরি ॥

## শ্রীগোবিন্দ প্রার্থনা

মণিপুব স্না লৈকোইনুংদা পানবা নিংথৌ খিবিক্লা
মথং মথং থৌগল তৌরকপা শ্রীগোবিন্দজীবু খুরুমজৈ।
শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেন্দা সনা কৃপা তৌবিদুনা
(শ্রীমূর্ত্তি দর্শন পিবিদুনা) – যুগোল মূর্ত্তি
লিংখৎহন্দুনা রাসলীলাবু কৎহনখিবা।

(কাইনা বন্দা ঐ লৈবে হাইনা । হে ভাগ্যচন্দ্র !
মম প্রিয় পার্ষদ বাজন । নংবু হাক্কাবকপদা
ব্রজলীলা কুইনা থারক্লে  রাসলীলা কৎলো হাইনা !)
শ্রীযুৎ মচা ইবুংঙো গম্ভীরসিংহনা নিংথিবা দানবু তৌজবনা
লৈপাক লৈপাক পুন্নমক্তবু খুৎকন পাঙ্গল ফাওহনখিবা ।
(মহাত্মা নিংথৌবেল আসঙুম্না অমুক থোক্লরোইকো !)
শ্রীযুৎ নবসিংহ নিংথৌবেনা কাইদবা ভক্ত কয়নবা
হরি সংকীর্ত্তনগী নিংথজববু লৈপাক পুন্নমক্তা শাদোকখিবা ।
শ্রীযুৎ চন্দ্রকান্তি নিংথৌবেনা চবনা ভক্ত কয়নবা
নিংথৌ নিংথৌ পুন্নমক্তা(দ) কোকথাং লৈতে উইপাকবা
শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র নিংথৌবেনা প্রেম ভক্ত কয়নবা
নিংথৌ খুরম ভুন্দা তুনা ব্রজবাসবু পামজখিবা
কনাগুম্না নিংথৌশিংনা নিংথৌ ভগনা লোইবরদা
নংগী থৌগল (চরন সেবা) পেন্দদনা (পেঙ্গদদনা)
কপ্না কপ্না থাদোকখিবা –
শ্রীগোবিন্দজীবু খুকমথে । ইতি

৮ । ভূতপূর্ব জনস্টোন স্কুলগী ওজা শ্রীখাইদেম লোংযাই সিংহনা অহানবা লিংখৎখিবা মৈতৈরোনগী জনস্টোন স্কুলমচাশিংগী তোলিগী ঈশৈশিং খরা শ্রীবাইখোম চাওবনা শকখিবা অমসুং ইদুনা থম্লিবস্লশিংদুনি মখাদা ফোংজাবরসি –

## (গৌরচন্দ্র)

যেংউ যেংউ নিংথিববা গৌরাঙ্গগী লীলা ।
বসন্তগী মতমদা ।
মকুপ মপাং লোইনদুনা গঙ্গা মপান্দা লেংখবে ।
বাসুদেব গোবিন্দনচিংবা ॥
গদাধরগা লোইনদুনা গৌরাঙ্গনা ঙাম্থোইবি ।
নিংথিববা থানিলনা নদীযাদা থোক্লে ।
কুচুদি সনাহিংবা মাল্লি ।

য়েংউবদা মিৎফম হোংবা য়াদে।
স্বরূপনচিংবা ময়াম পুন্নমক আবির খুৎ থন্না পাইবে।
গৌরাঙ্গ ইবুংঙোদা চাইবে ফুইনা ফুইনা।
কয়াদা নিংথিবা।

## (চৌতাল)

নিধুবন্দা রাধাকৃষ্ণনা হোলি শান্নবি।
পীচকারী পাইদুনা কুমকুম চন্দন মহীনা।
থন্না থন্না চাইবি। হোলি শান্নে গোপীশিং
নুংঙাইনা শ্রীকৃষ্ণগা। বৃন্দাবনগী ময়াইদা
রাধাকৃষ্ণ শান্নবি। পীচকারী পাইদুনা কুমকুম চন্দন মহীনা
কুমকুম চন্দন মহীনা থন্না থন্না চাইবি। হোলি শান্নে
গোপীশিং নুংঙাইনা শ্রীকৃষ্ণগা

নিধুবন্দা রাধা কৃষ্ণনা হোলি শান্নে নুংঙাইনা।
মুবৈনবা হকচাংদা ব্রজগোপীকাশিংনা আবির
খল্লি হবাওনা।

## (দুনি)

হোলি শান্নে গোপীশিং নুংঙাইনা শ্রীকৃষ্ণগা।
বৃন্দাবনগী ময়াইদা রাধাকৃষ্ণ শান্নবি।
পিচকারী পাইদুনা কুমকুম চন্দন মহীনা কুমকুম চন্দন মহীনা
থন্না থন্না চাইবি।। হোলি শান্নে গোপীশিং
নুংঙাইনা শ্রীকৃষ্ণগা।

## (লেক্তর)

নিধুবন্দা রাধা কৃষ্ণনা হোলি শান্নরি নুংঙাইনা।
ব্রজগোপীনা আবির শ্রীগোবিন্দদা খঞ্জবি।
কৃষ্ণ খাংবা ঙমদদনা কৃষ্ণ খাংবা হমদদনা
কোইনা কোইনা চেল্লি। আবির খুবাম থন্না পাইদুনা
আবির খুবাম থন্না পাইদুনা হন্না চেল্লি।

### (সোকা)

কৃষ্ণ চেল্লে চেল্লেনে। ঙাইখো ঙাইখো বংশী ধারী
অমুক্তদি ঙাইবিখো। যমুনাদা ফীলোৎপা অদুগী ৱাবু
কাওবিরবরা ! নংনা কদমথক্তা ফম্মি ঐখোয়না
যমুনাদা লোৎলিদো। মতম অদু কয়া ৱাখরবনো !
ঙাইখো ঙাইখো শ্রীগোবিন্দ অমুক্তদি ঙাইবিখো।
লাইবক থীবী গোপীশিংগী করি লানবা লৈবগেনে।
আবির পাইদুনা গোপীশিংনা মাইঁকৈ
মরি কোইদুনা শ্রীকৃষ্ণদা আবির খনখি খুবাম
থন্না থন্না। রাধাকৃষ্ণ লীলাবু জ্ঞানদাসনা শোঞ্জরি।
ললিতা বিশাখানচিংবা চামোর থৌগল তৌজরি।
ফীগে কুঞ্জা পাইদুনা ইবেম্মনা থৌগল্লি (তৈথোকলি)

**৭। মতাঙ অসিগী অরোইবা ওইনা শ্রীৱাইখোম চাওবনা ইরম্বা "মৈতৈ খুবাক ঈশৈ" গী মরমদা খরদং ফোংজরি –**

সঙ্গীত শাস্ত্রদা "খুবাক ঈশৈবু" তালিকা হায়বগা খঙনৈ। মসি নিপাগী নুপীগী খায়না-পরমপরাদগী চৎনরক্লি। খেন্নবা হায়ববু নিপাগীনা "তাণ্ডবনা" মপুংওইবা, নুপীগীনা "লাস্যনা" মপুঙ ওইবা অসিতনি।

কোর্ত্তান পালাদা কোর্ত্তান অনি খিংদুনা তাল থাবা – মদুগী মখোলগা মিল ওইহন্দুনা "ঘনমেলক" হায়বদি "বাদ্য যন্ত্রগী' অপূনবা মখোল অমা থোকহন্দুনা সংকীর্ত্তণগী কলা সঙ্গীতপু মপুং ফাহনবনি। খুবাক ঈশৈদনা ওজা নাইনা খুদুনা থোকহনবা খুবাক অনিগী মখোলনা পুঙখোলগা মিল ওইহন্দুনা শক্লিবা ঈশৈগী শৈলীছঞ্জগী মশক মগুণ ফজবা হেনহল্লি। অদুগী মথক্তা খুৎ অনিমক্তা করিগুম্বা যন্ত্র অমা পায়দ্রবনীনা অভিনয়গী মশক ওইবা "হস্তক নর্ত্তক" উৎলকপা মতমদা য়াম্না হেন্না খুদোং চাই। তাণ্ডবকী অকনবা-অরৈবা-অচোংবা চোলোম-চালন পুন্নমক্তা ৱাইশংনা মকালাম্না ফজহনবা ঙম্মী। তশেংনা হায়রবদা কোর্ত্তান পালাদগী খুবাক ঈশৈ পালানা শাথেক শাহুন-শৈশক কনবা ৱাবা হেল্লি। কোর্ত্তান পালাদা ফৈ হায়দুনা মাসিদা হেক্তা চোংশিন্দুনা য়াওরুবা কয়া খুদোং চাগন্দে।

খুবাক ঈশৈ হায়বসিদি শুপ্পগী শ্রীজগবন্ধুগী রথ যাত্রাগী মতমদতা শক্লে। কাং নুমিত্তগী হৌবনা হরিশয়ন নুমিৎতা লোইরে। খুবাক ঈশৈগী রসসু শাস্ত্রদা অকক্নবা ওইনা লৈরি – মদুদি শ্রীকৃষ্ণগী দশাবতার, মাথুর, ব্রজাবিলাপ অমসুং কুরুক্ষেত্র মিলন। মসিগী মনুঙদগী সাধারন প্রজা নুপী অঙাংশিংনা য়াম্না পুক্লিং তানা পামজবনা মাথুর (মথুরা-বিরহ); অমসুং কুরুক্ষেত্র মিলন। কুরুক্ষেত্র মিলনগী মরোল অসি "শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী" মধ্যলীলাদা শুগাইনা তাক্লি। অদুগা "মথুরা-বিরহ" গীনা "শ্রীশ্রীচৈতন্য মঙ্গলগী" শেষ খণ্ডদা তশেংনা য়াওরি।

নিপা খুবাক ঈশৈ শৈশক্কী মপুঙ ওইবা (ক্রম) তাংকক্তি ঃ–

(১) রাগ – স্তুতি বন্দনা
(২) বৈথা – অবতার ভাবাবেশ
(৩) হৌগৎপা – অভিনয় চোলোম (বস মপুং)
(৪) লোইশিনবা – ভাব সম্বরন - প্রাথনা (চোলোম অকনবা)

খুবাক ঈশৈ পালাগী অমসুং ঈশৈগী রাগ - কোর্ত্তান পালাদগী খবদং তোঙানবা মওং ওইনা লৈ। হায়বদি পুঙগী রাগসু ঈশৈগী রাগসু মচাগী জাৎ ওইনা ইভৌ তৌই। অদুগা অমনা রাগ মনুঙদা খোংফম লেংবা ফাওবা য়াদে হায়নরিবদো খুবাক ঈশৈদদি খরা তোপ্পা মওংদা লৈখ্রে। খুবাক ঈশৈগী বাগ অযাম্বদা পঞ্চমগী মখাদা "দীর্ঘ" লৌদ্রিঙৈদা পালা পুন্নমক্কী চোলোম অতেনবী অমা হাপ্পসি ফজবী অমা চৎনরক্লি। অদুগা রাগগী মমৈদা "স্তুতি বন্দনা" শক্তুনা পালা পুন্নমক হস্তক-নর্ত্তক তৌদুনা ওই-ওইননা (anti clockwise) বেবী কোয়বগী ৰা (নিয়ম) লৈনরক্তে।

খুবাক ঈশৈগী "কুরুক্ষেত্র মিলন" গী ভাব-রস হায়ববু –

"পুর্ব্বে সেন কুরুক্ষেত্র সব গোপীগন।
কৃষ্ণের দর্শন পাইয়া আনন্দিত মন॥
জগন্নাথ দেখি প্রভুর সে ভাব উঠিল॥
(শ্রীশ্রী চৈতন্যচরিতামৃত – মধ্য লীলা)

নীলাচলগী রথ যাত্রাদা শ্রীজগনাথকী দর্শন ফংজবদা মহাপ্রভুনা অদুঙৈগী লীলা "কুরুক্ষেত্র মিলনদা" শ্রীকৃষ্ণবু উজবদা শ্রীরাধিকাগী পুক্লিংদা

পোকখিবা "দিব্যোন্মদ" গী ভাব অদুমক পোকখরে। অতৈনদি খংবদা ৱারবা অদুগা স্বরুপকা শ্রীরুপকা অনিতনদি প্রভুগী কৃপাদগী খঙজদুনা রস-আস্বাদন তৌজবা ঙম্বা ভাগবতকী সংস্কৃত শ্লোক কয়া কয়া – প্রলাপ বচন (চোইরোন) ওইনা মহাপ্রভুগী শ্রীমুখদগী থোক্লকপা মাদুগী "ভাষা পয়ার" না ভাগবত শিরোমনি কৃষ্ণদাস গোস্বামীনা লেংজবা শ্রীশ্রী চৈতন্য-চরিতামৃতদা য়েক্লম্লবা মাদুগী মনুংদগী মপুঙ ওইবা শ্লোকতি "আহুশ্চ তে নালিন নাভ্ ! পদারবিন্দং যোগেশ্বরৈর্হৃদি বিচিন্ত্য মগধ - বৌধেঃ ।।

সংসার কূপ পতিতো ত্তরনা বলম্বং।
গেহং জুষামপি মনুস্যদিযাৎ সদানঃ ।।"

(শ্রীমদ্ভাগবতঃ দশম সকন্ধ)

মণিপুবগী থায়নগী ওজাগুরুশিংনা মাদুদা যুম্ফম ওইদুনা থম্বিবম্বা ঐখোয়গী খুবাক ঈশৈনি।

শ্রীগোবিন্দগী রথ যাত্রাদা তৌগদবা থৌগলগীদমক।

মাথুবগী রসনা –

(মাথুর বিরহ ভাব)

"মধুপুরী দেখি প্রভু উনমতচিত।
প্রেমায় বিহবল সেন নাহিক সম্বিত ।।
আক্রুর অষ্যর বলি ভূমীতে পড়িয়া।
মাথুর বিরহ ভাবে মূর্চ্ছিতা হইলা ।।

সম্বেদন নাহি প্রভুর ভেল তিন দিন "

(শ্রীশ্রী চৈতন্যমঙ্গল শেষ খণ্ড)

**মাথুর রস (মথুরা বিরহ রস)**

৮। মাথুর রস অসিদি রস শাস্ত্রদা তাক্লিবা নায়িকা মখল ৮ অদুগী মনুঙদা য়াওরিবা প্রোষিতভর্ত্তৃকা হায়রিবী নায়িকা অদুগী মরমদা থোকপা রসনি –

**প্রোষিতভর্ত্তৃকা নায়িকাগী লক্ষনদি ঃ–**

"কুতশ্চিৎ কারন্যাৎ মশ্যাবিদুরাস্থা ভবেৎ পতিং
তদমঙ্গম দুঃখাত্তা সা স্যাৎ প্রোষি্ত্যভর্ত্তৃকা।"
(স্তবমালা)

করিগুম্বা মরম অমদগী মপুরোইবনা (মবুঙোনা) লংফৈদা চৎখ্রবদা কায়না মৈচাক খাঙহৌবী নায়িকা অদুবু "প্রোষিতভর্ত্তৃকা" হায়না কৌই।

প্রোষিতভর্ত্তৃকা – অসিগী অমুক লক্ষন ৮ লৈখ্রি। মদুদি –

(১) ভাবি, (২) ভবন্, (৩) ভূত, (৪) দশমীদশা, (৫) দূতীসংবাদ, (৬) বিলাপা, (৭) সখুৎক্তিকা, (৮) ভাবোল্লাসা। মসিনা খ্বাইগী সাহিত্যগী ৱাফমনি।

ঐখোয়গী মণিপুর লৈপাক্কীনা ঐখোয়গীতা তোপ তোপনা চৎনজবা পবমপবাগী মওং অমা লৈজবি। নট পালাগী নিংথিবা শক্তম্মা নবসিংহ মহাবাজনা হৌদোকপিরমবা অদুগা মদুগী মথক্তা রস ৬৪ গী ঈশৈ শেমদুনা পুঙগীসু ঈশৈগীসু নীংথিবা বসকী ফিবেপ তাহল্লকপনা মহাবাজ চন্দ্রীর্তি ঈশ্ববগী হাযবিবা ৬৪ চৌষ্টি রস অসিগী মনুংদা মাথুর বস অসি তশেংনা যাওবি। বৈষ্ণব গোস্বামীশিংগী আলকাব শাস্ত্রশিংদা অমুক তশেংনা তাকলি। শৃঙ্গাব বসকী মতাঙদা শৃঙ্গাব বস অনি থোক্লা খায়দোক্লমলি – "সম্ভোগ" অমসুং "বিপ্রলম্ভ"।

মাথুবগী শৈশক অসি হায়খ্রিবা বিপ্রলম্ভ অসিগী মনুঙদা লৈখ্রে। মদুদা নাযিকা অদুনা ওইরিবা বিবহ দশা অদুবু প্রবাস হাযনা খঙনৈ মদুসু অমুক ৮ থোকলি। মদুদি অনকপদা চৎপা লংফৈ ৫ – অরাপ্পদা চৎপা ৩ অসিনি।

অরাপ্পা চৎপা ৩ অদুদি – (১) ভাবি প্রবাস, (২) মথুবা গমন, (৩) দ্বারকাগমন অসিনি।

**ভাবি প্রবাস** – অক্রুরনা মথুরাদগী ব্রজদা লাক্তুনা শ্রীকৃষ্ণ বলরামবু শোইদনা পুখ্রগনি হায়বা খংলবী শ্রীরাধিকানা পুক্লিং ৱাখিবা থৱাই শোকপা ঈশৈনি।

**ভবন প্রবাস (মথুরা গমন)** – অক্রুরনা শ্রীরামকৃষ্ণবু দোল্লাইদা হাপ্তুনা পুখিবা মতাঙদা পুক্লিং নংঙাইমনখিদবদগী ঈকায়-ঈকি পুম্নমক থাদোক্তুনা গোপীশিংগা লোইননা দোলাই খাম্ন খাম্না চাকানা হায়হত্তুনা ব্রজগী লম্বিদা

ৱাষ্টদুনা তাহৌবা। অতাবা অউবা পুম্নমক ৱাষ্টবা মসিনি মণিপুরগী লৈপাক পুম্নমক্না তাজনিংবা মথুরা গমন – মাথুর হায়বদো। তশেংনা শেংদোক্কদবা ৱাফম অমনা – খুবাক ঈশৈগী শৈশক/খুবাক ঈশৈ হায়বসিমক্তবু – নৈমিত্তক শৈশকনি। চহী অমগী মনুংদা রথযাত্রা উপলক্ষদা শীজিন্নবনি। অতৈ মতম অমদা অতোপ্পা পূজা উৎসব অমদা শকউবা য়াদে। মনুঙগী Philosophy দা মানরবসু – ঈশৈগী শৈশক্তদি মণিপুরগী অসিনা খ্বাইদগী পুংহেন হেন্না লুই হায়বদা লানগনি নিংজদে। নট পালাগী দলনি হায়দুনা কলাকারশিংগী খুৎতা – কোর্ত্তাল – মণ্ডিলা – মাঙ্গং – ঝালনচিংবা – করিগুম্বা "ঘন বাদ্য" গী জাৎ অমতা পায়কবা য়াদ্রি। মরমদি ঃ–

"তালপ্রদানং হস্তেন যত্রাসৌ তালিকা ভবেৎ।
লাস্যং চ তাণ্ডবং চৈব তালিকায়াং দ্বযং ভবেৎ।।"

"তালিকা" (খুবাল ঈশৈ) হায়বসিমক্তবু খুৎনা তাল থাদুনা অদুগা লোইননা – হস্তক – নর্ত্তক মতিকচানা উৎকদবনি।

খুবাক ঈশৈদা শীজিন্নবা য়াবা – বিবহ রসসু – মশক নাইনা মণিপুরগী অবিবা শাস্ত্রশিংদা তশেংনা তাকলমলি ঃ– মদুদি –

"দশাবতার – বৃক্তদি – কৃথনং – ব্রজবাসিনাম – বিলপ শৈচতি
বত্তান্ত – দ্বয মত্র – প্রদশ্যতে।"

হায়বদি – শ্রীজগবন্ধুগী থৌগল অসিদা শক্লবিবা বস অসি – (১) দশাবতার; (২) অমসুং ব্রজবাসীশিংগী – বিবহ বিলাপ। হাযরিবা ব্রজগী বিবহ বিলাপ অসিবু বৈষ্ণব সাহিত্যদা অমুক য়াম্না পাকচাওনা লুনা লৈখ্রে – (ক) মাথুর – (খ) ব্রজবিলাপ – (গ) কুরুক্ষেত্রমিলন।

**ভাবানীধি মহাপ্রভুগী** – তেন্তকপা Mystic Philosophy হায়ববু – (১) নীলচলে মহাপ্রভু; (২) বথাগ্রে মহাপ্রভু; (৩) সুন্দরাচলে – গুণ্ডিচামন্দিরে মহাপ্রভু।

হায়রিবা নীলচলদা অমসুং সুন্দরাচলদা – শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভুনা দিব্যোন্মাদগী লক্ষনদা ফোংদোকপিরম্বা – "বিরহ-বিলাপ" – কী প্রলাপ বচণশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইরিবা – মণিপুরগী খুবাক ঈশৈনি। মহাপ্রভুগী থনুংদা ফাওরকপা – "রাই উন্মাদিনী" গী ভাবাবেশ লাক্লবা মতম মতম অদুতদা –

শ্রীমুখদগী থোকখিবা প্রলাপবচনশিংনি। বচনশিং অসি শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবগী লুরবা সংস্কৃত শ্লোক ওইনা ইতৌ তৌই। অতৈ অমনা খংঙবদা ৱাবা ঈশৈনি।

**স্বরুপ গোষাইতনা** – প্রভুগী কৃপাদগী খংজবনি। অদুগা মনুংগী মৌলিক তত্ত্বনা – শ্রীরুপ গোস্বামীগী কলমদগী খংবা ঙম্মি।

মসিগী শৈশক অসি – নিংথৌরেল কয়া কয়াদগী চৎনবকপা ওইনা – নিপাগী পালা অমসুং নুপী পালা – অনি থোক্লা চৎথরক্লি ঃ– নিপা পালাদা – "তাণ্ডবনৃত্য" অদুগা নুপীপালাদা "লাস্যগী" অমেংবা অথোৎপা মতিকচাবা "নৃত্য"।

হাযবিবা বিবহ বিলাপকী শৈশক অহুম অসিগী মনুঙদা "মাথুবনা" খ্বাইদগী হেন্না শাথিবনি হাযবসি শ্রীশ্রীচৈতন্যমঙ্গলগী শেষ খণ্ডনা সাক্ষি ওইরি। মদুদি ঃ–

"মাথুব বিবহভাবে মূচ্ছিতা হইলা।
সংবেদন নাহি প্রভুর ভেল তিনদিনে।।"

মথুবাগী বাজপন্থদা শ্রীমতি বাধিকানা ৱান্থদুনা তুখিবা মফম অদুমক্তদা মাথুবগী ভাবাবেশ লাক্তুনা মূর্চ্ছা ওইদুনা লৈজৈ। মথন্তা তুখিবনা নুমিৎ হুমনিগী মতুংদা চেতন লাকখি হাযবি। অঙকপনি প্রভুগী হৃদিদা ফাওখিবা "মাথুব" গী ভাবোন্মাদে !!

৯। **মৈতৈগী পুঙ-ঈশৈগী তালগী খোংথাং অমসুং মদুদা শিজিন্নরিবা ফীজেৎ-লৈতেংশিং।**

"গীতং বাদ্যং তথা নৃতং যতদস্থলে প্রতীষ্টিতম।।"

– পুঙ, ঈশৈ, জগোইগী শাদোং ওইরিবদি "তাল" নি।

"ত" কাবে শকঁর প্রোক্তো "ল" কারে পার্ব্বতী স্মৃতা।

– হায়বদি মহাদেবগী "ত" (তাণ্ডব), পার্ব্বতীদগী "ল" (লাইস্য); অনি পুল্লগা "তাল" থোকখিবনি হায়নৈ।

প্রাচীনযুক্কী ঈশৈ জগোইগী তালগী খোংথাংশিংদি – খন্বগী খোংথাং – অকনবা, পৃথ্বী নিকহনবা অমসুং থুগাইবা ঙম্বা তাণ্ডবকী অয়ৌবী খোংথাং

— ফিবম। ফৈ ফুক্তুনা থাঙ্গৎপা অদুদগী পৃথ্বী লৈমাইদা নিপা থোকপা অচেৎপা খোংফম তারক্লবা লাকনবদা খোংপাক্কী অমসুং খুনিংগী শরুক চোকশিন্না শিজিন্নবা খোংথাং।

থোইবীগী খোংথাং — আকাশ নিকহনবা অমসুং পৃথ্বী চিংশিনবা অদুমদি ওইবগা শৃঙ্গার রস ফোংদোকপা — "লাস্য" গী অতপ্পা খোংথাং শাথেক।

থোইবীগীনা খ্বাং থোৎপা — ফৈ ফাবা — খোংদোল খুদোলতনা যাংনা থেক্লা — নৌনা — লৈনা মওং মশক তোপ্প তোপ্প শিজিন্নবা খোংথাং।

খম্বা থোইবী অনিমকনা তিল্লগা যোগীঋষি ফাওবা ঙকহনবা অমসুং তাইবং শুস্কৎপা!

শুল্লপনা হাযববদা — প্রাচীন যুগকী জগোইগী খোংথাংশিংগী মনুংদা যাওরিবা মপুঙ ওইবা তালশিংদি — বিলম্বিত — মধ্য — দ্রুত একতাল; বিলম্বিত — মধ্য — দ্রুত দ্বিতাল; তিনতালগী জাং অমসুং অরিবা চারিতালগী জাং।

মধ্যযুগকী বঙ্গদেশ অরিবা পালাগী তালগী খোংথাং — মধ্যযুগকী বঙ্গদেশ অরিবা পালা কীর্ত্তণগী পুঙ — ঈশৈ — চোলোমগী খোংথাং — খোংচৎ — শাথেক — অকনবা — অথৌবা 'তাণ্ডব" কী মওংনা যামই। অথোৎপা অমেংবা "লাস্য" গী খোংথাং যামদে। খোংথাংগী তালদি — একতাল, দ্বিতাল, তিনতাল, রূপক, চারিতাল, দশকুশ, নামটাকা অসিনচিংবা।

**ফীজেৎ লৈতেং** — অরিবা পালাগী পুঙ মওং শাংই-চাওই। মখোল লূমই, লেম্মি; ঙংই। পালানা পায়রিবা করতালসু ঝালগী মনাওনিপা, অদুগা অনৌবা পালাগী হৌজিক্কী করতালগীদি ময়াম্বনি। মখোল ঝালদগী খরা থোৎপা মেংবা — **করতাল**দগীদি খরা হেন্না খেংবা। পুঙ অসিগা করতাল অসিগা য়াম্না যুড়া চাই।

**ফীজেৎতি — পুঙ য়ৈবসু — ঈশৈ শকপা দুহার পালাসু — ফৈজোম অঙৌবা গুঞ্জা থাদবা খ্বাংদা লংঙরাগী খ্বাংয়েৎ — অদুগী মথক্তা কোইনা ফারিবা**

খ্বাংনপ – ফিত্তা। খ্বাংনপ মখল অনি শুরি। শংবান্নবা মচুদা পাখংবগী অঙৌবা কব্রং ময়েক্লা লোল্লগা অঙাংবা মচুগী কব্রংনা লৈ ওইনা হৎপা – অসিনা "লৈপাকচাবা" পালাগী। অদুগা অমুবা মচুদা কব্রং অঙৌবনা পাখংবগী ময়েক থোকহল্লগা মদুগী মথক্তা মবক মবক্তা নাপু মচুগী লৈ শাৎপা অসিনা "সেবক" পালাগী। কোয়েৎতি পুঙ য়ৈবগীনা অপাবা অঙৌবা সলাই; ঈশৈ পালাগীনা কবোক খোইদুমগী মওংদা তাশিন্না (ফীজাং) যেৎপা। অসিদগী পুঙয়ৈবা ঈশৈহনবা দুহার খোম্বাংবগী নিংথৌনা পিবা খামেন চৎপা ফৈজোম, সনাখুজি, তাল।

১০। **মণিপুরগী রাস জগোই-ঈশৈগী তালগী খোংথাং** – মধ্যযুগকী মযাই চবুক্কী অদুবাইদা ফাওদোক্লকপা মৈতৈ রাস জগোইগী অঙকপা মওংনী তোঙান তোঙানবা তালনা পুবা খোংথাং মতাং অসিদা লোইনা শন্দোকনা হাযবা ঙমক্ষম থোক্তে। শুপ্লপ্পা হাযববদা রাসকী গোপীশিংগী জগোই খোংথাংশিংগী মনুংদা যান্না তোযনা শিজিন্নবসি খুনিংকাংবী, খুদোলনা শিৎচিল্লকপা, খোঙ অনি কাবন চনবা, খুদোল কাঙবা, কাবন হাযদোকপা, খোং ফুকপা, খোঙ হাইবা লৈবা, খোঙ থীনবা, চোংবা, খুনিং কাঙনা লেপ্পা, খুদোল কাঙনা লেপ্পা, লৈবা অসিনি। অকুবা মশক নাইবা তালদা তোংদুনা থাংবা খোংথাং ঙাকনি। মণিপুরগী মেনকুপ, চালি, তিনতাল, বাজমেল অচৌবা ফাওবা য়াওরি।

মেনকুপকী – ত্র্যশ্রজাতি একতাল - মাত্রা ৩ তাম্বা ১

| | ১ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| পবিং – | ধিন | তেন | তাঘিন |

**খতু জাতি একতাল - মাত্রা ৬ তাম্বা ১**

| | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| পরিং – | ধিন | S | তেন | তা | ঘিন | ধেই |

**চালিগীদি 'তিনতাল মেল' গা চপ মান্নে।**

হায়বদি মাত্রা ৮ তাম্বা ৩

| | ১ | ২ | ৩ | ৪ | | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| পরিং — | ধেন | তা | থেন | তা | । | তাঁ | থেন | তাঁখি | তাতা |

বাজমেলগীনা মাত্রা ৭ তাম্বা ২

| | ১ | ২ | ৩ | ৪ | | ৫ | ৬ | ৭ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| পরিং — | ধিন | S | ধিন | S | । | ধেন | খি | তা |

**শ্রীকৃষ্ণগী জগোই খোংথাং ঃ—**

শ্রীকৃষ্ণগী "রসবাজ" অমসুং "নট বাজ" গী খোঙথাং, মণ্ডং, শাথেক, ফিবম ইত্তোপ-তোপই। পুঙ্‌লোন অমসুং তাল অকবনি। খোঙথাংগী লয — বিলম্বিত — মধ্যদ্রুত; দ্রুত - মধ্য — বিলম্বিত; মধ্যদ্রুত বিলম্বিত; বিলম্বিত — দ্রুত মধ্য অসিনচিংবা মখল মখলগী। তালদি একতাল, দ্বিতাল, তিনতাল, চৌতাল। অদুদগী তেন্দনা **ব্রহ্মতাল, বিষ্ণুতাল** ফাওবা শিজিন্নবা যাওই।

**ব্রহ্মতাল** — মাত্রা ২৮ তাম্বা ১০

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
| পরিং — (গিনগব) | ধিন | S | S | গিনগব | ধিন | থেই। |
| | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ |
| | ধিন | S | S | গ্রুগ্র। | তাঁখি | তাংঘিন। |
| | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ | ১৭ | ১৮ |
| | ত্ততা | খিতা | তেন্তা | S | S | গিনগব। |
| | ১৯ | ২০ | ২১ | ২২ | ২৩ | ২৪ |
| | ঘিন্তা | খিতা | ঘিন্তা | তেন্তা। | খিতা | তাঁখিৎ। |
| | ২৫ | ২৬ | ২৭ | ২৮ | | |
| | তা | S | S | গ্রুগ্র। | | |

**বিষ্ণুতাল** — মাত্রা ৩৬ তাম্বা ৫

"আনন্দ বাজার" না অন্নপূর্না দেবীগী মশক ওইনা লৈরিবা - "পুরীধাম" অসিবু ঐখোইনা "শ্রীজগনাথ ক্ষেত্র" হায়না খণ্ডনরি। উৎকল দেশ অসিগী মনুঙদা থাইনদগী লেংবা য়াদনা লৈরক্লবা তীর্থস্থান ৪ গী মনুংদা শ্রীজগনাথ ক্ষেত্র অসি অমনি। অতৈ অহুম অদুনা - অৱাংদা লৈরিবা বৈতরনীতুরেন মপান্দা য়াজপুর পার্ব্বতী ক্ষেত্র; মৈরমদা সূর্য ক্ষেত্র অমসুং মোইরাং লাইজি পাংবদা শিবক্ষেত্র অসিনি। হৌজিক শ্রীজগনাথ ক্ষেত্রগী মনুংদা লৈরিবা শ্রীজগনাথকী মন্দির অসি উরিষ্যাগী বৈষ্ণব রাজবংসগী ৫ সুবা নিংথৌ অনঙ্গ ভীমদেবনা চহী ১৪ চংনা ৱানা লাক্লজদুনা খৃষ্টাব্দ ১১৯৮ শুবগী মনুঙদা কৎলম্বনি হায়বি। অদুদগী হৌজিক ফাওবসিদা পরম্পরা ওইনা শ্রীজগনাথ দেবগী "ঝাড়ুখণ্ড" গীসেবা কায়দনা পুবল্লি। মসিগী মনুংদা কাওবা য়াদ্রিবা অমনা শ্রীজগনাথগী মন্দির লৈরিবসিনা "নীলাচল" - অদুগা অৱাংলোমদা লৈখ্রিবা গুণ্ডিকা মন্দিরনা "সুন্দবাচল"।

2. Grandeur and
Importance as External
Abode of the "পুবষোত্তম" কৃষ্ণ - শিবগী মনাই কাশীরাজগী মবমগীদমক শ্রীকৃষ্ণগা মহাদেব অনি বৈভব শক্তি চাং য়েংনখিবা মতাঙদা মহাদেবগী "পাশুপত" কৌবা খুৎলাইনা শ্রীকৃষ্ণগী "সুদর্শন-চক্র" গী মমাংদা লেপ্পা ঙমদ্রদুনা চেনখ্রবদা - চক্রনা মহাদেব ফাদুনা কৃষ্ণগী নাক্তা পুরক্লবদা - মহাদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা চংজরে। শ্রীকৃষ্ণভগবান্না তাকপীখবে ঃ – "ঐহাক্না হায়বা ইল্লগনি হায়না যাবিববনিনা - মহাদেব মুন্না তারো খঙলো ঃ–

মদুদি –

"সিন্ধুতীরে বটমূলে নীলাচল নামে।
ক্ষেত্র শ্রীপুরষোত্তম অতিরস্য স্থান।
নিজ-নামে স্থান মোর হেন প্রিয়তম।
অহাতে যতেক বৈসে সে আমার সম্॥"

কৃষ্ণ ঐনা মুন্না খল্লগা - লেপখ্রবা ধামনি - লৈরিবা মফম্না নীলাচলদনি। সমুদ্রদগী ঈরাওখোল তাবা মফমনি। খ্বাইদগী হেন্না পামজরবা "শ্রীপুরষোত্তম ক্ষেত্র" নি। কলিগী ভক্ত বৈষ্ণবশিংনদি "জগনাথ ক্ষেত্র"

হায়না খওসনু। মদুনা ঐনা অমুক্তা হেন্না পেঞ্জবনি। অর্থদি জগৎকী তাইবংমী পুম্মক - জাতিকুল নাইদনা পূন্না তিল্লগদৌরি, ঐগী ঈমাংদা চান্নদুনা শকখংনদুনা বিশ্ব-প্রেম - শান্তিগী শীদউপাল থারগদৌরি। কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নিং কথোক্লবা, মপুক্নিংলুরবা - হিংসা থাদোক্লবা মীশিং অদুবু ঐনা লানবিদ্রবদা - "জগনাথ" কৌরুবগী করি মরম লৈরি। অসিনি।

অদুননে মহাদেব ! মহাপ্রলয়গী মতমদা জগৎব্রমাণ্ড পুম্নমক অসি নহাক্কী মহাকাল রুদ্র শক্তিনা সংহার তৌখ্রবদা হায়রিবা ঐগী "জগনাথ ক্ষেত্র" (পুরী ধাম) মাঙবা-কায়বা য়াদনা লৈহৌগদবনি - মসি খঙনা নহাক্না মতম পুম্নমক্তা ঙাকশেন্দুনা চেকশিন্না থমলগদবনি। মরমদি ঃ-

"সর্ব্বকাল সেই স্থানে আমারবসতি। প্রতিদিন আমার ভোজন হয় তথি ॥"

নংনা কাওবা য়াদবা ৱা অমনা - "তত্রান্ন - পাচিকা - লক্ষী ঃ স্বয়ং ভোক্তা জনার্দ্দনং। তস্মাৎ তদন্নং বিপর্ষি দেবতৈরপি দুর্ল্লভং ॥ কুক্করস্য মুখাদভ্রষ্টং মমান্নং যদি জায়তে। ব্রম্মাদৈরপিতদ্ভক্ষ্যং ভান্যতো - যদি লভ্যতে ॥"

লক্ষীদেবীনা হৌরিবা - ঐনা চারিবা "প্রসাদ অন্ন" অসে - গঙ্গাজলগী মতৌগুম্না পবিত্র ওইগদবনি - হুইগী খয়াত্তগী ওইরবসু মরীক অমতংত্তবু য়োৎচবা ফংজরবদি - পিতামহ ব্রহ্মানচিংবগীসু' "অহো ভাগ্যং" য়াম্না লাইবক ফরবনি হায়বদুনি। মসিতনা লোইবা নৎতেদো মহাদেব -

"নিদ্রাতেত্ত সেস্থানে সমাধি ফল হয়। শয়নে
প্রনামফল যথা বেদে কয় ॥
প্রদাক্ষিন ফল পায় করিলে ভ্রমন।
কথামাত্র যথা হয় আমার স্তবন।.
হেন সে ক্ষেত্রের অতিপ্রভাব নির্ম্মল ।॥"

(শ্রীচৈতন্য ভাগবত অন্ত্যখণ্ড)

ঐগী "জগনাথ ক্ষেত্র" ধাম অসিদা হিপচরিবা তূমজংরিবা - ভ্রমন তৌজররিবা, কথা তৌজররিবা মীশিং অদো - সমাধিনী, প্রনামগী, প্রদক্ষিনগী, স্তুতিগী ফলশিং অদু ইলাই লাইনা ফংজগদবনি।

(২) অসিগী মথংদা শ্রীজগনাথ ক্ষেত্রগী মগুণ অমুক থোইনা হেনগৎখিবনা - ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজগী মতমদা। নিংথৌ অসিনা জৈমীনি মুনিগা তান্নদুনা শ্রীজগনাথকী দ্বাদশ-যাত্রা-পদ্ধতি - লিংখৎখিবা মতম অদুদগীনি। মতাং অদুদা শ্রীজগন্নাধ দেব (প্রতিমা) গী শ্রীমুখবানী ওইনা তাকপিখরে - "জৈষ্টা মহঞ্চা বর্তীনং সুপুন্যং জন্মবাসরং। তশ্যাংমে স্পনং কুয্যাৎ মহাস্নানে বিধনত ঃ (স্বন্ধ পুরান)। জৈষ্টাং জৈষ্ট যুক্তগয়াং যঃপাশ্যেৎ পুরষোত্তমম্। কুলৈকবিংশমুদ্ধত্য বিষ্ণুলোকং স গচ্ছতি। (ব্রহ্মপুরান)। হায়বদি কালেনগী পুর্নিমাদো জগন্নাধ ঐগী ঈপোক নুমিৎনি - মহাস্নান তৌবিয়ু - মহারাজ ! ঐনা মহাস্নান তৌবদুদা দর্শন ফংজবা মী অদু মাগী পুরোন কুম্মাথোইগা লোয়ননা বিষ্ণুলোক য়ৌহনগদবনি।

অদুতসু নত্তে —

"স্নাতং পশ্যতি যঃ ব্রজন্তং দক্ষিনামুখম।
গুণ্ডিকা মন্দিরং যান্তংসে পশ্যান্তিরথাস্থিতম্॥
কৃষ্ণং - বলং - সুভদ্রাঞ্চ তে যান্তি ভবনং হরে॥৷"

রথযাত্রা নুমিৎতা (ক্ষেত্র অসিদা) "কৃষ্ণ-বলদেব-সুভদ্রা" অহুম অসিনা রথতা তোংদুনা গুণ্ডিচামন্দির তান্না চৎপা অদু উজরবা মীশিং অদু বিষ্ণুলোক ফংই। অদুদগী অমুকসু - "যে পাস্যান্তি তদা কঞ্চংস্বতাংনং মণ্ডলে স্থিতম। হরিংরামং সুভাদ্রাঞ্চ বিষ্ণুলোকং ব্রজন্তি তে।" ঐনা য়াম্বুং অমসুং সুভদ্রা লোয়ননা চয়োল অমা গুণ্ডিচামন্দিরদা লৈরিঙৈ মতম অদুদা ঐখোই অহুমগী মূর্ত্তিবু দর্শন ফংজবা মীশিং অদো বিষ্ণুলোক শোইদনা ফংগদবনি। অসিনচিংবা।

(৩) Mysterious Events of the days of ইন্দ্রদ্যুম্ন -মহারাজ - ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজগী মতমদা থোকখিবা অঙকপা পৃথ্বী ফাওখ্রবা ৱারী কয়া অমনা "জগনাথ ক্ষেত্র" বু "তাইবং শুদ্ধৎপা অথোইবা ধাম অমা ওইহল্লি ঃ — মদুদি যদুবংশ লোইরবদা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারিকাদা নিম্ববৃক্ষদা ব্যোধগী তেন্না থৌগন্দুনা স্বৰ্গাহরন ওইখ্রবদা - ভগবানগী ইচ্ছানা - হায়রিবা নিম্ববৃক্ষ অসি সমুদ্রগী ঈথক্না পুরক্তুনা পুরীগী সমুদ্র ঘাটতা য়ৌরকপদা - মংফাওননা খংজরক্তুনা ইন্দ্রদ্যুম্ননা - দারুক অসি লৌখৎতুনা - ব্রহ্মাগী কৃপাদগী - বিশ্বকর্ম্মা থারক্তুনা - জগন্নাথ - বলভদ্র - সুভদ্রা

অহুমগী প্রতিমা (মূর্ত্তি) শাখিবা - নুমিৎ শুদনা নিংথৌনা য়েংলুবদগী মপুং ফাদবা (লোইদবা) মূর্ত্তি ওইখিবা - ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌগী মচানুপী সত্যবতীবু শ্রীজগন্নাথদা বিবাহ তৌদুনা কৎপা - মমা মহারানী গুন্দিচা দেবীনা মচাইবেম্মগী লাইনিংফম য়াওংশঙগী মওংদা নীলাচলগী অৱাংদা লৈবা সুন্দরাচলদা গুণ্ডিকা মন্দির (গুঞ্জ বারী) শাদুনা থমখিবা - অদুদগী চহি খুদিংগী রথ যাত্রা নুমিৎতগী কাংলেনগী অয়ুক ফাওবা নীলাচলগী মনি মন্দির থাদোক্তুনা গুণ্ডিচামন্দিরদা শ্রীজগন্নাথনা শ্রীবলভদ্রা অমসুং সুভদ্রা লোইননা লেংসিন্দুনা লৈবা - সুভদ্রাবু পুজারী হাপ্তুনা চাক থোংবা তম্বিবদগী শোইদুনা হৌজিক "খেচুরী" হায়না খঙনরিবা - "মহাপ্রসাদ" অসি জগৎতা ফোংখিবা অমসুং হায়রিবা খেচুরী অসিনা শ্রীজগবন্ধুগী অথোইবা "মহাপ্রসাদ" ওইনা জগৎতা ফাওখিবা। মহাপ্রসাদ অসি ইন্দ্রদ্যুম্ননা মখুৎ ওইনা "ভ্রম তৌদুনা" লৌরুবদগী "মহাঅপরাধ" গী দণ্ডিগী মশক ওইনা মখুৎ ওই ককথৎতুনা লংথোকপা অদুদগী শ্রীজগন্নাথকী কৃপানা মন্দিরগী অকোইবদা রক্ত করবীর ওইনা হৌখিবা - অসুম তৌনা সেবা পুরকপদগী কলি চঙলকপদা মতম লোইরে খঙদুনা যুগ যুগ খুদিংদা অমাঙ অতা লৈররোইদবা "ভগবদভক্তি" গী অচেৎপা - খুদম কয়া - থনম্লগা - ভগবানগী কৃপাদগী যুগ মবি অমব ওইরবা - থেঙ্গুগী মশক লৌদুনা - হৌজিকসু - "ইন্দ্রদ্যুম্ন সবোবব" দা হিংদুনা লৈরি - ভগবানগী অমসুং ভক্তবৈষ্ণবশিংগী - সেবাগী মওংদা - অসিনচিংবা ৱারি - ময়াম অসিনা মৈতৈ বৈষ্ণবশিংগী থম্মোইবু মীরোল হেক খঙলকপদগী শিনবা তানবা ফাওবদা অতৎপা লৈতনা - "জগন্নাথ ক্ষেত্র" গী মাইকৈদা চিংশিন্দুনা লাক্লবনি।

(৩) Influence of Lord Gouranga : convversion of শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্র as the Centre of Mysitc Veishnabite Religion with His mysterous Intuitive philosophy of "ভক্তি-মাধুর্য্য-প্রেম" –

অসিগুম্বা অরিবা যুগকী অরিবা পুরান শাস্ত্র কয়াগী ৱাফম - য়াথং মতুংইন্না - ভারতকী হিন্দু বৈষ্ণব পুম্নমক্না - শ্রীজগন্নাথ দেববু - লুনা ভক্তি তৌজরকপনি - কদাইফাওবা ? - চৎলিবা কলিযুগ অসিগী প্রথম সন্ধ্যা হৌরকপা ফাওবা। অদুদগীদি "বায়ু পুরান" গী ৱা ঈকাই কাঈদনা য়াওরকলে; - মদুদি

**"কলেঃ প্রথমমসন্ধ্যায়াং লক্ষ্মীকান্তো ভবিষতি।**
**দারুব্রহ্মা সমীপস্থঃ সন্ন্যাসী গৌর বিগ্রহ ঃ॥**

হায়বদি - শ্রীকৃষ্ণভগবান মশামক্না - শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা নরাকার রুপ লৌদুনা, শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা আবির্ভাব অথুপ্না (কবচ) সন্ন্যাসীগী রুপ লৌদুনা **"শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য"** হায়বা মিংথোল অমা লৌরদুনা লেংলকলে নীলাচলদা - শ্রীদারুব্রহ্মা ভগবান - শ্রীজগন্নাথকী নাক্তা - "দীন হীন কাঙ্গাল" ভিক্ষুক ওইনা লৈবিররে। অহানবদদি - চিংনরুবনি - মহাক্কী মহাপাত্র সার্ব্ব ভৌম পণ্ডিতনসু - থৌওইরুদবনি। মদুদগী মনাইশিংগী মপুকনিঙগী চিংনবা কোক্লকপা - "শুদ্ধভক্তি" ফাওরকপা মতাং অদুদদি - কৃপা পীনবিদুনা লানবিখরে - মনাই প্রতাপ নিংথৌদা "ষড়ভূজমূর্ত্তি" গী দর্শন পীখ্রে। -

"ষড়ভূজ শরীর দেখি শ্রীপ্রতাপরুদ্র। আনন্দে বিহবল - ভাসে প্রেমের সমুদ্র"। অদুগা মন্ত্র অমা তাকপিরমলে - "নিজ অনুমান করি সে জানে সবারে। সেই সে কৃষ্ণের দাস কহিল তোমারে।" জীবপুম্নমকপু - চপমান্ননা নুংশিবিবা জাতিকুল য়েংলুদানা চান্নবা ঙমদ্রিবা মী অদু ফনা চাওবা ওইদুনসু' (ঐগী) "কৃষ্ণদাস" হায়বদুদি নত্তে। অসুম হায়না রুদ্র গজধিপতি প্রতাপ নিংথৌদা অচুম্বা বিশ্ব-প্রেম-তত্ব" তাকপিখিবসি শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদনি। মনাই সার্ব্বভোমদা তাকপিরম্বনা - "বেদে নরাকত্রিব্রহ্মা শাস্ত্র জনাইলে। তুমি তাহা নাহি মান আত্মবুদ্ধি বলে। কীর্ত্তন নিন্দা কর তুমি সে অধম। কীর্ত্তন মহিমা ভাগবতে কয়। বৈষ্ণব মহিমা সবশাস্ত্রের প্রমানে। তুমি শাস্ত্র নাহি মান কোন শাস্ত্র ভজানে॥"

স্বয়ং ব্রহ্মা ভগবাননা তাইবংমীগী মূর্ত্তি লৌদুনা - "নরলীলা" য়াওরবসি ভগবানগী স্বতন্ত্র ইচ্ছানি - শ্বাস্ত্রপুম্নমক্তা তাকতুনা লৈখ্রবনি। ভগবদ গুণ-নাম-কীর্ত্তনগী মহিমাসু ভাগবদতা তাকখ্রে - বৈষ্ণবমহিমাগীসু - শাস্ত্র পুম্নমক্না প্রমান ওইখ্রে - **হায়রিবা ভগবদকৃপাদগী থোক্লকুবা শাস্ত্রশিং অসি নংনা য়ানিংদববু নংগী অথঙবা শাস্ত্র করি লৈরি ?**

অসুম হায়না হংবদগী - খুমবা ঙমখিদবা সার্ব্বভৌমবু চরনগী কৃপা পীবিদুনা স্বয়ং ভগবান মহাপ্রভুনা জ্ঞানীশিরোমনি মনাই সর্ব্বভৌমবু অওইবা অশেংবা "ভক্তি-তত্ব" তম্বিখিবসি - শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদনি। অদুদগী অমুকসু

- সার্ব্বভৌম অমসুং মনাওনিপা বিদ্যাবাচষপতি অনিমক্তা পূন্না তাকপিরম্বনা - "দারু জল রূপে কৃষ্ণ প্রকট সমপ্রতি। দর্শন স্নানে করেণ "জীবের মুকতি" দারুব্রহ্মারুপে সাক্ষাৎ শ্রীপুরুষোত্তম। ভাগরথী সাক্ষাত হন জল ব্রহ্ম-সম॥" কলি অসিদদি শ্রীকৃষ্ণ হায়বদো - "দারুব্রহ্ম" অমসুং "জলব্রহ্ম" গী রূপ লৌখ্রবনি। "দারুব্রহ্মা" রুপনা সাক্ষাৎ শ্রীজগন্নাথ দেব। "জল ব্রহ্মা মূর্ত্তি" না শ্রীভাগিরথী গঙ্গা। অদুনা গঙ্গাস্নানগী গুণনা শ্রীনবদ্বীপতা শ্রীমূর্ত্তিদর্শনগী অথোইবা পুন্য ফলনা শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদা অসিনি।

(৪) Secret meaning of Rath Jatra Enjoyment of Dual nature by the Lord (Jagannath) as disclosed in the "দিব্যোম্মাদ" mystic activities of Lord Gouranga – ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজগী মতমদগী চৎথরক্লবা শ্রীজগন্নাথগী "রথ যাত্রা" গী অথুপ্পা মনুঙগী অর্থ কনাসু খঙলমদে হায়বা য়াই। শ্রীজগন্নাথ মশামক্লা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য দেবগী মূর্ত্তি লৌবিদুনা নীলাচল - গুণ্ডিচাবিহার - তৌবিররবা অদুতদা মনাই ভক্তশিংদা কৃপা পীবিদুনা তাকপিরম্বনি - "শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্র" অসিদনি ঃ–

"বহির হইতে করে রথ যাত্রা চুল। সুন্দরাচল যায় প্রভু ছুড়ি নীলাচলে॥
গোপীসঙ্গে যতলীলা করে উপবনে।
নিগূঢ় কৃষ্ণের ভাব কেহ নাহি জানে॥"

* * *

"এই মত ভক্তগনে যাত্রা দেখাইল।
ভক্তগন লৈয়া বৃন্দাবন কেলি কৈল॥"

(শ্রীশ্রীচৈতন্য চরিতামৃত)।

মরমদি - নীলাচলদা - শ্রীপুরুষোত্তম জগন্নাথনা শ্রীলক্ষ্মী ঠাকুরানী লোইননা চহীচুপ্পা দ্বারকা-বিহার-তৌবসিনদি অপেনবা ওইদে - বৈভবলীলানে - চহী অমগী মনুংদা অমুক্তুংতদি - সুন্দরাচলগী গুণ্ডিচা মন্দিরগী উপবনদা - মাদুসু অমুক যোগময়াগী শক্তিনা - বলভদ্র - সুভাদ্রবু খংহন্দবনি। কাংগী নুমিৎ নিপালনি অসি ইন্দ্রদ্যুম্নগী মজা ইবেম্মা সত্যবতীগী পূজা-উৎসব লৌবিরবনি হায়বা অসিতনি - মপানগীদি। মসি পুম্নমক অসি পুরীধামগী প্রসঙ্গনি। মসিগী অরুবা তত্ব-অর্থ মহাপ্রভুনা মনাই অন্তরঙ্গ ভক্তশিংদা তাকপিখিবনা - রথকী মমাঙদা অদুগা গুণ্ডিচামন্দিরগী উপবনদা

ব্রহ্মা-শিব-নারদমক্না খংবদা ৱারবা - "দিব্যোন্মাদ" গী শক্তমশিং (mystic visions) বিশেষ ওইনা - রথযাত্রাদা য়েংবা য়াওজবা লাকচবা গৌড়দেশগী বৈষ্ণব-ভক্তশিংদা মখোইনা হল্লমদাইদা মহাপ্রভুনা শ্রীমুখবানীনা তাকপিখিবদি ঃ–

"প্রতিবর্ষে আইস সব আমারে দেখিতে।
তোমার সবার সঙ্গ-মুখ-লোভ কঢ়ে চিত্তে ॥
সন্ন্যাসী - মানুষ মোর নাহি কিছু ধন।
কি দিয়া তোমা সবার ঋণ করিব শোধন ॥
দেহমাত্র ধন মোর কৈলু সমর্পন।
তাহাই বিকাই সাহা বেচিতে তোমার মন ॥"

"শ্রীজগনাথ ক্ষেত্রগী চহি খুদিং কায়দনা তৌরিবা "রথযাত্রা" য়াওবিরো - চাতুম্মাস্যগী লীলা যাত্রা য়েংবিরো - ঐমক্না নিমন্ত্রন তৌজরি। "শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য" কৌবা লাইরবা সন্ন্যাসী ঐগীদি করি অতৈ পীনিংঙাই লৈজদে। লাক্লিবা নখোই খ্বাইদা নখোইগী শুদ্ধাভক্তি চেনবা থম্মোই অদুতবু লৈজগে - মদুগী মমল ওইনগে হায়দুনা থল্লিবা - "ঐহাক্কী দেহনি" হায়না তশেংনা তাকপীরম্লগা কলি চঙলকপা উবদগী শ্রীগৌরাঙ্গ ভগবাননা **শ্রীপুরুষোত্তম জগন্নাথগী শ্রীঅঙ্গ মনুঙদা বিলীন ওইখ্রিবসি** - শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রগী - গুন্দিচামন্দিরদনি। তেন্তকপা ৱাহৈদা - লোইশিঞ্জরগে - মদুদি - শ্রীপুরুষোত্তম জগন্নাথ ক্ষেত্রদা কলি ভগবান চঙজগে - শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ন্যাসি শিরোমনি - থেংনগে তৌজববু য়াখিদ্রে করিনা "চতুর্ব্যূহমূর্ত্তি" ওইরিবা জগন্নাথগী অঙ্গদা থুপ্পুনা লৈবা-নাক্তা-পুরুষোত্তম কৃষ্ণ ভগবানগী "বিষ্ণুচক্র" না ঙাক্লিবা ?? কলিদি থম্বীখো যমরাজবু নকশিনবা য়াদদনা ক্ষেত্রগী মপান্দা অঙাওবগুম কোইচৎ চৎতুনা শ্রীজগন্নাথগী য়াথং ঙাইজরিবনি। (cf. শ্রীশনীচৈতন্য-মঙ্গল)

Loklaobung, W. Chaoba Singh
Imphal, 3rd December, 1969 (Ex-Darbar Member)

## স্নান যাত্রা

ঐখোই মৈতৈমিচাশিং অসি জ্ঞান হেক তারকপদগী হৌনা "স্নান যাত্রা" হায়বসিগী মমিং তারকলবা ঙাকনি; অদুবু মসিগী মরমদা থাঙ্গৈশেংনা কনাগুম্বা নিপা-নুপী অমনা মুন্না হেক হংজিল্লক্লবদি, খুম্বদা য়াম্না নুংঙাইতবা মতাং য়াওরকই। চহি খুদিংগী চৈরাওবা মতুংতদা; অদুগা রথযাত্রাগীদি মমাংদা "স্নান যাত্রা" হায়বসি, ইম্ফাল সহরগী মনুংদা লৈবা, শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মনাক নকপা লমগী মী খরতনা, নোংমা নিনিদং মুরুম মুরুম খরা তৌনরম্লগা, লৱাই থৱাইগী অরাপ্পা লমগী মীশিংনদি, মুন্না শেংনা খঙবা ইয়া য়াদনা লাকলিবসি, শ্রীযুৎ স্যার চূড়াচান্দ মহারাজনা পানবদগী শ্রীযুৎ ওকেন্দ্রজিৎ মহারাজগী সনাহাক্তক অসি ফাওবনি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। লুখ্রবা "পূজা-উৎসব" অসিবু লৈপাক পুম্নমক্তা নুপী অঙাং ফাওবদা খঙহল্লমদ্রিবসিমকসু, ওম্থোক্লা ঙকখ্রবা অমন। মসি অসুম্না য়ৈশিন্দুনা থম্বগী মহুত্তা, নুপী অঙাং লৈপাক প্রজা খ্বাইপুম্বনা মুন্না খঙজনবা ফোংদোকপনা, মণিপুর ঐখোয়গী য়াম্না ফবা অমা ওইগনি। মরমদি - "স্নান যাত্রা" হায়বসি শ্রীজগবন্ধুনা "স্নান" তৌবা - চাইথবনি। নুমিৎ জৈষ্ঠ (কালেন) গী পূর্নিমাদা; অদুগা হায়রিবা "জৈষ্ঠ পূর্নিমা" - অসিদনি শ্রীশ্রীজগন্নাথনা অবতীর্ন ওইখিব। হায়বদি "স্নান যাত্রা" হায়বসিমক্তবু শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী "জন্মদিন" নিংশিংবগী মশক ওইরবা, হিন্দু বৈষ্ণবশিংগী কাওবা য়াদ্রবা, থাইনদগী চত্থরক্লবা অরুবা "পূজা-উৎসব" অমনি। করি মরমদগীনো হায়বদু, মণিপুরগী শ্রীশ্রীগোবিন্দগী সেবাদা আত্মা উৎশর্গ তৌবিরম্লবা, নিংথৌরেলশিং অমসুং শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্মাসভাদা চংখোন্না লৈতেংবিরম্লবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংতনা, য়াম্না চেকশিন্না লুনা থম্বিরম্লবা লাইরিক লাইশু কয়াদগী তশেংনা খংবা ঙমগনি। হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী মনুংদগী মরু ওইনা শীংথানবা য়াবসি, স্কন্দপুরান, ব্রহ্মপুরান, যাত্রা তত্ত্বনচিংবা অসিনি।

২। "স্কন্দ পুরান" না হায়রবিনা - উরিষ্যাগী ইন্দদ্যুম্ন মহারাজনা শ্রীজগন্নাথগী প্রতিমা স্থাপন তৌরবদা, মসিগী পূজা-সেবা-পদ্বতি গী মরমদা য়াম্না খংজনিংদুনা লৈরিঙৈদা, ভগবানগী ইচ্ছাদগী জৈমিনি মুনি লেংলকলে। ইন্দ্রদ্যুম্নগা মুনিগা মপু মনাইনা - চহি অমগী মনুংদা, নিংথৌনা শ্রীজগবন্ধুদা কৎফম থোকপা - থা তরানিথোইগী পূজা উৎসব - "দ্বাদশ যাত্রা" গী

মরমদা য়াম্না চেকশিন্না লুনা ঙাংনরিঁঙেদা শ্রীজগন্নাথগী স্বয়ং প্রতিমা অদুমক্লা ইন্দদ্যুম্নরোমদা ওনশিল্লক্কুনা কৃপাগী মিৎয়েংনা য়েংবিরগা তাকপিখি - "হে পুকফবা লাইনিং চেৎপা নিংথৌরেল ! জৈষ্ঠ (কালেনগী) পূর্নিমা অদো ঐগী "জন্মবাসর" ইপোক নুমিৎনি। থক কাওগনু। পুন্য চেল্লবা নুমিৎনি। মতিকচাবা অধিবাস পূজাগা লোয়ননা বিধিচুম্না ঐহাকপু "মহাস্নান" তৌবিয়ু। মসিদা য়াওজরিবা ঐবু উজরিবা মীশিং অদুগী মশাদা লৈরিবা পাপ পুম্নমক কোকহনগনি –

"জৈষ্ঠ স্নানমিদং কৃত্বা দৃষ্টাবাপি প্রমুচ্যতে" মসিনা "স্কন্দ পুরান" গী ৱানি।

ব্রহ্মপুরানগীনা – "জৈষ্ঠাং জৈষ্ঠক্ষ যুক্তায়াং যঃ পশ্যেৎ পুরুষোত্তমম্। কুলৈকবিংশমুদ্ধৃত্য বিষ্ণুলোকং স গচ্ছতি"। হায়বদি - জেষ্ঠ নক্ষত্রনা তিনবা পূর্নিমা অসিদা শ্রীজগবন্ধুগী দর্শন ফংজবা মী অদো মাগী শাগৈ (পুরোন) কুনমাথোইবু চিংখত্তুনা বিষ্ণুলোক য়ৌনা স্বর্গ কাবা ফংজগনি। ব্রহ্মপুরান অসিমক্কী মতাং অমদা অমুক হায়রিবনা - "তস্মিন্ কালেতু যে মর্ত্ত্যাঃ পাশ্যন্তি পুরষোত্তমম্। বলভদ্রং সুভদ্রাঞ্চ স যাতি পদমব্যয়ম"। মসিনা অমুক তাক্লিবনা - "স্নান যাত্রা" হায়বসি শ্রীজগন্নাথ মতোমতগী নৎতে - বলভদ্র সুভদ্রা অনিমকসু য়াওরি। থাঙ্গৈশেংবমকসু জগন্নাথ-বলভদ্র-সুভদ্রা অহুম অসি থাদোক্লবা ইয়া য়াদবা মওংদা লৈরকলি। শ্রীভগবানগী শক্তি অহুমগী মূর্ত্তিমা ওইনা লৈরি। "স্নান যাত্রা" হায়বসিমক্তবু জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী অহানবা হৌরকপা ওইগনি। মসিগী নুমিৎ অসিদা শ্রীক্ষেত্রগী মন্দিরগী প্রাঙ্গোন্দা রত্নবেদী অমদা লাই অহুম অসি লেংথোক্তুনা, ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজনা কৎলম্বনি হায়রিবা - "মার্কণ্ড সরোবর" গী শুদ্ধজলনা, তাংলবা ফঙমদ্রবা চন্দন মখল কয়াসু য়াওনা, শাস্ত্রগী বিধান মতুংইন্না "মহাস্নান" কৎলিবনি। মদুগী নিংথিবা মওংদি ক্ষেত্রদা দর্শন ফংবিরবা মণিপুরগী ভক্ত বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংনা হেন্না খংবিগনি।

৩। মণিপুরগী কোনুংদনা নুমিৎ অসিদা অয়ুক অঙনবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা অধিবাস পূজানা মাংওইননা কৎলগা, মন্দিরগী মাঙ্গোলদা জগন্নাথ-বলভদ্র-সুভদ্রা অহুম অসি লেংথোকই। শুদ্ধজল, গঙ্গাজল, পঞ্চগ্যব্য;

পঞ্চামৃত, সধ্যোষধিনচিংবা খিবিক অসিনা পোৎচং ওইদুনা ব্রহ্মানপুরোহিত পণ্ডিতশিংনা "পুরুষ সুক্ত মন্ত্র" থীদুনা শ্রীজগবন্ধুগী "স্নান পূজা" অসি মণিপুর নিংথৌগী লৈপাক্কী মঙ্গলগীদমক কৎলি। মসিদা ইম্ফালগী মাইকৈ মরিদগী সাধু বৈষ্ণব, নুপী নহা কয়া লাক্তুনা পুক্নিং তশেং তশেংনা ভক্তি কৎচররি। অদুগা খুল্লক্তা লৈবা নিংথৌলাই কয়াগী মন্দিরদসু মহৌশাদগী পরমপরাদগী চৎনরকপা মওংদা – "স্নান যাত্রা" গী পূজা সঙ্কীত্তন - থৱাই য়াওনা কৎনরি।

স্নান যাত্রা অসিনা লৈপাক মীয়ামগী য়াম্না কান্নবা অমা ওইরিবনা, চহি অমগী থা তরা হেন্না কাওথোক্কুরবা, শ্রীগোবিন্দগী "রথ যাত্রা" য়াম্না নকশিল্লক্লে হায়বা তশেংনা মতমচানা তাকপি। অওইবমকসু - ক্ষেত্রদদি - স্নানযাত্রা নুমিৎ অসিদগী ঈশ্বর অহুম অসিগী লাক্কদৌরিবা রথ যাত্রাগী অঙ্গরাগনচিংবা পুম্নমক্কী থৌরাংবা হৌনৈ। অশোই-অঙাম পুম্নমক মসিগী নুমিৎ অসিদগী শেমগৎ-শাগৎপা হৌনৈ।

স্নান যাত্রাগী নুমিৎ অসিদা কনানা গঙ্গাদা স্নান তৌজে। কনানা শ্রীসত্য নরায়নব্রত কৎচৈ। নুমিৎ অসিদগী শ্রীজগন্নাথ-বলভদ্র-সুভদ্রাগী মাইথোং মক্কা লাম্বা হৌই। অশোল অনা কয়াগী খাংঙমদবা অৱাবা ৱাখলনা কুপ্তুনা লৈরম্বা থম্মেইদা, আত্মা শান্তিগী ঈথক হৌহন্দুনা, অমাং অতা লৈত্রবা মপাল নাইদ্রবা ভগবৎ প্রেমগী সমুদ্রদা তাওহল্লি।

অঙকপনি শ্রীজগবন্ধুগী কৃপা শক্তি !

ইম্ফাল,
তাং ১৫। ৬। ৬৫

ৱাইখোম চাওবা সিংহ
কষ্টমস সেক্রেটরি,
পেলেস ওফিশ

## ঝুলন যাত্রা

১। ঝুলন যাত্রা হায়বসি হৌজিকমসু ভারতকী করি করিগুম্বা মফমদা মুন্না খঙবিরমদবা য়াই। মণিপুরদদি মীরোল হেক খংলবা অঙাং ফাওবনা খঙদবা লৈতে। কাং লোইখ্রবদি ঝুলোন লাক্লগনি - ঝুলোন মতুংদদি কৃষ্ণজন্মনি

অসিনচিংবগী হিসাব অসি নুপীমচা নিপামচাশিংনা য়াম্না মুন্না খঙনরিবনি। কাওবা লৈতে। চহি খুদিংগী থোকপা মৈতৈ ঐখোয়গী অচৌবা উৎসব অমনি। শ্রীগৌড়ীয় বৈষ্ণব সম্প্রাদায়গীদি থাদোকপা য়াদ্রবা পূজা উৎসব অমনি।

শ্রবন (ইঙেল থা) গী শুক্লা তৃতিয়াদগী পূর্নিমা ফাওবা নুমিৎ ১২ নি সনা কোনুংগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী ঝুলন - অদুগা শুক্লা একাদশীদগী পূর্নিমা ফাওবা ৫ নিনা খুলক্কী।

২। মশীং থাবদা লোইবা নাইদ্রবা নুপী পালা নিপা পালা অমসুং মওং অতৈ অতৈগী ঝুলন রস শকপা পালানা মতিকচাবা ফিজেৎ লৈতেংগা লোইননা থৌগঞ্জবা অফাওবা মণিপুরগী শ্রীরাধা গোবিন্দগী ঝুলননি। ওল্লাংথাগী নুংশাগী মৈশানা চাকথেকলম্বা নোংনা নোংজুথাগী ফুদেকপিরম্লবা অশোন অনা কয়াগী মতুমমাং খীঙজরক্লবা মতমনি। তাইবং শুম্ফৎপা শরৎ ঋতুনা চংলকলমদাইগী পুক্লিং নৌহৌনরবা মতমনি। প্রকৃতি দেবীনা মণিপুরগী কুঞ্জকানল খুদিংমকপু ঋতুগী মতম চানা ফাওরক্লবদা হৈরাং লৈরাং খিবিকনা লৈতেংবিবা মতমনি। মৈতৈগী মাগুব খুদিংদা শ্রীগুপ্তবৃন্দাবন অমসুং ব্রজবৃন্দাবনগী কুঞ্জ নিকুঞ্জ। মখল মখলগী মওংদা শেম শারবা দোলগী থৌরাং। কাংগী জয়দেব - **নিঙোলগী পালীদা মথৱাই পেলহৌদবা কাঙবুনা "ঝুলোনদা খঙগনিদনা" হায়দুনা ফোংনা ঙাইনরি** : জয়দেবতা হৈনদবা খুৎপুনা নুপী পালাদা মণ্ডিলাগী চাং য়েংনগদবগী থৌরাং তৌনরি। অদুদগী পেন্দদুনা ঝুলনগী মাগুবতা রাস কৎহৌগদবগী থৌরাং তৌনরিবা কাংবু কয়া কয়া। নুপীমচাশিংগী, লৈশাবীগী, মৌগী, হনুবীগী তোঙাল তোঙানবা পালাগী তোঙাল তোঙানবা ঈশৈ - তোঙাল তোঙানবা ফীজেৎ খুৎপু অমনা ফনেক মপান নাইবা - অমরোমগীনা সারি কাংবু - মৌগীনা পুঙৌ ফনেক - অমগীনা মহৌশাগী ঈশৈ, অমরোমগীনা মনোহর শাই - বৈষ্ণবশিংগীনা লালসা - পরেং। অসিনি। লৈকাই খুদিং য়ুমথোং খুদিং অহল্লম্মন্না মহৌশাদগী থম্বিরম্লবা মণ্ডিলা পুথোক্তুনা ঝুলোনগী ঈশৈ ঔরাইনরকপা মতমনি। কাঙবু অমনা "ঝুলে ঝুলে" - দল অমনা "ভয়ে-এর্কী-পে-তনু" - কনা অমনা "দেখ রাধা মাধব" - কনা অমগীনা "শুক বোলে শুন

শারী"। পালা অমগীনা "অনাথিনী মত জানি; অতোপ্পা অমরোমগীনা "জন্মে জামান্তরে" মশীং থাদুনা লোইবা লৈতে মণিপুরগী ঝুলনগী পালা। মাগুব অচৌবশিংগী ঈশৈগী চায় পাইথোক্লরকলে। বার্ত্তোন অমগা অমগা নন্নবা - পুংফম - ফাঙনবা মরমদগী পূঙ য়ৈবা ঈশৈ শকপা, দুহার চৎপা ওজাশিংগী কোক ঙাওনবা মতমনি।

৩। অসুক ৱাই চিনবা - মতম মাংবা - শেলতিংবা থৌদোক অসিদা অসুক ৱানা মৈতৈনা থৌরাংইবা করিগী ? থিংবা ঙমগদরো ? থিংফম থোকপরো ? অরুবা ৱাফমনি। **শ্রীগোবিন্দ নিরুপনদগী চহি ২৫০ হেন্না মৈতৈগী ঈদা তোংদা চঙখ্রবা শ্রীরাধাগোবন্দিগী নিত্য অমসুং নৈমির্ত্তক লীলা রসগী প্রেম সমক্রুদা তাওদুনা তাইবং পুন্সি লেনবগী দীক্ষামন্ত্র ফংখ্রবা মৈতৈ জাতিগী পুকনিং হোংল্লকদরা** ? হন্দক্কী কলি যুগ অসিদদি থাজদে। অসিগী মথক্তা কলচরেল ওর্গেনাইজেসন অমসুং দিভলপমেন্টকী মতম অসিদা চহী মথাং কয়া চারোল শুরোন কয়া - মতম চংনা অমসুং নামৎ শিৎনা লাক্লদুনা তানশিন্দুনা মৈতৈ ঐখোয়গী লাইগুরুশিংনা থম্বিরম্লবা মৈতৈ জাতিতগী মরল ওইজরবা ঝুলনগী পুং-ঈশৈ-জগোই মথোং খংদনা মরম চাদনা - তোকপা য়ারোই। ৱাখল অসোমদগী য়েংলবদি ঝুলনগী - ধুম ধাম থাক থাক য়াম্না হেনগৎল্লদৌরি হায়বমক য়াই। নিপা নুপীগী পুঙ ঈশৈ জগোইগী চহি চহি চাং য়েংনবা পরিক্ষা অমা ওইনসু চৎথনরকলি - মসিদা মতিকচাবা অফবা কয়াগী মমিং খংনরি - ফাওনরি।

৪। অসি পুম্নমক অসিগী মনুংদা অরুববু মৈতৈ ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী থম্মোইবু অকাওবা লংশেকপা য়াদ্রবা অরুবা শাথিরবা লাইনা অমগুম্না ৱাখল অমনা ইচাও চাওনা ইঙাও ঙাওনা পুদুনা তাইবং পুন্সিগী পম্বুংফমগী মাইকৈদা কন্না চিংদুনা হোইদুনা পুবগী মওং ওইরি। মখোই অসিগী ৱাখল অমসুং মিৎয়েংদদি **গৌড়ীয় বৈষ্ণব গোস্বামীনা তাকপিবা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী উজ্জ্বল মধুর রস হুম্ফুমরিগী মনুংদা মশক নাইনা লৈখ্রবা "সমপন্ন-সম্ভোগ" কৌবা রসনা থৌগলবা ঝুলন লীলানি। ব্রজগোপিকাশিংনা তাকপিরম্রবা - শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা শ্রীগোড়ীয় বৈষ্ণব গুরুশিংনা তাকপিরম্রবা রাগানুরাগ - ভজন পম্বাবু থাদোকচবা ঙম্রোইদবা মৈতৈভক্ত বৈষ্ণবশিংগী অরুবা ধর্ম্মগী উৎসব অমনি।**

(১) চুপচরিবা রসদি - শ্রীগৌরাঙ্গগী ঝুলন লীলা রসগী মনুংদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী ঝুলন লীলাগী রসনি ঃ–

"গীরত-জানি ধনী-করলহি কোর।
ও তনু- তরুন তমাল ! ইহ- হেম যুথি - রসাল !!
ও মুখ পদাম্বিনী - সাজ ! ইহ - মন্দল - মধুকর রজে !!
বিলসতি - দোলা - পরি - বনমালী।
তরল - সরোরুহসি - রসি যথানি ॥
জয়তি সনাতন - রস পরিপালী ।॥"

(২) ইঙ্গরিবা পন্থা ঃ – ভজন পন্থাদি ঃ –

"জয় জয়, রাধা গোবিন্দ দেব।
শীল ভাগ্যচন্দ্র, নৃপ-বর-সেব ॥
নিজদাসীগননে, মামপি গনয় ।॥"

শ্রীৱাইখো চাওবা সিংহ
লোক্লাওবুং ২৬।৭।৫৯

## বৈষ্ণব কবি "জয়দেব"

ভারতক্কী বৈষ্ণব-ধর্ম্ম-মণ্ডলদা শিদ-উপাল থাবিরম্লবা বৈষ্ণব কবি গুরুশিংগী মশীং য়ামখ্রে। কবি গুরুশিং অসি মানা মানা লেংলম্বা ইরম্বা লোলগী মতুংইন্না চাওরাক্লা কাংলুপ মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি ঃ– (১) সংস্কৃত ভাষাগী বৈষ্ণব কবি; (২) ব্রজভাষা হিন্দিগী কবি; (৩) মৈথিলী প্রাকৃতকী কবি; (৪) বাঙ্গলা-উরিয়াগী কবি। অসিগী মথক্তা ভারতকী মনুংদা চৎনরিবা লোল অতৈ কয়াদা ইরম্বা বৈষ্ণব কবি কয়া কয়া লৈখ্রি। অদুগা অমুক কবিশিং অসিনা ইবিরম্বা কাব্যশিং অদুগী তোঙান তোঙানবা মওং অমসুং বিষয় মতুংইন্না কাংলুপ কয়া কয়া অমসু থোক্লা খাইবা য়াই। মদুদি ভাগবত পুরানগী মওংদা ইবা কবিশিং; কাব্য মহাকাব্য ইবা কবিশিং ঃ

অভিনয়-নাটক-লীলা ইবা কবিগী জাৎ। অদুদগী অমুক ভারত ইতিহাসগী মতুংইন্না য়েংলুরগা ভারত্তা মুসলমান না পাল্লব্রিঙৈগী মতমগী

বৈষ্ণব কবি; মুসলমান্না পানবা মতমগী কবি; মুসলমান রাজত্ব লোইখিবদগী হৌজিক ফাওবা চৎথরকলিবা মতমগী বৈষ্ণব কবিশিং। অদুম অদুম ওইনমক, গৌরভক্ত বৈষ্ণবশিংগীদমক্তদি হায়রিবা বৈষ্ণব-কবি-গুরুশিং অসি অতোপ্পা মওংগী কাংলুপ অহুমতদা খাইদোকপা য়াই ঃ মদুদি - আদ্য (ancient); মধ্য (Medieval); অমসুং আধুনিক (Modern) ঃ হায়বদি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী মমাং অদুনা "আদ্য"; প্রভুগী মতম অদনা "মধ্য"; অদুগী মতুং অদুনা "আধুনিক" হায়না খঙনবা য়াই। আদ্য যুগকী বৈষ্ণব কবি গুরুশিংগী মনুংদা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা মতম পুম্নমক্তা কাওবা য়াদ্রিবসি শ্রীজয়দেব গোস্বামী, বিদ্যপতি অমসুং চণ্ডীদাস। মহাপ্রভুগী মতমগী "মধ্যযুগকী" কবি গুরুশিংগী মরক্তগী কাওবা য়াদ্রিবনা - অনন্তদাস, আত্মারামদাস, কবিকর্নপুর, নরহরিদাস, বাসু ঘোস, বৃন্দাবনদাস, রামানন্দ্র রায়, রঘুনাথ দাস, শ্রীরুপ গোস্বামী অসিনচিংবা। হায়রিবা গুরু কবিশিং অসিগী শিষ্য ওইনা থোক্লকপা আধুনীক যুগকী বৈষ্ণব কবিশিং কয়া কয়াসু লৈখ্রি। মদুগী মনুংদা মমিং চৎপসি ঃ শশীশেখর; গতিগোবিন্দ, গোবিন্দদাস, গোপালদাস, ঘনশ্যামদাস, জ্ঞানদাস, বলরামদাস, রাধাবল্লভ, লোচনদাস, জহাদানন্দ, শ্যামানন্দ, শ্রীনিবাস, শ্রীকৃষ্ণদাস অমসুং শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়। **হায়খ্রিবা বৈষ্ণব কবি ময়াম অসিগী মনুংদা শ্রীজয়দেব গোস্বামী হায়বসিদি শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ফংজখিবা কবিগুরুনি**। আদ্য যুগকী সংস্কৃত গীতি কাব্য লেংবা কবিনি। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা আবির্ভাব ওইগদবা চহি ৩৬০ রোমগী মমাংদা পোকখ্রবা কবিনি। মুসলমানশিংনা বঙ্গদেশ জয় তৌরক্ত্রিভৈগী মমাংদা পাল্লম্বা বঙ্গগী নিংথৌ লক্ষন সেনগী পঞ্চরত্ন কৌবা রাজসভাগী অথোইবা রত্ন অমা ওইনা লৈরমই হায়নরি। মহাক্লা লেংজবা **"গীত গোবিন্দ"** কৌবা সংস্কৃতগীতি কাব্য অসিগী মগুণ য়েংদুনা শ্রীজয়দেববু ভারতকী মনুংদা "কবিরাজ-রাজ" হায়না খঙনখ্রবনি। গীতগোবিন্দগী ভাব-রস-ছন্দ-অলঙ্কার-অমদি সংগীতকী তাইবং শুব্ধৎপা ঙম্বা রাগ-রাগিনী-তালমালনচিংবা মগুণ কয়া কয়া উবদগী-ভারততা নত্তনা ইংলণ্ড-জর্ম্মনীনচিংবা লৈপাক্তা ফাওখ্রবা "জয়দেব" কবিনি। অমুক করি হায়গনি - Sir Edwin Arnold না গীতগোবিন্দ অসিবু ইংরেজী পদ্যবলীদা অনুবাদ তৌদুনা শন্দোক্লম্লবনি।

২। **ভক্তবৈষ্ণব কয়া কয়াগী থম্মোইদা মতম কুইনা পোকখাইবা ঙমদনা** লৈরম্লবা শ্রীরাধাগোবিন্দগী প্রেম রসগী মরু (seed) অদু গীতগোবিন্দগী ঈশৈগী অমৃত অদু খিকথবদা মপুং ফানা পোকখাইহনখ্রবনি। অমুক করি হায়গনি - শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুমকনা অন্তলীলাদা মতাং মতাং চানা রস অস্বাদন তৌবিখ্রবা গীতগোবিন্দগী ঈশৈনি। জয়দেব গোস্বামীনা "গীত গোবিন্দ" লেংবগী মতাংদা অঙকপা ৱারি অমা লৈরি। মদুদি জয়দেব গোস্বামীনা মহাক্কী গীতগোবিন্দগী ঈশৈ - **"বদসিকিঞ্চিদপি" অসি লেংথরকপদা - "স্মরগরল খণ্ডনং মমশিরশি মণ্ডনং"** হায়বা অসি ফাওবা ঈরম্লগা - মখা তারম্বা ঙমদনা - নুমিৎ থেংখিদুনা গঙ্গাস্নান চৎখ্রিঙৈদা - শ্রীগোবিন্দনা জয়দেবগী শকফম লৌদুনা চংলক্লগা শ্রীহস্তমকনা মহাক্লা মখা তাবা ঙমজরমদ্রবা ঈশৈ অদুদা **"দেহি পদ পল্লব মুদারং"** গী শরুক অসি ইবিদুনা ঈশৈ অদু অঙকপা ফংবা অর্থদা লোইশিনবিরমই; অদুগা জয়দেবগী থৌরানী পদ্মাবতীনা মপুরোইবগীদমক থাংদোক্লুনা থেন্দুনা থমজরিবা লুকফম অদু য়াম্না পেনবিনা হারগা শ্রীগোবিন্দ অন্তর্দ্ধান ওইদুনা লেংখরে হায়রি। অদুদগী গঙ্গাস্নানদগী হল্লকপদা মহাক্কী চাকলুক অদুদা পদ্মাবতীনা ফমদুনা মদুগী নুমিৎ অদুদা হান্না চারম্বা অদু উবদা ঙকখিবা! অদুদগী পদ্মাবতীগী মচিন্দগী পাও পুম্নমক তারবদা স্বয়ং শ্রীগোবিন্দনা শ্রীহস্তমকমনা **"দেহিপদপল্লবমুদারং"** ইদুনা হাপচিননবিরম্বা অদু থেংনকবা; অদুদগী মহাক্কী থৌরানী পদ্মাবতীদি ভাগ্য লৈবনিনা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা হাকথেংননা ফংজদুনা হান্না শ্রীগোবিন্দমক্কী মহাপ্রসাদী - উচ্ছিষ্ট - ফংজখিবা অদু খংলক্লবদা প্রেম্না ঙাওখিদুনা কপ্ল-কপ্লদুনা মাগী থৌরানী পদ্মবতীনা চাজরিবা মহাপ্রসাদীগী উচ্ছিষ্ট অদু খুন্দুনা চারগা পদ্মাবতীবু থাগৎচখিবা অমসুং শ্রীগোবিন্দবু কৌব কৌরদুনা ৱাঙ্খিবা ৱারি অসি খ্বাইনা পুকনিং পেন্না তানরবা ঙাকনি। ৱারি অসিমক্তদগীসু শ্রীজয়দেব গোস্বামীবু "কবিরাজ" কৌবদা মতিক চপ চারবনি। অদুগী মথক্তা শ্রীরাধিকাগী প্রেমধন ওইবা শ্রীগোবিন্দনা "দেহী পদ পল্লবমুদারং" হায়না পদ অসিবু শ্রীহস্তনা হাপচিনবিরবদা মতিক চপ চাগদবা মথক্কী পদ "স্মরগরল খণ্ডনং মমশিরসি মণ্ডনং" হায়বা পদ অসিবু ইজবঙস্বগী ভাবরস অদু মপুং ফানা মহাক্কী থম্মোইদা তুঙদুনা লৈরম্লিবা শ্রীজয়দেব কবিবু "বৈষ্ণব কবি গুরু শিরমনি" হায়না কৌবিবসু য়াখ্রবনি।

৩। দেশ অতৈগীদি খংদে - মনিপুরগীদি শ্রীজয়দেব গোস্বামীবু কাওবা ইয়া য়াদবা মওংদা লৈখ্রে। **করিনা কাং পাম্থাদা "জয়দেব" কী "প্রলয় পয়োধিজলে" - "বেদামুদ্ধরতে" - "শিতকমলকুচ" "শ্রীজয়দেবকবেরিদঙ্ক" - হায়বা ঈশৈশিং; বসন্তরাসগী মতাংদা "ললিত লবঙ্গ লতা পরি শীলন" হায়বা ঈশৈ - বাসককী মতাংদা "সীদতি রাধা বাসগৃজে - নাথ হরে" ঈশৈ- অদুদগী নিতিলীলাগী কলহন্তরিতা দুর্জ্জয়মান ভঞ্জনগী - "মানভিক্ষং দেহি" হায়বা ঈশৈগী মতাংদা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা খৌরাংনা ঙাইনবা "দেহিপদ পল্লবমুদার" হায়বা অমৃত রসনা থল্লবা সংস্কৃতগীতিশিং অসি শ্রীজয়দেব কবিনা লেংজরম্বা "শ্রীগীত গোবিন্দ" কৌবা - গীতিকাব্য অসিদগী মণিপুরগী থাইনগী নিংথৌশিংনা কৃপা লৈবা মৈতৈ ওঝাগুরুশিংগা তান্নদুনা - শ্রীগোবিন্দগী সঙ্কীর্ত্তন থৌগলগীদমক থম্বিরম্লবনি।** ধন্যনি শ্রীজয়দেব গোস্বামী! ধন্যনি - মণিপুরগী বৈষ্ণব নিংথৌশিং অমসুং বৈষ্ণব গুরুশিং - ধন্যনি মণিপুরগী ভক্ত বৈষ্ণব শ্রোত্রাশিং! অসুক লুখ্রবা - থুমখ্রবা শ্রীরাধাগোবিন্দগী তরাই-তরাইবা ৱাখলনা য়ৌশীনবা য়াদ্রবা - উজ্জ্বল প্রেমরসগী অমৃতবু মহাওখঙনা চুপচবা ঙমখিবা !! অঙকপনি ভক্তগী থম্মোইদা পিবিবা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা !!

ৱাইখোম চাওবা
পেলেস ওফিস
১।১।১৯৬৫

মথংদা ঐখোয়গী ঈশৈ হায়না ইবিরম্বা খরদংগা —

## ঐখোয়গী ঈশৈ

ঐখোয়গী ঈশৈ লৈজরিবা পুন্নমক অসি মাগী মাগী হৌরকপা মতমগী মতৃঙইন্না চাওরাকনা কাংলুপ অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই - মদুদি ঃ (১) প্রাচীন যুগকী ঈশৈ; (২) মধ্যযুগকী ঈশৈ; অমসুং বর্ত্তমান যুগকী ঈশৈ।

## ১। প্রাচীন যুগ

**প্রাচীন যুগকী ঈশৈদি - পেনা ঈশৈনি। পেনা ঈশৈ উমং লাইশিংগা লোইনমিন্নরকপনি। মৈতৈগী প্রাচীন সনাতন ধর্ম্মগা থাদোক্লবা ইয়া য়াদনা**

লৈরি। মৈতৈগী ইমারোল অশেংবনা শকচবা ঈশৈনি। লৈশেমঙৈদগী থোরক্লবা সুর অমসুং তালনা নিংথিনা নিংথিনা লৈতেং ওই। উমংলাই হরাওবা মতমদা জগোইগী মতাং মতাংচানা পেনা খোংবা ওজানা মসিগী ঈশৈ জাৎ অসি পেনাগী সুরগা লোইননা তালচানা শকপিদুনা জগোইগী মপূঙ ফাহল্লি। মসিগী ঈশৈ জাৎ অসিদা হৌজিক্কী মতমগী নহারোলশিংনা খঙবদা ৱাবা মৈতৈরোল অরিবা য়াম্না য়াওই। ভাবতি - **শিব দুর্গাগী উমং লাই ময়ামগা মণিপুরগী উমংশিংদা শান্নজখিবা অসিনি। রসদি - শৃঙ্গার রসনা মপূঙ ওই**। মওংদি - Lyric Songs on hymns হায়বদি **পেনা (বীনা)** যন্ত্র খোংবা মীশিং অদুতনা শকচরকপা ঈশৈনি। পেনা য়াওদ্রবদি ফজবা ঙমদে। মসিগী মথংদা-প্রাচীনযুগকী মমৈদ "খম্বা থোইবী " ফাওরক্লবদা পেনা ঈশৈগী নিংথিরবা অনৌবা মওং অতৈ অতৈ থোরকপনি হায়নৈ। অরিবা পেনা ঈশৈগী মওং উমংলাই হরাওবদা অদুগা অনৌবগী মওংদা "খম্বা থোইবী" গী জীবন চরিত্ত শকপদা পেনা শকপশিংনা শিজিন্নরিবা অসিনি। মসিদা প্রাচীন যুগকী মৈতৈরোন কাব্যগী মমি নিংথিনা তারি। পেনা ঈশৈগী মীশুম্বাৎপা ঙম্বা শক্তি অঙকপনি। মসিদা লাইচুখরবা মী অঙাওবগী পান্দমনি।

## ২। মধ্যযুগ

### (১) বঙ্গদেশ অরিবা পালা কীর্ত্তন ঃ

ইংরেজী শতাব্দী ১৮ শুবনা হৌরকপদা মণিপুরদা বঙ্গদেশ রোমদগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম ফাওরকলে। মৈতৈ ঈশৈগী মওং অমা ওইখ্রে। লৌরেম্বা খোংনাংথাবগী "গুরু য়াথংনি হনখ্রো" হায়বা মন্ত্রদু শোন্না শোন্না লাওনা লাওনা শান্তিদাস হোইরোমগী "হে হে রামো রামো" হায়বা মন্ত্রগী লল্লাওখোন্না মণিপুর তম্পাক শীনবা থুংখ্রে। শ্রীযুৎ গরীবনৱাজ মহারাজগী সনা হাক্তক্তগী হৌবনা মশু ইবুংঙো শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ নরসিংহ মহারাজগী সনা হাক্তক ফাওবা অসিগী মনুংদা বঙ্গদেশগী অরিবা পালা কীর্ত্তন্না মৈত্রবাক জয় তৌখ্রবনি। অরিবা পালাগী ঈশৈদি বৈষ্ণব পদাবলীগনদি ওইরগা সুর, তাল, পূঙলোন অমসুং চোলোমদি ঐখোয়গী ঈরৈপাক্কী অশেংবনি হায়বা য়াই। ঈশৈদি বৈষ্ণবকী ভাব-রস-প্রেমনা লৈতেংই। ভাবুক অহল্লমনশিংগী পুকনিং পেৎহল্লি। পূঙলোনদি অরুম্বা - অঙংবা -

অরেম্বা মখোলনা মপূঙ ওই। সুর - তাল - চোলোম নিপা থোকই। মৈতৈ অকন অথৌ ইপাইপুশিংনা পামজরম্বমক ওইগনি। ঈশৈগী মশিং পূঙকী মরোল লিশিং কয়া শুরিবা হায়বা ঙম্লদ্রি।

**(২) শ্রীগোবিন্দগী জগোই রাস - ঈশৈ ঃ**

অসিদগী ইংরেজী শতাব্দী ১৮ শুবমক্কী ময়াই চবুকতা শ্রীযুৎ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তক্তা কলগী জীবশিংগী খৎনবা চৈনবা হাৎনবা থিন্নবা পুম্নমক কাওহন্দুনা অমেংবা অইংবা অমাং অতা অরোই অমখম নাইদ্রবা শ্রীরাধাগোবিন্দ অনিগী উজ্জ্বল মধুর-প্রেম রসগী সাগরদা - কলিগী খঙমদ্রবা অৱা মৈচাক্লা চাকথেক্লবা কলিজীবশিংবু লুপহল্লগে হায়দুনা ভারতকী নোংপোক থংবা তময়াদা - **মণিপুর সনা লৈকোইবুংগী রাস মণ্ডল ময়াইদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী রসরাজ মূর্ত্তি ফোঙখ্রে। ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেন্দা চরণগী কৃপা পিবিদুনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী রাসলীলাবু কৎহনখ্রে। শিবদুর্গা মকনা - "সিবু থোইনা হরাওবা লৈবনি" হায়বদুমক চপচানা ফোঙদোকখরে।** কুঞ্জরাস, মহারাস অমসুং বসন্তরাস - রাস মখল অহুমগী ঈশৈনা লৈতেংবা জগোই নিংথিবা ফিজোলগা লোয়ননা পুথোকখরে। মতাঙ অসিদনি মৈতৈ নুপীনা অঙকপা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী কলা নৈপূন্য উৎপা ঙমখিবসি। করি হায়নি - বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু মজাইবেম্মা সিজ লাইরোইবীগী রাস জগোই উবদা অমসুং ঈশৈগী খোঞ্জেল তাবদা স্বয়ং শ্রীমতি রাসেশ্বরী লেংবিরকলে নীঙদনা প্রেমাবেশ ওইদুনা মূর্চ্ছা ওইখি হায়নৈ। **রাজ পঞ্চাধ্যায়না** ঈশৈ অসিগী মথৱাই ওই-গৌড়ীয় বৈষ্ণব পদাবলীনা নিংথিবা লৈতেং ওই। মৈতৈ ইমা মরোলদি নৎতে হায়ববু শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ফংবা কাল অদুগী মৈতৈ নুপীশিংগী থম্মোই শোকপা সুর অমসুং খোঞ্জেলনা রাসমন্দলগী ময়াইদগী ঈশৈশিংসি জগোইগা লোইননা শকলকপদা - তিল্লরিবা মৈত্রবাকমচা পুম্নমক জ্ঞান মাঙনখি হায়নৈ।

**(৩) মৈতৈ নোট পালা অনৌবা ঃ**

অসিদগী ইংরেজী শতাব্দী ১৯ শুবগী ময়াইৱাইদা শ্রীযুৎ মহারাজ সার চন্দ্রকীর্ত্তিনা পাল্লরবা মতমদা অনৌবা অথোৎপা - অকেবা অমেংবা - ঈশৈ, পূঙলোল, চোলোম ফিজোনগা লোইননা বঙ্গদেশ অরিবগী লাম্বা ওইনা - অনৌবা নোট পালা কীর্ত্তন চোংথোক্লকলে। লৈপাক নিংথৌ তিন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা অনি থৌগল তৌনবদা - ফৈদুনি নহা অহল কায়দনা

**শ্রীগোবিন্দগী থৌগল - লৈবাক্কী সেবা তৌবিয়ু হায়না শ্রীযুৎ মনিপুরেশ্বর মহারাজমকনা খামজিনবিদুনা কৃপা পিবিখি হায়নৈ।** অদুমদি ওইরগা থিংবা য়াদবা যুগকী ঈচেল মতুং ইন্না - **মৈতৈ নোট পালা কীর্ত্তন অনৌবগী মশামরেং শন্দোকখরে। নাম সঙ্কীর্ত্তন, ধোপ সঙ্গীত, আষ্টলীলা, জলকেলি, রাসেশ্বরী, হোলি, কালিয়দমন, ঝুলন, রথযাত্রা, গৌরলীলা অদুদগী হেন্দোক্তুনা চৌষ্টিরসকী পালা কীর্ত্তন ফাওবা শ্রীযুৎ সার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা শ্রীগোবিন্দদা থৌগাল কৎখ্রবনি।** পূন্নমক অসি শকপা শোনবদা রাগ-রাগিনী, তাল-সুর-চোলোম কোথোন কায়রুরগা অশকপা অশোনবা অমদি অতাবা অয়েংবশিংগী অপারাধ ওইরকপা য়াই খনবিদুনা শ্রীযুৎ সনা হাক্তক্তা মণিপুর দেশগী "রাগ রাগেন্দ্র নির্নয়" অমসুং "কীর্ত্তন বিচার" কৌবা লাইরিকশিং অসি থম্বিরম্মিবনি হায়নৈ।

**(৩) বর্ত্তমান যুগ ঃ**

ইংরেজী শতাব্দী ১৯ শুবনা লোইরমদাইদা বীর টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ; থাঙ্গাল জেনরেল, পাউনা মেঞ্জরনচিংবা তুখিদুনা মৈতৈ জাতিগী স্বাধিনতাগী নুমিৎ তাখ্রে - মণিপুরগী রাজ শক্তি ইংরেজ সরকারগী পান্বোম মখা থাখ্রেদি হায়ববু - মণিপুর ঐখোয়গী ধর্ম্ম কর্ম্ম - লাইনিঙ লাইশোল পূঙ ঈশৈ জগোইবু মুৎথৎপদি ঙমখিদে। শ্রীগোবিন্দজীনা তুংদা ওইরক্কদৌরিবা মণিপুরগী অমসুং ভারতকী ফিবম য়েংবিদুনা শ্রীশ্রীকুণ্ড সেবাবিনোদ গৌরভক্তিরসার্নব - মণিপুরেশ্বর স্যার শ্রীচুড়াচান্দ মহারাজদা চরণগী কৃপা পিবিখি অমসুং মৈতৈ জাতিগী মাঙবা য়াদবা ধর্ম্ম কর্ম্ম গী পূরান - পূঙ ঈশৈ জগোইনচিংবগী লাইরিক পুন্নমক লেঙদনা থমজনবগী শক্তি পিবিখ্রবনি। শ্রীযুৎ সনা হাক্তকতা প্রাচীনযুগ অমসুং মধ্যযুগকী পূঙঈশৈ নিংথিনা মপূঙ ফাবা ঙমখিবনি। থোইদোক হেন্দোকপদি শ্রীযুৎমক্কী থৌরাংনা ইংরেজী শোক ১৯১২ দগী হৌনা মৈতৈ ইমারোলনা সঙ্কীর্ত্তনগী ময়াইদা চঙজনবগী অধিকার ফংজখ্রবনি। মৈতৈরোনগী গৌরলীলা, হোলি, বাসক, ঝুলন, খুবাকঈশৈ, মনোহরশাই, নিমাই সন্ন্যাস, খোংজোম পর্ব্ব, মৈতৈ দ্রামাগী ঈশৈনচিংবা অমুক করি হায়গনি - মৈতৈরোলতনা শকপা "জগোই রাস" থোকখিবনি।

ব্রাইখোম চাওবা সিংহ

৫।৬।১৯৫৭

**মতাঙ অসিগী অরোইবদা শ্রীৱাইখোম চাওবগী য়াম্না চম্না অমসুং লাইরনা হৌরকপা পুন্সিগী মরমদা ৱাহৈ খরদংগা ফোংজরি –**

পোকমিন্নবা মচিন মনাও পুন্নমক্কী খ্বাইদগী অহল ওইনা শ্রীৱাইখোম চাওবা ইংশোক ১৯০০ গী এপ্রিলগী তাং ১৬ তা থৌবালদা পোকখি। পিতাগী মিংনা লৈখিদ্রবা মণিপুরগী ৱারী লিবদা খ্বাইদগী ফাওখিবা ঐজ্ঞা তম্ফাজাওবগী সেবক অহন - শগোলমনগী মন্ত্রিময়ুগী লৈমশিং অমনা পোকপা শ্রীৱাইখোম নিংথৌজাও কৌই। মাতাগী মিংনা থৌবাল নোঙ্গাংখোংগী কোইজম নিংঙোল অহল শ্রীমতি অতোয়াইমা দেবী কৌই। শ্রীচাওবগী পিতা ৱারী লীবা নিংথৌজাও সিংহনা মনুঙ মতম চাদনা বিধিগী নোংদমদগী ঙন্না ঈশ্বরগী খুয়া তানখিবদগী মাতা অমসুং পিশক পিক্লা হুন্দোক্লন্নবা মচন মনাওশিংগা লোয়ননা থৌবালদগী হোঙ্গৎলক্কুনা শিংজমৈ মখা ৱাইখোম লৈকাইদা মাম্ম অতোনবা কোইজমগী শ্রী তোমান সিংগীদা লৈদুনা চাওরকখি অমসুং মাম্মনা পিতাগুরু শক্কুনা লাইরিক লাইশু তম্বা হৌরকখি। নাওরেম লৈকাইগী শ্রী তোলচৌ এলঃ পিঃ স্কুলদগী নিম্নপ্রায় ক্লাস পাস তৌরগা জোনস্তোন স্কুল - মতম অদুগী স্কুল অচৌবা হায়না খংনবা অদুদা মেট্রিক থাখি - মতম অদুদা মণিপুরগী মেট্রিক সেন্টর লৈতবনা শ্রী চাওবনা অতৈ ছাত্র লাইরবশিংগা লোয়ননা ইম্ফালদগী ডিমাপুর ফাওবা অৱাইবা ষণগাড়ীদা নুমিৎ ৫ নি চংনা খোংনা চৎলগা শিল্লোংদগী মেট্রিক থাখি (শিল্লোংদা লৈরিঁঙৈগী তেল্লবা মতম অদুদা নিকোলাস রোয় চর্চ গী রিগুলার সেসনশিং য়াওখি অমসুং চহিগী চর্চ কী বাইবল পরিক্ষাদা শ্রীৱাইখোম চাওবনা ফাষ্ট (মকোক) তাদুনা খৃষ্টান পুম্নমক ঙক্লখিবগা লোয়ননা সনগী মুক্লা মখুমদা ইবা অচৌবা 'বাইবল' অমা ফংলকখি - হায়রিবা বাইবল অসি শ্রীচাওবগী ছাত্র লৈখিদ্রবা মেজর খত্তিংদা শিন্নদুনা উখ্রুলগী মনুংদা লৈবা সোমদলগী অচৌবা চর্চতা কৎখি হায়বিরমই) - অদুগী মতুংদগী কটন কোলেজ, গুৱাহাটিদগী আই এ অমসুং বি এ পাস তৌখি। মতম অদুদা মণিপুরদা B.A. Pass তৌবা মীওই ৪/৫ রোমদনি। নিম্নপ্রায় ক্লাস ৱানদগী B.A. ফাওবা শ্রীৱাইখোম চাওবনা 1st তা তাদুনা লাকখি অমসুং খ্বাইদগী তোম্ব্বা লাইরবা ছাত্র অমা ওইরবসু state কী হৌবদগী ফংবা বৃত্তি (Scholarship) শিংগী মপানতনা শ্রীচাওবনা B.A. য়ৌনা লাইরিক তম্বা

ঙমখিবনি। শোক ১৯২৪ দা Calcutta University গী মখাদা লৈবা Cotton College, Guwahati দগী B.A. দা English Honours (তকমান) লৌখিবসি Assam (মতম অদুগী Greater Assam ওইরিঁঙৈগী Murarichand College, shylet য়াওনা) অমসুং মণিপুরগী মনুংদা শ্রীৱাইখোম চাওবা মতোমতনি। শ্রী চাওবনা এমঃ এঃ ইংলিশ হোনর্স, কলকট্টাদা মখা তমথজগে হায়না প্রাথনা তৌজবা মহারাজ স্যার চুড়াচান্দ সিংহনা য়াবিখিদবদগী মহারাজগী তুরিং ক্লার্ক অমসুং মতম অদুগী যুবরাজ বোধচন্দ্রগী থাদা শুপ্নগী লুপা ৫ দা গার্জিয়ান ট্যুটর ওইনা সনা কোনুংদা থবক হৌখি। অদুদগী ষ্টেটকী মতম অদুগী একাউন্টেন্ট, শ্রীআরঃ কেঃ তোমপীশক (হাওস্না) লৈখিদবদগী হাংঙকপা ভেকেন্সি অদুদা ষ্টেট গোভর্নমেন্টকী থবক পুবা হৌরকখিবদুনা ষ্টেট দরবারগী সুপরিন্টেদেন্ট (মতম অদুগীদি চিফ সেক্রেটরিগী ষ্টেটস) অদুদগী দরবার মেম্বর ফাওবা প্রোমোসন ফংদুনা লৈবাক প্রজাগী সেবা তৌরকখি। শ্রীৱাইখোম চাওবনা মিনিষ্টরগী থবক পুরকখিবসি অহানবদা এগ্রিকলচরদগী হৌরকখি - মতম অদুদনি হৈঙাং অচানবীকৈদা মণিপুরগী এগ্রিকলচর ফার্ম চীংমাইদা শেম্বা হৌখিবা - অদুদগী জেল (অসিগী মনুংদনি, হায়বদি জাপান লান মনুংদা - allied ফোর্সকী লমহেনবা পঠান সিফাই অমা খোংহামপাত্তা অহিং নুপী অমা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিবগী মরমদা ষ্টেট দরবারনা ত্রাইয়েল তৌবদা মরাল লৈরে হায়দুনা ফাঁসিগী হুকুম পিদুনা ইম্ফালগী জেলদা ফাঁসি তৌখ্রিবা - কয়াদা পৱার লৈগ্রবা মণিপুরগী মতম অদুগী ষ্টেট দরবারনো ? বৃটিশকী এলাইদ ফোর্স পুম্নমক্কী ওথোরিটি পুম্নমক্না সিফাই অদু ফাঁসিদগী কন্নবা কন্না হোৎনখিবনি অদুবু মণিপুরগী মহারাজনা Supreme appellate authority ওইদুনা দরবার গী হেঙ্গিং ওর্দর অদু অপহেল্ড তৌদুনা ফাঁসি অদু এলাইদ ফোর্সকী জেনরেলনচিংবা ওফিসর কয়াগী মমাংদা ইম্ফাল জেলগী নোংচুপ থংবা এরিয়াদা মণিপুরগী Political Agent C. Gimpson Esq I.C.S. গী মখাদা পাংথোকখিবা অইবাসু শংশংনা উজহৌরবনি - মথংদা P.W.D. অদুদগী Forest Department - Forest কী মিনিষ্টর ওইবা কান লান মতুং শোক ১৯৪৬ তনি শ্রীৱাইখোম চাওবনা মণিপুরগী মহুৎ শিন্দুনা High level

Burmese Authority শিংগা য়োরেদা বোর্দর দিসপুটকী ইহান হান্না উনদুনা ৱা ঙাংনখিবসি।

২। শ্রীৱাইখোম চাওবনা শোক ১৯২১ দা কটন কোলেজ, গুৱাহাত্তিদা আইঃ এঃ ফাইনেল ইয়ার তম্লিঙৈদা বিশ্বকবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর অমসুং Christian Missionary গী মকোক Father Andrews অনিমকপু - কোলেজ অদুগী ছাত্র পুন্নমক্কী মহুৎ শিনবা (representative) অমা ওইনা কোলেজগী প্রিন্সিপাল, জরমন সুন্দরসনচিংবা ওথোরিটিশিংনা খনবিদুনা ইন্তর্ভিয়ু ফংজখি - অদুগুম্না য়াম্না হিস্তোবিক ওইবা তাংলবা ইন্তরভিয়ু অদুদা অমুক্তা হেন্না ঙক্লখিবনা গুরু রবিন্দ্রনাথ ঠাকুবনা বেঙ্গলীদা ইবা **"গীতাঞ্জলি"** **(Gitanjali) গী পদ** -

**"তোমারে জীবনে রাগীনী' হায়বসিগী intrinsic (মনুংগী) ওইবা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী ভাব-রস রোমদগী ওইনা ক্রোস তৌরুবদা Sir Rabindranath না খুম্বা ঙমখিদদুনা অসুম্না হায়বিরমখি হায়** - মদুদি - অদ্ভুত ! Father Andrews, to-day I am defeated by this young man from Manipur. This young man is not an ordinary person indeed ! - বিশ্বকবিনা মতাং অদুদা পেনমনখ্রদুনা শ্রীৱাইখোম চাওবদা মহাক্না ইবা লাইরিক পুন্নমক্কী মণিপুরী (মৈতৈরোন্দা) অনুবাদ তৌদুনা য়োঙ্ঙনবগী কোপিরাইট পিবিখি - তৌবদদি কোপি অমমমগী শুথ্নগী লুপা ১ শান্তিনিকেটনগী ফন্দদা কন্ত্রিব্যুট তৌবা হায়না - অদুবু ষ্টেটকী এদমিনিষ্ট্রেসনগী অরুম্বা ভারি পুনবা হোৎনরিঙৈদা নোংম নোংমগী হৌখিদুনা অদুগুম্বা তাংলবা থবক অদু পাংথোক্লম্বা ঙমখিদ্রে।

৩। **শ্রীৱাইখোম চাওবদা মপোক্কী ওইনা লাইনা পিথোকরকপা মহৈদি পুঙ-ঈশৈনি।** লাইরিক তম্না তম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী পুঙ-ঈশৈদা থৱাই য়াওনা লাকচখি - জোনষ্টোন স্কুল অচৌবা কারকপদা মতম অদুগী কম্পলসরি সবজেক্ট ওইনা লৈবা পুঙ ঈশৈ তম্বদা থৱাই হেন্না য়াওশিনখি অদুবু মতম অদুদা ঈশৈ শকপদা য়াওবগী পৈশা চংবা অরু অহেনগী ফিজেৎশিং অদু শেৎচদুনা ময়ামগী মরক্তা মীরক তীনবা ঙমজদবদগী খজিক্তং তম্বা য়াওজবদা লাইনা ফাজখিবা কোনুংগী মহারানী ঙাংবীগী ঈশৈগী ওঝা ধ্যৌমা ঠাকুরনা লেংজরগা শ্রীযুৎ অমসুং মহারানীদা কৎপা অমসুং খাইদেমগী ওজা

নোংয়াইনা ইহান হান্না হৌদোকপা অমসুং তম্বিবা মৈতৈরোনগী হলিগী ঈশৈশিং অদু অমুক ৱাইখোম চাওবনা ৱাইখোম লৈকাইগী মখোল ফর ফরবা মতম অদুগী অঙাংশিং - লৈখিদ্রবা শগোলশেম শ্রীশীতলনচিংবা খোম্লগা মৈতৈরোনগী হোলি পালা অমা তোপনা লিংখত্তুনা লংথবালনচিংবা মন্দিরগী অগ্রদা থৌগল তৌবা হৌরকপা অঙকপা অঙাংশিংগী লনাইগী ওইবা হোলি পালা অমা ওইরকপদগী শ্রীযুৎ স্যার চুড়াচান্দ মহারাজদা ৱাকৎতুনা স্কুল অচৌবগী হোলিগী ঈশৈ শুবান্দুনা শকখ্রে হায়না ৱাজাও থোক্লখি হায় অদুবু মমৈথংদদি হোলিগী ঈশৈশিং অসিদি শ্রীযুৎ অমসুং মহারানীদা কৎখ্রবনিনা লৈপাক প্রজাগী ওইখ্রে অদুনা থোইদোকপা অকায়বা দোষ লৈত্রে হায়না স্নামাংদা তেৰ্মজিন্নখি মদুদগী হৌনা শ্রীযুৎ সারচুড়াচান্দ মহারাজনা শ্রীৱাইখোম চাওবগী extraordinary quality বু মার্ক তৌবা হৌখি হায়। অসুম্না শ্রীৱাইখোম চাওবনা সনা কোনুংদা শ্রীযুৎকী থৌগল তৌবা হৌরকপদগী অমসুং **State Administration** গী থবক্কী অরুম্বা ভার পুনা পুনা মণিপুরগী ওজা লাইগুরু পুন্নমক্কী মফমদগী মণিপুরী নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈশিং তমজখি লোয়ননা মশানা লেংজদুনা ইহান হানবগী ওইনা মৈতৈরোনগী বাশক, ঝুলনগী নুপা পালা, রাসকী নুপা পালানচিংবা শকপা হৌখিবনি।

খাইদেমগী ওজা নোংয়াইনচিংবা ওজা গুরুশিংদগীসু তমদুনা শঞ্জেনবগী - উদুখলগী নারদ অমসুং গৌরলীলাগী ভারতী শাবগী মাইকৈরোমদসু চংশিনখি। মতম অদুগী শ্রীৱাইখোম চাওবনা নুপী খোঞ্জেন মান্না ৱাংনা ফবদা - বাশকতা - তোয়না ফাংনখিবসি শ্রীলৈমাপোকপম ঁহেরাচন্দ্র অমসুং শ্রীলাইশ্রম ঁতোলপিশক অসিনা মপুংনি। জাপান লান কাইবা মতুং লাঞ্জেন্নবা কান ইংশক ১৯৪৩ গী অদুৱাইদা বাশিখোংগী ঐঙ্গা লালহরি শর্ম্মাগী মাগুবতা শ্রীৱাইখোম চাওবনা শ্রীহেরাচন্দ্রগা ফাংনখিবা বাশক, শোক ১৯৪৬ তা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা ''কাছারগী লালাং' কির্ত্তন লেংবা অমসুং শ্রীৱাইখোম চাওবনা Forest Minister ওইনা জিরিবামদা টুর (জঙ্গল ওকসনগী) চৎপদা মহারাজগী স্না য়াথং মতুং ইম্না কাছারগী মৈতৈনা পাত্তকননা তাবা লক্ষিপুরগী মাগুব অচৌবদা শ্রীৱাইখোম চাওবগা শ্রীলাইশ্রম তোলপিশক্কা ফাংনখিবা অকনবা বাশকশিং হৌজিক ফাওবা নিংশিংনরি। মণিপুরগী ইহান হানবা ওইনা উদুখলদা লৈখিদ্রবা শ্রীঙাংবম উদ্ধবনা তম্বিদুনা অইবনা কৃষ্ণ শাখি, মমা

যশোদানা বকুলমখোংগী লৈখিদ্রবী শ্রীমতি অরিবম ইবেমপিশক্লা অদুগা খাইদেমগী ওজা নোংয়াইনা নারদ শাখি। অদুগী তুংদা অনিশুবা মণিপুরগী উদুখল লীলা লৈখিদ্রবা শ্রীয়েলাংবম মনিনা কৎতুনা মচাইবুংঙো লৈখিদ্রবা শ্রীয়েলাংবম ইবোহলনা কৃষ্ণ শাবা কান্দা শ্রীৱাইখোম চাওবনা নারদ শাখি অদুদগী মথং মণিপুরগী অহুমশুবা উদুখল কৎখিবসি কৈশামপাৎকী থাংজম মনিকচান্দ মেম্বরনি। মেম্বরগী মচাইবেম্মা তম্পাকলৈমা (লৈখিদ্রবা উকিল থাংজম শ্রী প্রিয়ানন্দ সিংহগী মচে অহল) না কৃষ্ণ শাই মদুদসু শ্রীৱাইখোম চাওবনা অমুকসু নারদ শাদুনা লাকখ্রবনি। গৌরলীলাগী মতাংদনা শোক ১৯৪৫/৪৬ অদুৱাইদা জেল মিনিষ্টর ওইবা কান্দা হৈঙাংদা শ্রীৱাইখোম জাগোর সিংহ (হৌজিক্লা এক্স-মিনিষ্টর)না মহাপ্রভু শাদুনা লৈখিদ্রবা ৱাইখোম লৈরেনজাও অমসুং হৈঙাংগী অতৈ মচিনমনাওশিংগা লোয়ননা কৎপা গৌরলীলাদা শ্রীৱাইখোম চাওবনা ভারতী শাখি অদুগা নিংঙোম থোংজাওগী নোংমৈকাপম মাগুব, শিংজমৈগী লৈখিদ্রবা শ্রীচোংথাম ইবোয়াইমনা কৎপা গৌরলীলাশিংগী ভারতীসু শ্রীচাওবনা শাখিবনি। মদুগী মমাং লান কাইদ্রিঁঙৈগী মতমদনা থৌবালগী লৈখিদ্রবা শ্রীৱাইখোম অঙাতন্না শোক ১৯৩১ দা কৎপা গৌরলীলাদা শ্রীৱাইখোম চাওবনা ভারতী শারগা লৈখিদ্রবা অফাওবা ঙাঙোম ওজা যুগিন্দ্র অমসুং গৌরমনিনা তৃথবাশী, শ্রীথৌনাওজম ওজা কুঞ্জো অমসুং শগোলশেম তোমচানা মপা অদুগা শিংজমৈগী লৈশাংথেম ইবেমনীনা মমা শারগা অঙকপা ফংনা ফাংনখিবা অমসুং তকখৎনখিবা ঈশৈগী ৱারী হৌজিক ফাওবা কাওনদ্রি হায়বা য়াই।

৪। থিংবা য়াদ্রবা মতমগী ঈচেলনা পুরকপা অহোংবগী মতুং ইন্না ইংশোক ১৯৪৭ কী আগষ্ট কী তাং ১৪ গী অহিংদা ভারতনা স্বাধীন ফংলকপগা লোয়ননা মণিপুরগী বৃটিশ গোভর্নমেন্টকী মখাদা লৈবা এমিনিষ্ট্রেসনগী শক্তি লৌথোকখিবগা লোয়ননা ষ্টেট দরবারসু ওটোমেটিকেল্লি দিজোলব তৌখি অদুনা মরম ওইরদুনা মদুদা য়াওরম্বা দরবার মেম্বর পুন্নমক থবক্তগী পোত্থাখি অমসুং পেন্সন চৎখি। অদুবু ভারত সরকারনা রেকোর্দ অফবা য়েংবিবা (মপুং ওইনা একাউন্টিংগী এক্সেলেন্ট রেকোর্দ লৈবরোমদা) অমসুং থাজবিবগী মরমদগী শ্রীৱাইখোম চাওবদি পোত্থাদুনা ইংনা ঈশৈ নোংমাই তৌজদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌদুনা লৈজবগী মহুত্তা ষ্টেটকী ক্লেমস ওফিসার

হায়দুনা ৱার দেমেজ কম্পেন্সেসন (ক্ষেতিপুরন) মণিপুরগী তম্পাক অমসুং চীংগী লম অয়াম্বদা য়েননবগী চাওখ্রবা শেঞ্জাওগী লুম্লবা অমসুং লুরবা ভারি লৌবগী মথৌদা অমুক মাই ওনশিনবা তাখি। অদুবু তম্পাক অমসুং চীংগী মফম অয়াম্বদা কোয়চৎ চত্তুনা শেল য়েঙ্খোকপগী থবক চখ-চখনা শ্রীচাওবনা পূঙ ঈশৈগী থৌগল তৌবদি লেপখিদে। মতম অসিদনি, হায়বদি ইং শক ১৯৫৩ দা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা শিন্দুনা পাংথোকখিবা হৌজিক লৈরিবা কংগ্রেস ভবন অমসুং গান্ধি মেমোরিয়েল হোল শাদ্রিঙৈগী মফম লমহাং ওইরম্বা অসিদা তৌখিবা কংগ্রেসকী মেলা অচৌবা অদুগী উপলক্ষদা শ্রীৱাইখোম চাওবগী পালাগা শ্রীশগোলশেম ওঝা কালিদমনগী পালাগা অহিং অমা মৈতৈরোনগী শৈশক্কী ঈশৈ তান্নহনখিবা, অদুদসু কংগ্রেসকী মতম অদুদা তিনবিখিবা শকনাইরবা ময়াম - Sarvashri late lalita Madhob Shrama, Sinam Krishnamohon Singh, L. Jugeswor Singh (Ex-M.P.) নচিংবা ভাবক পুম্নমক্না শ্রীৱাইখোম চাওবগী মৈতৈরোনগী ঈশৈশিং অদুনা হেন্না পেনবিদুনা অমসুং appreciate তৌবিদুনা রেকোর্দ থমবিখ্রবনি হায়না তম্বিরম্মী।

শ্রীৱাইখোম চাওবনা শিংজমৈ মখাগী নুপাগী খুবাক ঈশৈ পালা অমসু লিংখত্তুনা মোইরাংখোমগী বকুল মখোংনচিংবগী কাংগী থৌগল তোয়না তৌখি। লোয়ননা শিংজমৈগী অমসুং যোগী হোলীগী ঈশৈ শকপদসু ময়াইদা লেপ্তুনা থৌগল তোয়না য়াওজখি।

**অসুম্না শ্রীৱাইখোম চাওবনা মণিপুরগী লাইগুরু ওজাশিংদগী তমজহৌবা ঈশৈশিং অমুক খরদং শিন্নবিরম্বসি লৈখিদ্রবা ওজা গুলাপী, চানবী অদুদগী শ্রীমতি মুক্তারৈ দেবী শ্রীমতি শুবদনী দেবী, শ্রীমতি গম্ভীনী দেবীনচিংবশিংগী মীং পনজবদা থোইনা অরানবা ওইরোইদ্রা হায়না নিংজৈ।**

৫। শ্রীৱাইখোম চাওবনা নুপী খোঞ্জেলদা ফবগা লোয়ননা মতম অদুগী কলাকার ওজাশিংদগী হেন্না খুদোং চাবা লৌখিবদি সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন্দা য়াম্না খুৎলোইবা হেনখিবননি। স্কুল অমসুং কোলেজদা লোন অনিমকসিগী পরিক্ষা খুদিংদা ১০০ দা ১০০ য়ৌনিংচিৎ লৌখি হায়বিরমই। **অসুম্না সংস্কৃত অমসুং অরিবা বাঙ্গলা লোন্দা চেকশিন্না ইদুনা থম্বিরম্নবা মমল**

নায়নব্রবা লাইওইরবা অমসুং সিদ্ধ ফংলবা ঈশৈশিংনি ময়াম পুম্নমক্কী সেবা খন্নদং ওইবা য়াগদ্রা হায়না ফোংজখ্রিবা অসি।

শ্রীব্রাইখোম চাওবনা অহানবা মণিপুরগী বিঃ এঃ ইংলিশ ওনর্স ফংবা মীওই অমা ওইনা অসুম্না মণিপুরগী ষ্টেট সার্ভিস হৌরকপগা লোয়নননা মতম অদুগী ডিপুটি ইন্সপেক্টর ওফ স্কুলস (হেড ওফ ডি ষ্টেট এদুকেসন দিপার্টমেন্ট) শ্রী চান্দম গুলাপবাবু সিংহনা পোকচবা নিঙোল অহল অদুগা late Konthoujam Khellendra Subedar গীদি মশুনুপী অহল, শ্রীমতি তম্ফা দেবীগা, শ্রীযুৎ স্যার চুড়াচান্দ মহারাজ অমসুং মতম অদুগী স্নাখ্বা অহলনচিংবা অঙম অথৌ পুম্নমক লেংথদুনা শোক ১৯২৭ তা বিবাহ তৌরবা মতুংদা লাইগী নোংদমদগী অকিবা - অহিংদা য়ুম তুম্না চাকপগী ঘতনা অমা শিংজমৈ ব্রাইখোম লৈকাইগী কোইজমগী ইংখোলদা শোক ১৯৩০ দা থোকখি অদুবু "ঈশ্বর জা করে মঙ্গলেরজন্য" হায়বা বাঙ্গালীগী ফজত্রবা পাওরৌ হায়বদি ঈশ্বরগী থৌইনশিন্না তৌরিবা থোক্লিবা খুদিং মীওইবা ঐখোয়গী ফনবগীদমক্তনি হায়বদু থোকখ্রে। মৈনা তুম্না চাকখ্রবা মতুংদনি শ্রীযুৎ মহারাজ স্যার চুড়াচান্দ অমসুং মতম অদুগী President of the State Darbar, ছোটো সাহেব - Captain Harvey নচিংবা high official লেংথবিরক্তুনা মুন্না খন্নরগা হৌজিক লৈরিবা মোইরাংখোম লোক্লাওবুংগী ইংখোল অসি লৈবিরগা শিংজমৈ ব্রাইখোম লৈকাই ইংখোলদগী পরিবার পুম্নমক্কা লোয়নননা হোংগৎলক্তুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী, নিংথৌগী অমসুং লৈপাক প্রজাগী সেবা তৌবদা খরা হেন্না খুদোং চাবা মফম অমা ওইনা ইংনা লৈজবা ফংখিবা অমসুং পরিবার পুম্নমক নিংথিনা কোনবিরম্লগা শ্রীব্রাইখোম চাওবনা সংসার অসিদগী বিদায় লৌদুনা শোক ১৯৭২ গী সেপ্টেম্বর থাদা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী খুয়া চরন তানজখিবা।

৬। শ্রীব্রাইখোম চাওবা লাইরিক য়াম্না ফরকপা, পুঙ-ঈশৈদা থব্রাই য়াওরকপা ছাত্র অমা ওইনা Gymnastic অমসুং Hockey শান্নবদসু মশক নাইবা শান্নরোই অমা ওইরকখি।

শ্রীযুৎ বোধচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা খাবম লাকপা ফমথল পিবিখি অদুদগী পোলিটিকেল অমসুং কস্টম সেক্রেটরি ওইনা শ্রীযুৎকী অরোইবা

সার্ভিস তৌজখিবগা লোয়ননা সনা পালাগী (নামপালা - লৈপাকচাপালা) সনা খুজিতাল অমসুং খামেনচৎপা ফংবা ঈশে হনবা ওইনা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী থৌগল লেপ্তুনা তৌজদুনা মণিপুরগী নট সঙ্কীর্ত্তনবু হেন্না ফগৎনবা হোৎনজরম্বা মীশক অমনি।

লোয়ননা গোবিন্দ নর্ত্তনালয়গী অহানবা লিংখৎপদা মণিপুরগী রাজ মাতা শ্রীমতি রানী কমলাবতী দেবী (শঙ্গাই) না গোভর্নিং বোদিগী প্রেসিদেন্ট, লৈখিদ্রবা মহারাজ ওকেন্দ্রজিৎ সিংহনা পেত্রোন-ইন-চিফ ওইনা লময়ানবিখিবশিং ওইবিখিবা অদুগুম্না শ্রীব্রাইখোম চাওবসু মহারাজগী কষ্টম সেক্রেটরি ওইনা ওইনা সংস্থান অসিগী অহানবা ওনরেরি প্রিন্সিপাল ওইনা লময়ানবদা য়াওবিখি।

শ্রীব্রাইখোম চাওবনা ওনররি প্রিন্সিপাল ওইনা অনৌবা সংস্থান অসিগী কিউরিকুল্লমগী মতাংদা থাগৎলম্বা নোট অমত্তংগা ফোংজরি –

A short note on the present curriculum of Shri Govindajee Nartanalaya.

হৌজিকমক চৎনরিবা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী নর্ত্তনালয়গী "পাঠ্যকম" (curiculum) অসি শকাব্দ ১৮৭৬ দা অহানবা হৌদোকখিবা অদুদগী অসুম চৎথরকপা ওইনা তৌরি। মরম কয়া লৈবদগী হায়রিবা পাঠ্যক্রম অসিগী চপচাবা মওংদা (Theory অমসুং Practice অনিমক) মপুঙফাবা Progress উৎপা ঙমদবগুম্না লৈরি। মসিগী মতাঙদা মণিপুরগী ওজাশিং, অহল্লমন, ১সুং ভাবোক ওইনা চাওয়েং য়েংবিবা ভদ্রলোক ভদ্রমহিলা কয়া অমনা পেঞ্জদবা ৱাঙাং কয়াসু ঙাংনবা য়াওরি। মাইকৈ অমরোমদগী, অমুক (মপাল লোমগী আধুনিক্কী মিৎয়েংদগী) য়েংবিরকপা কাংবুনদি নর্ত্তনালয়গী হৌজিকমক তম্বিরিবা (উৎলিবা) Technique অমসুং Style অসিবু মথৱাই য়াওনা পামজরি অমসুং মচামশুশিং ফাওববু মথৌমশিল অমা ওইনা মতম চঙনা শেল তিংনা তমহল্লি।

তৌনরিবা-ঙাংনরিবা পুম্নমক অসিগী মরোল কয়াসু নর্ত্তনালয়গী কমিটিনা unofficially ঙাংনরকপা-খন্নরকপা কুইরবনি অদবু হৌজিক

ফাওবা Special সব-কমীটি অমা শেমদুনা মওং চুম্না পাঠ্যক্রমনচিংবা অসিদা মিৎয়েং চংবিরগা - Revised curriculum অমা শেমদোকপিনবসু তৌবিদ্রি। করম করম্বা শাস্ত্রগী নিয়ম্না, নর্ত্তনালয়গী Guide ওইগদবা - সিগী মরম অসিদা Governing Body গী Express Resolution অমা তাবিহৌদ্রবদি - তম্বি তম্বিরিবা ওজা ওজা অদুগী মত (Style) অদুদা চৎথখিবদি মশানা তাবা ৱানি।

ইরোই লোইবদা শুপ্লপ্পা খন্নগদবা মরু ওইবা ৱাফম্না - "Aim and Object of Nartanalaya Institute" অসিনি - শ্রীগোবিন্দগী নর্ত্তনালয় অসি লিংখৎপা মতমদা লেপ্পখিবা ৱাখল অদুদা হৌজিক্কী গোভর্নিং বোডিনা চপ চানা লেপ্লিবরা নত্রগা খর খজিত্তুং Revise or Modify তৌফম থোকলিবরা ? Conversation অমসুং Liberalisation; Tradition অমসুং Modernism গী মরমদা লৈবা Advantage অমসুং disadvantage শিং করি করিনো ? মরম অসিনা ঐখোয়গী পোলিসি-প্রোগ্রাম য়াম্না wise অমসুং Scientific ওইফম থোকই।

W. Chaoba Singh
Hony. Principal,
Dated 19.7.1966 Nartanalaya (Palace)

৭। অসুম্না শ্রীৱাইখোম চাওবনা লৈবাক প্রজাগী থবক্কী অরুম্বা ভারী পুবা য়াওবগা লোয়ন-লোয়ননা মশানা মথৱাই লূপচবা মমা পুক্লুংগী ওইনা পিথোক্লকবা পূঙ-ঈশৈগী বিদ্যা - "নট সঙ্কীর্ত্তন" ঈশৈ শকপা - নাম শোনবা য়াওজবদা হনবা লৈখিদে। পুন্সিগী অরোইবা ওইনা ইংশোক ১৯৭২, এপিল/মে গী অদুৱাইদা (অইবনা 95 Border Security Force গী Commandant ওইনা পল্লেলদা লৈজবা কান্দা) লৈখিদ্রবা ককচিংগী শ্রী নিমাই সিংহ (এক্স-মিনিষ্টর) গী পিতা গুরু ককচিং নিংথৌগী "সম্বৎস্বরিক" শ্রাদ্ধগী ঈশৈ শ্রীৱাইখোম চাওবনা থৌগল ফংখিবদু লৈখিদ্রবা মতম অদুগী

মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর মহমদ অলিমউদ্দিন, মিনিষ্টর শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ অমসুং মতম অদুগী এম পি পি সরকারগী অতৈ মন্ত্রি মণ্ডল অমসুং হায় ওফিসিয়েলশিং অমসুং ককচিংগী প্রজা ভাবক ময়াম্না য়াম্না খোয়দানা মিৎয়েং তাবিখিবনি।

থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা মণিপুরদা বিঃ এঃ, এমঃ এঃ পাস তৌবা ইজুকেটেদ পার্সনশিংগী মনুংদা "নট সঙ্কীর্ত্তন" ঈশৈ - অদুসু "বাসক" অমসুং "রূপক" হায়বদি নোট পালাগী ঈশৈ, ধোপ সঙ্গিত, হোলি, খুবাক ঈশৈ অমসুং নারদ-ভারতী শাবগী ঈশৈ শকপদা সরকারগী থবক তৌনা তৌনা ওল রাউন্দর "কলাকার" অমা ওইখিবসি হৌজিক ফাওবদি মণিপুরদা শ্রীব্রাইখোম চাওবা মতোমতনি হায়বদা থোইদোক্না লানগনি নিংজদে।

All India Radio, Imphal গী শ্রীশ্রীজগবন্ধু গী চহিগী কাংনচিবশিংদা Running Commentary পিখিবা অহানবা commentator শিংগী মরক্তগীসু শ্রীব্রাইখোম চাওবা অমনি। **অদুগা মতম খরগী মমাংদা য়াম্না নিংথিজনা চৎথরম্বা All India Radio, Imphal গী মণিপুরগী নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ নৈনবগী প্রোগ্রামশিং লৈখিদ্রবা ওজা গুলাপী, পুঙগী ওজা বুদ্ধ, শ্রীমতি য়ুমলেম্বম রঞ্জনা দেবী অমসুং Moderator/programme Officer, Shri Chandam Gopal Singh গা তোয়না চৎখিবা অদুদসু শ্রীব্রাইখোম চাওবনা মপুং ওইনা শরুক য়াখি।**

৮। মতাঙ অসিগী অরোইবা ওইনা ইং শক ১৯৪৫-৪৬ কী মণিপুরগী Administration Report তা য়াওবা শ্রীব্রাইখোম চাওবনা Forest, water works, Veterinary অমসুং Agriculture Minister ওইখিবগী extract খরদং উৎচরি –

## CHAPTER IV – PRODUCTION

## FORESTRY

Charge :- Sreejut Arambam Iboongtomcha Singh, B.A., B.L. Member, Manipur State Darbar, Continued to hold charge of

the Forest Department upto the 7th May, 1946 and **Sreejut Waikhom Chaoba Singh, B.A., Member, Manipur State Darbar** took charge of this Department with effect from the 8th May, 1946 and continued to hold charge of it upto the end of this financial year.

Sreejut R.K. Bijoychandra Singh, B.A., D.D.R., continued to hold charge of the post of the State Forest Officer of his official capacity throughout the year under report.

Sreejut Moirangthem Gunamani Sing continued to hold charge of the Jirimuks Range office from 1.7.45 to 30.7.46 and Sreejut Ngairangbam, Shamoo Singh from 26-9-45 to 28-2-46.

## CHAPTER IX
# PUBLIC WORKS - WATER WORKS

Charge :- The water works remained under the management of the Military upto the end of the 31st December, 1945. Sjt. Arambam Ibbongotomcha Singh, B.A., B.L., Member of the Manipur State Darbar took over charge of this Department with effect from eh 1st January, 1946, and continued to hold charge of it upto the 7th May, 1946. **Sjt. Waikhom Chaoba Singh, B.A., Member, Manipur State Darbar** took over charge of this Department with effect from the 8th May, 1946 and continued to hold charge of it upto the end of this financial year.

Water supply was free to the Manipur tax payers for the period during which the water works had been run by the Military i.e. from the year 194-3 to 1945-46 vide D.R. No. 7 of 10-1-45.

